# মণিপুরগী শুমাং লীলা

## অমসুং মাবেং মথল-মথা

ইবা

নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ

# মণিপুরগী শুমাং লীলা

# অমসুং ৱারেং মথল-মথা

অইবা

নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ



মমল লুপা ১০.০০

# অফোংবগী ৱারোল্

কোংদোকচরিবা ৱারেং থক্না অসি লৈখিল্লবা ইপা ইবুংঙোম ইথিরবা থরদগী অহানবা ওইনা থনগৎচবনি। মথক মথাগী ওইবা ৱারেংশিংদা লৈনরমলিবা অইবগী পুক্লিংগী ইছন অমম্ক্ষু ৱাথলমা হিংলিবা মীওইবগী মরক্তা হিংখিরজবা চমগত্রা দায়বগী আশাদনি ময়ামগী মাংদা পুথোকচরিবা।

লোল প্রেসকী মেনেজর শ্রীযুক্ত খুন্দ্রাকপম কুল্লা সিংহ অমদি ষ্টাফশিংনা অৱাবা কয়া মায়োক্নরুম্না থবাক য়াওর্দা হোংনবিথিবনা লাইরিক অসি মপুং ফানা পুথোকচবা ঙমখিবনি। মখোয়গী চাওরবা মতেং অসি নত্তমদি থবক অসি ওইথোক-লমলোই।

— অফোংবা

# য়াওফম তাকপা

# মণিপুরগী শুমাং লীলা

## অমসুং

## বারেং মখল-মখা

—:{৩}:—

"মণিপুরগী শুমাং লীলা" হায়বা অসি তোংঙানবা অঙাংবা অর্থ অমা লৈরি, মহুদি শুমাং শুমাংদা কোয়না চৎতুনা শান্নবা লীলা হায়বনি। অসুম্না শুমাং শুমাংদা চৎতুনা শান্নরিবা লীলানা সমাজদা পীরিবা কান্নবহু থিয়েটরনা ওইদে, সিনেমানা ওইদে, হায়বদি সমাজগী জণসাধারনগী ৫সিগী পুন্সিগা হেন্না নকশিনহনবদি শুমাং লীলানা ওইগনি। ঐখোয়না খল্লসি সিনেমানা পিরিবা ভাব কয়া, ঐগী শুমাংদা নত্রে, চৎপগাই সিনেমা হোলদা অহুগুমহুনা থিয়েটরসু (ড্রামাসু) অহু মঙাই হোলদা, ঐখোয়না চৎপা তাই। শুমাং লীলাদি ঐগী ইশুমাংদা তোরবনি, অহুনদি ঐগা হেন্না তোরো-খোদাম্নবদি শুমাং লীলানা ওইরি। সমাস্যা কয়াগী মরমদা অহোংবা জগংকী শক্তমদা শুমাং লীলাদা মতম মতমগী সমাজগী মমি তারি। অহুম্না তারিবা মমি অহু অরায়বা লোলদা, মীচম্না খঙগদবা বাংঙ শাঙাঙদা ঙাঙনবনা মরম ওইহুনা লাইরিক হৈবা হৈতবা, মীপুম খুদিংনা হুংঙাইনা খঙজবা ওগী মঙংসু শুমাং লীলাদা ওইরি।

ওদিগী লৈরিবা মণিপুরদা উৎলিবা লীলাশিংগী মনুংদা শুমাং লীলা, মাণ্ডব লীলা, ড্রামা অহুম অসিনি, সিনেমাগী জগৎমা অমদা থমজগে। হায়রিবা লীলাগী শাম্নবা মওংদা মাণ্ডব লীলা হায়রগা জগোই রাস, শঞ্জেনবা গৌড়-লীলানচিংবা শাংরি। ড্রামাদনা তোংডান তোংডানবা পৌরাণিক, সমাজিক; ইতিহাসিক অমদি কোকপ্লে কয়া উংলি।

অদুবু মাণ্ডব লীলাসু সমাজগা য়াম্না নকশিন্নবা, লাইনা হেক্তা উংপা য়াবা ওইদে। মাণ্ডবকী ঝঞ্জসু চাওই মাদি ধর্ম্মগী ওইবা অচৌবা শক্তম অমদা চংখ্রে। অয়ুক নুমিদাংগী ঐগোয়গী পুন্সিদগী লাপখ্রে অহুগুমহনা ড্রামাসু ঐখোয়গী অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা নকশিন্নবা নত্তে ড্রামা উংপগী থৌদাং মওং খজিক্কী মত্রে, শুমাং লীলাদি অসিগুম্বা পোংন্সুম করিসু লৈতে। অদুনা ওসিগী মণিপুরগী ওইবা তোংডান তোংডানবা উদ্দেশ্য কয়াদা শুমাং লীলানা অহুম ইন্টরপিটেসন তৌবা য়াবা, শুমাং শুমাংদা কোয়না চংভুনা মফম খুদিংদা মোবিলাইজ তৌবা য়াবগী থাক্তা লৈরি। ফিভম অসিদা সরকারনা কুপ্না খন্নরগা শুমাং লীলাগী ফিরেপ অমদি পুন্সিবু অনৌবা শক্তি পিবিবগা লোইননা সমাজগী শেমগৎ শাগংপদা অমদি ইনফোরমেশন পিবদা অফবা খুৎলাই ওইবা য়াগনি খঞ্জে। ঝঞ্জ চাওংদ'চেকি অনি অহুমগী কক ফিদা মেজনচিংবা অয়ুক নুমিদাংগী শিভিন্নদুনতা লৈবা ইচম চম্বা পোৎশিং থরবা লোইরে।

অয়াবদি অসিগুম্বা শুমাং লীলাগী "সংজ্ঞা" অসি করিনো হায়বা বাখল তৌরুদনা "যাত্রাবালী" হায়বা মিংকমদা চংনহন-খিবনা লীলাগী কান্নরিবা অসিগী শাজেন্নবা মিংকম ওইহনখিদ্রে। "যাত্রা" হায়বা বাহৈ অসি করিগুম্বা লাই-তিনগী মুমিং থোকপবু খঙনৈ. খুদম ওইনা ঝুলন যাত্রা, দোল যাত্রা, কাক যাত্রা অসিনি। অদুগা করিগুম্বা মফম অমদা চংকদৌরিবস্মু খঙনৈ— মদুদি যাত্রা তৌরাসনা মতম ওইরে। মুমগী যাত্রা হুনবদা শিজিন্নবনা হান্না বুংগদৌরিবা উ নত্রগা নূং অদুনা মুম শাবগী থবক্তা মথোঙ থাংবা হৌরবান কায়বগী যাত্রা হুনবা হায়বতনি।

মথক্কী খুদম থবা অসিদা ঐনা পান্দম থমলিবনা শুমাং লীলাবু "যাত্রা বালী" হায়রুবদি মহারাজ চন্দ্রকীর্তি স্না হাক্তক্তা দেবী পূজা তৌবদা শান্নবা হৌদোকখিবগুম তৌবদগী দেব দেবীগী মুমিংপু যাত্রা খঙনবনা মরম ওইদুনা অদুদা লীলা শান্নরিবশিংদা "যাত্রা বালী" কাংবু হায়না খঙনখিবতনি। ভারত নাট্য শাস্ত্রদা "যাত্রা" হায়বা বাহৈ অসি শিজিন্নবা থেংনদে "শুমাং লীলা" হায়হননিংঙি।

হৌজিক্তি মণিপুরগী শুমাং লীলানা মতৌ করন্না মণিপুরগী সমাজগা মরী লৈন-লৈননা মাগী শক্তম অমুম লাকখিবগে হায়বদু শমতক্লা অমুম লৈনজক্নরককে। সমাজনা য়াম্না চমলিঙৈ হৌজিকী য়াম্না কমপ্লেক্স ওইরবা সমাজ অসি নক্নিঙৈদা শুমাং লীলাসিন্দু য়াম্না চয়ম্মী. বারী বাখোং অমনা পুনবা বারী পরিংদা তোংদুনা

ঙাঙ-শকুনা শান্নবা লীলা ওইরমদে য়াম্না চমজবা মোক্লনবগী খন-খন্দুনা শান্নবা লীলা ওইখি। তশেংনা হায়রুরবদি "ফাগী লীলা" হায়বনি অদুন অহানবা হৌরকপদা শুমাং লীলাসে "ফাগী লীলা" কৌনরম্মী খুদমদি - অবুজাম ফাগী, অমুথোই ফাগী, য়োংশুবী ফাগী, চেং ফাগী – অমুম্না।

মতাং অসিদা রাফম অমসু পঞ্জহৌরবদি নৈনরিবা প্রবন্ধ অসিগী কাংখুনগী কাংলমদা ময়েক শেংগত্রা খল্লি মতুদি – "শুমাং লীলাগী" তাংকক অহুম থোক্লনি মগুদি অহানবদা অনি-শুবা লাঙ্গাওগী মমাং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার লেংলুবা চহি অহুমলোমগী মতুং খৃঃ ১৮৬৭ দগীনা মহারাজ চুরাচাঁদগী মতম ১৯৪১, অনিশুবদা খৃঃ ১৯৪২ দা মণিপুরদা বোম তাবগী লালমুং অদুদগী উংপা হৌবা শুমাং লীলাদগী হৌরগা খৃ: ১৯৫৫ ফাওবদা উংখিবা লীলাশিং অহুমশুবদনা খৃ: ১৯১৬ তগী হৌজিক ফাওবদা উংলিবা শুমাং লীলাশিং অসিনি। খৃঃ ১৯৫৬ তগী হৌজিক ফাওবদা উংলিবা শুমাং লীলাগী মওংসিদা অমুকসু শিকতকনা তাংকক অনি থোক্লা খাইদোকপা য়ারি, ১৯১৬—৩৫ অমসুং ৬৬ হৌজিক হায়না।

হৌজিক্তি শুমাং লীলাসি করম্না হৌরকই হায়বদু পঙ্গরককে, হান্নসু হায়জখ্রে সমাজগী চমলিডৈদা শুমাং লীলাগী শক্তম "ফাগী" ওইনা লাকপনি হায়না। মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী ম্না হাক্তক্তা ফাগী হৈবা অবুজাম সাইতোন ( নম্বোল কোইজিং চীংনিং ) খরিবম লাইশুবা ( চঙাঙ্গৈ ঘরী ) অনি অসি

ফাগী পুবা মরাশি কবা নিপানি। মখোর অনিবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মাম্না চাগ্না তৌই, ইতৎ তত্তনা মা কোম্মুংদা লাক্লগা মা নাক্তা কমদুনা ফাগী জুগাই ওইবা বাহৈ রাতা ঙাংহনা মহার'জগী । পুক্নিং পেলহল্লি। নোংমা মনাই অনি অসি মা কোন্নুং কায়কই মহারাজগ্স সঙ্গাই মাঙ্গোম্দা লেংথোক্লম্মী।

মতম অসিদা মনাই অচানবা থোকচাও খুনিঙ্জাওনা চৈগন তৌরম্মী। হায়রিবা থোকচাও খুনিংজাও হায়বসি থোকচাওদা মকৌজবনি মসিংদি, খুনিংজাওদি অশাংবীনি অহুনা "থোকচাও খুনিংজাও" হায়বসি মমাংদা মতম অহুগী মণিপুর মা লৈপাক্তা লৈবনা হায়রু লাকইবা ঙমগী শক্তি লৈনদে। মরমদি নিংথৌগী কম্মাইবনি অমুকম্তু নিংথৌগী অচানবনা তৌগেদা ঙম্লিবা নিপানি।

ফাগী হবা অনিনা মাচরণ গুরুমজরগা ঙাইহাক তুমিন-তুমিন কম্বথ্রবা তুংদা মহারাজনা মনাই অমিগী ফাগী তানিংবগী ঈঙ্গিত উবদা অবুঙাম সাইতোন্না খরী লাইওবা য়েংহনা হায়রকই—

য়েঙুনে নংবো, মা সঙ্গাই মাঙ্গোন অসিদা ওম্মোকপা খোঙ্গুল অমা তারেনে, তো-য়েঙুনে।

করি খোঙ্গুলনো ঐদি উবু উদেকা, কদায়নোনে?

খোঙ্গুল অসিবু হায়বনি —।

ঈঙ্গিত খঙবা খরী লাইগুবনা ভাব খংতা তাহনা হায়রকই—

হিঃ খোঙ্গুল অসিদি শামু খোঙ্গুলনিনা —

মানি মানি শামু খোঙ্গুলনি।

রাশি কথা নিপা অনি অদুনা অসুম্না তৌরকপা অসিদা মা সঙ্গাইদা ঙাক্লোইরিবা মহারাজসু রা রা নোকলি, থোকচাও খুনিংজাওনচিংবা মমাইশিংসু রা রা নোকলি। সঙ্গাইগী ইবেম্ম-শিংসু ওম্না থোরকতুনা রা রা নোকলিবহৌদা য়াওশিল্লরে ঙগংবা কুম্মৈগী ভাবক য়াং-য়াংবা অমা ওইরে - অনি অদুগী ফাগীসু অওক ওকথোং তৌদুনা "ফাগী লীলা" মচা অমদি কজনা ওইরে।

মতুংদা মখোয় অনিনা শামু ফাগনি হায়রহনা মফি তাখৎ-তুনা শামুগী শোঙ তৌবগী ফিভম তৌই শিগৎ খোকংতুনা উথুন তৌবগী অভিনয় উৎপহৌদনা হেনগ্রবনি নোকখ্রিবা—ময়ামহনা পুক্কি তিংনা।

মমৈদা অবুজাম্বমা শামুগী খোঙ্গুল নত্তে হায়না হায়রকলে,—অহৌদি কনাগী খোঙ্গুলনো?

কনাগী খোঙ্গুলনো হংলকপা অসিদা মৈত্রবাক্তা মীনা হায়বা ওম্নদহনা লৈরিবা, মখোয় অনিগী ফাগীহৌদা মাসু নোক্তুনা য়াওরিবা থোকচাওগী অশাওবী খড় অবুজাম্বা সাইতোন্না ইরাই লাইমা পল্লকলে —।

থোকচাও খুনিংজাওগী খোঙ্গুলনিদনা।

সঙ্গাই মাঙ্গোলদা তিল্লিবা থৌগল লাঙ্গলশিং মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নোকমনখিবনা পুক্কি পায়দুনা থাংনরে— থোকচাও খুনিংজাওদি মমায় ঙাংশং ঙাংনা ফুসি-চৈসি ওমদনা লৈখ্রে (মা মাঙ ওইবনা) মহারাজনা মরাশি ফবা মনাই অদিদা

পেনবিন্থনা স্না খুঙ্গি তাল, থামেন চৎপনচিংবা মনা পিগ্রে. অহুগা লোইননা ফাগী লীলা পুথোকলো হায়না স্না ৱাথঃ তাওথগ্রে। অনি অদো হরাও হরাওনা স্না চরন্দা থুরুম্লগা ময়ুমদা কুমগ্রে। অশোমদনা থোকচাও খুনিংজাওবা মমায় ভাংশং ভাংনা ইকাই-বনা তিংতম শিনা লৈরম্বা উবদা মহারাজনা জ্ঞান তারকলে, অহুগা অস্নুম্না থেমজিনখি —

"থোকচাও! নং শাওগনু অনি অহুগী ফাগী মতৌ মরাশি ফবা অহুদা ঐস্নু নংগী অশাওবীনি হায়বা পুমকাউ কাউহুনা মনা-মথিল কাওবা পিথোকথরে, মথোয়না নংগী নতুংদা হায়বস্নু নত্তে, নমাংদা ময়াম্না নুংঙাইনবা ফাগী তৌখিবনি শাওগনু।"

অস্নুম্না মনাই থোকচাওবু থেমজিন্দুনা ফখি। থোকচাওনস্নু মতুংদা ফাগী পুবা অনি অহুবু নোংমা চাক কৌহুনা ঐবু পন্দুনা মতুংদা নথোয়না ফাগী তৌগনু হায়না ৱাচৎখি।

মতুংদা মহারাজগী স্না ৱাথং মতুংইন্না দেবী পুজাগী মতমদা অবুজাম্বা সাইতোন্না লুচিংদুনা অবুজাম্বা ফাগী হায়দুনা হেক হেক তৌখি —অস্নুম্না মণিপুর শুমাং লীলা জগৎকী অনৌবা শক্তমসি ফাগী লীলাদগী হৌরকখি — ফাগী লীলাসিদগী মতুং তাথরকখিবা চহিশিংদা শুমাং লীলা ওইরকখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী স্না হাক্তক্তা ফাগীদা ফাওথিবা মীওইশিংদি মথাগী অসিনি —

১। অবুজাম্বা সাইতোন।

২। থরীবম লাইশুবা।

৩। হৈনিং মরু।

৪। লাইশংবা।
৫। উরিং মহুম অসিনচিংবনি।

মথক্কী ফাগী পুবা কাংবু অসিনা নিংঝৌরোল অহুম চুপ্পা মণিপুরগী ফাগী লীলা ওইনা শুমাং লীলাগী জগৎ অমা শেমখিবনি, মসিদা মহারাজ চুরাচাঁদগী স্না হাক্তক্তদি তোংঙান তোংঙানবা ফাগী হৈবা থোরকলে মখোয়গী মমিং পনবা তারবদি মখোয়শিং অসিনি:-

## ফাগী নিপাশিং :—

১। য়োংশুবী (লমশাং কৈথেল)
২। পাঙম্বা (য়াইরিপোক)
৩। চেংবা (চান্নবা মমিং "বকুল" অহানবা চেংবা শাবনি চরাংপাতগীনি)
৪। চেংবা (চান্নবা মামিং "থাংজম শিতলসিংহ" অকোনবা চেংবা শাবনি চরাংপাতগীনি)
৫। কোলু থোংপাক (চরা পাং)
৬। মুতুম ইবোতোন (হাওবা কিয়ামদগীমি তকমান অপাকপা অমা শি)
৭। ঙাথেম পোদোন (হাওবকিয়াম)
৮। লৈশাংথেম অমুথোই।
৯। চুখা হৌদোং।
১০। মোইরাং শারি (য়াইরিপোক-কৈশাম লাইশ্রম)

## ফাগী লীলা নুপী শাবীশিং :-

১। থৌচোম চাওয়াইমা (খোংহামপাৎ মগ্রি লৈকাই)

২। কোনসম য়াইমবী (খুরাই) (ক)

৩। লৌরেম্বম ইবোচা চরাংপাং।

মশক কৈজে, চূরাচাঁদ মহারাজনা "ইবেচা", থোম্দুনা ইবেচা হায়রগা ময়াম্না অদুম খংনব্রে।

৪। কামেং য়ুমজাও (কামেং)

থাইনগী নুপী শাবিশিং অসি নুপীদোনা মশম থাকই নুপীগী শম্বুলগুম মশম চাউনা পুন্দুনা লৈবনি।

য়োংশুবী ফাগী অসি য়ায়া মমিং লৈখিবা ফাগীনি, অসিবু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম পল্লি –

+ + থানি, নোংমিংথোকাবদা তখেল মিংথোগা মনাও অহুমগা বাবু মরি কমনাইবা তরেং সাহেপ অমা সিকাই কুম্মগা শুপ্না মী হুমকুমাথোই থুংলৈএ। অহু মুমিংতা কাংজে, অথোমবী শামচুনা য়েংহল্লে। শজিবু থানি লৈপাকপোকপনা হল্লে, অহু মুমিংতা হোলীনে য়োংশুবী ফাগী য়েংহল্লে।

(চৈথারোল কুম্বাবা – লা: ৫৫৪)

ফাগী লীলা য়াওবশিং অহু ওম্মা ফিজাং শেংলি, মথোয়গী ফাগী

---

(ক) কোনসম য়াইমবীনি হায়গী চেংবা শাবনা হেক শিখিবগা লীলা য়াওবা তোকখি, মাগী নুপী শাবগী অশাংবা মশম অহু ককথংবি হায়বে।

## মণিপুরগী শুমাং লীলা

মতৌ অহু য়াম্না চম্নী হৈহৈগী হাৱগী পাওরো প্রমাণ পাস্থেশিংদা তৌবা কাগীনি খুদম্দি

(ক) থং থং লাওরুবদগী খংনরকই।

(খ) খোইরুম তেবী মতুং ইল্লুবদগী য়োংখোক চাই।

(গ) হাইনোক মতুং ইল্লুবদগী চাক-চমাং শিংতুনা তোকই।

(ঘ) কহা, মাঙ খুলাই কায় পেম্মা য়েঙ্খৌ কবী তুংগী পোলোই য়েংনসি।

(ঙ) মায়থোং কবীনা মাঙদা লেপ্প, তুংয়ান কবীনা তুংদা লেপ্প।

(চ) নহাবী লৌকা অঙমবী শগোল মাঙদা পুনজাও পুবী মুংশিং মায়রম লশিং কাপ্পী।

(ছ) মবা থাংঙেনকম হুন্দোক্লগা শামু ঊরুবা য়েংবা।

অসিগুম্বা ফাগী মতা অসি মৱাশি কবা মখোয় অহুনা হায়-দোরকপদা য়া-য়া নোক্লবা ঙমদে।

মুতুম পোদোন হায়বা ফাগী কবা নিপা অসিদা লায়রবী শাবী ইবেচানা শেল পুবা লাকই, মহাক্না অম্মা হায়রে

তাদা শেল-থুমগুম্বা লৈবিরবদি নচম্বা নোংমা নিনিদা থংবিখোবা।”

“ইবেন্মা ইবুংদি কয়মনো শেলদি লৈজদে, থুমদি অম্মুকশিং লল, পুখো পুরো ইবুংদা।”

মসিদা চুমদা হায়বদা ভাবকুনা 'য়া নোকলিবনি মৱাশি কবনা। মুতুম পোদোন হায়রিবসি কুচু ঙৌই তনোয় তনোয়

ময়া কুপতক তৌই ম্নাগী তকমান অপাকপা অমা শি, কুপতক তৌবা ময়া অঙৌ খঙ্জিত্তুং ঊংবা মখোন্দু চপক্লাংলবা "খুমন্দি অস্তুকশিং লৈ" হায়রবা মতমদা মখুৎ থুরম্লা খুদোলবীগা অদি চপচুনা "অস্তুকশিং" হায়বগী অভিনয় ঊংপদুদা পকচনা মোকশিংবা পোকহল্লি। চেংবা শাবদি নিপা অনিনা শাবনি- অহানবা চেংবা শাবনা "বকুল" কৌই, মহাক্কি মণিপুরদা চেংবা হায়না কাওথ্রিবসি. মাগী মতমদা কোনসম য়াইমবীনা "থরো" হায়বী নুপী অম শাই। মমৈদা চেংবা শাথিবনা থাংজম শিভলসিংহনি— মাগী মতমদনা লোয়েম্বম ইবোচানা "থরো" হায়বী নুপী অসি শাথি-। হায়রিবা চেংবাগী অসি চুরাচাঁদ মহারাজগী মতম ১৯২৯-৩০ কাওবা শাম্নথি অহুদগীদি চেংবা শাবশিংনা শিথিবগা (অকোমবা) লোইনবা কাগী লীলা হায়বসি মণিপুরগী শুমাং লীলাগী অগত লোইখ্রে।

হায়রিবা মহারাজ চুরাচাঁদগী মনা হাক্তক্তা চেংবা কাগী লীলাগী লেঙ্গা ওইনা য়াইস্কুল মোইরাংখোমদা লৈবা ম্নাথ্বা ম্নামচানা তম্বীবা "কাবুল লীলা" (কাবুল জগোই) হায়বা কাগীগী মওং হাইরপ মাখরা লীলা অমগা পুথোক্লম্মি, মহুদা য়াওখিবা মরু ওইবা মীশিংদ্রি—

১। য়ুমলেম্বম গুলাপসিং— কামান্দেন্ট শাবা
(য়াইস্কুল গম্ভীসিংগী মপা

২। মুতুম চাওবা— য়েম.শাই    ৪। লাইশ্রম কুলবিধু

৩। হুইরেম কৈফা শেল্লুংবা— ধ্রুলোক বৈ

৫। স্নাখ্বা উত্তরস্না ৬। নোংমাইথেম তোম্পিশক
৭। নোংমাইথেম খোইমচা ৮। মৈতানকৈশংবম জিরজী
৯। তোমচৌ শেলুংবা— কাবুল ফিয়োনবা শাই অসিমচিংবনি।

লীলাগী পরিং নৈতে, ঈশৈ নোংমাই অর্থ লৌকম ইখঙ খঙদে, কবোগী ঈশৈ মানবা আসামী ঈশৈ মানধা য়াম্না শকই, বেঙ্গলীগী ঈশৈ মানবসু য়াওই কবুইগী মানবা য়াওই মহু মথাগী অসিনি—

## আসামীগী ঈশৈ মানবা।

"জকী খলা হে খেলা হে হে পালরোই
মন্দি লাশোহে, পিপোং পদেশ পদেশ
ক্যা লাহে দেশ মিল য়া য়া
আলদিকা পালরো পালরোহে।"

* আথা মালা চৌকিনা বৈথে
চনম্রিকা চংমনবা হুকুম হোইলে
কোং চোলে পিউ পিউ কোইরা পুরা।

---

* ঈশৈ ময়েক অসি শ্রীলাইশংবম গৌরবিধু সিংহ, ওইনাম থিংঙেলদা লৈবগী মকমদগী লোহোবনি, চহি কয়া হৌরবসু চিন্দা পকতুনা লৈহোরবা ঈশৈগী সুরনি, শৈহেকনি।

## কবোগী ট্রশৈং মানবা

"অয়োদা ইলে চাশো শমদিং একটিং কাটিংলো
বায়েন দেবো রেনদেম দিলো থিয়াদা থিয়াদা আমানো।
মাশো য়েন্দে, চায়েন শজিন বায়েন কাটি
চমপো কেলো চুমটি নিক্কালো
চংপা কেনকি ত্বাটি নিকলবা।

## বেঙ্গোলী মানবা

"গঙ্গা জিস্ক মাতা হমারে
ভহা হমারি আয়ো চুখো পাই
বর মক মণ্ডল শেজমে নিচয়॥" (গ)
মসি শাক্কুনা জগোই শাই।

কাবুল লীলা অসি মহারাজনা মণিপুরদা সাহেবনচিংবা অচৌ অশাং খোরকপা থুদিং উহল্লি মদুগী থুদম মথাদা পিভরি—

"১৯ নি থাংজদা লাং সাহেব থুংলে মহারাজসু চীংমৈরোংদা শামু তাইবোং তোংহনা ওকএ। লাং সাহেব শামু তোংমিন্নহনা কেস্কোজম ইস্কাল বাঙ্গলাদা চংএ। ++ কাইরেন থা নিংথৌকাবনা হালে। অদু মুমিং কাংজে শাম্রৈ। মুমিদাং কাবুল জগোই শাম্রৈ।" —(চৈথারোল কুম্বাবা লা: ৪৪৫)

---

(গ) ঔশৈশিং অমদি বারী-বাখোংশিং অসি শ্রীহুইরেম কল্লাই হায়বা কাবুল লীলা অসিদা য়াওরিবা হুইরেম কৈকা সেলুংবগী মচানা 'ভাকপিবনি। মহাক হৌজিকমক এলাংবম লৈকায়দা লৈরি। মশাগী চহি ৭৭ লোম ওরে।

## ইংশোক ১৯০৭ তনি (ঘ)

হায়রিবা কাবুল লীলাদা খোংনবা মম্নশিং অমু কাগীগী মওংদা চরুনা শাবা শাক্তা ওইনা থোই। সিকাইগী থাজগী খোঙথাংগা চামবা মুর মচিয়া খোংদুনা হায়গা লীলা শায়কম ভাবা থোরকই - মমুগী লোল মানবা মুর মরোলদা, মমুদি—

(১) নম্বোল কাইবোল কাইবু নাই
ঝাং ঝাং পেস্তেং পেস্তে পিনাও
ঝাং ঝাং নপুইবাং অসিনচিংবা।

কাবুল লীলা অসি মীথিং ওম্মোকনা য়ামনা শান্নবা লীলানি অচৌ অশাংসু য়াওই। তোমচৌ শেলুংবমা কাবুল ফিরোনবা শাওনা থোরকপদা য়েংলিগ। ভাবোক্লা বা বা হেক্লা লাওনবনি। সাহেব লম্বোঙবা শাবা য়াওই - শাবনা যুমলেম্বম শুলাপনা শাবনি—নোকপনা পুকলি পায়নৈ। সাহেব

---

(ঘ) হন্দকী লাং সাহেব অসি লোর্ড মিনটোনি লোর্ড কার্জ্জনদি মত্রে মরমদি লোর্ড কার্জ্জনদি খৃঃ ১৯০৪ দা গোভর্ণর জেনেরেল ওইবা তোকপ্রবনি। ১৯০৭ ইংদা লাং সাহেব থোরকপগী বাকম চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি মমু লোর্ড মিনটো ওইগনি মরমদি— হায়রিবা কুম অসিদা গোভর্ণর জেনেরেল (ভারতকী) মহাক্লা ওইরে। মহাকসু চৈথারোল কুম্বাবদা কুমৈ ফিরোং কাগীনচিংবা য়েংই হায়রি মযেক শেংনা কাবুল লীলামকনি হায়নদি পল্লে।

অদুনা লম্বোইরমদাইগী মশম কোক্লবা হাজাম (মাপেৎনা) কৈনা সেলুংবনা শাবনি। থোইদোক্লা অঙকপা অমনা মোংমাইথেম থোইমচানা নিপা অমগা থাঙ হাইনবা উংলি য়াম্না থবায় য়াওনা হাইনথরে মহুদি তোকনো হায়বা য়াদহুনা ভাবক্তগী মীনা হৌগংনরক্লুনা থামদোক্লদুনা তোক্লহনখিবা য়াওখি।

হায়রিবা কাবুল লীলাসি মতম কনা শাংনা শাম্নখি, মীখিৎনগা মতম অহুগী য়াইখুলগী মচিন তোংবশিংগী মচা মশু অহগা মচিন তোংবা কয়াস্থ য়াওশিনবা অহুদা লৈমা নিংথৌ য়াওনা লিদোংখিবা লীলাগা ওইনা তৌরহুনা শাম্নরিবা কাংবুনস্থ জাং স্থাংকী কাগী মনিং তৌনা হাপচিনখি। কাবুল লীলা অসিগী কিজেৎ হায়র-বদি মণিপুরদা মমাংঙৈদা কাবুলশিংনা কিয়োনবা লাক্লম্মী, মথোয়গী কিজেৎ কিয়োল শেং চাবা মওংহুমক কাগী লীলা কাংবু অসিনা শেং চাই লীলা য়াওবা মীপুম খুদিংমক্লা মতৌ অস্থুম্না কাবুল লীলা তৌরকপা মতম অসিদা লেঙ্গা ওইনা কদিবী পালা লিংথৎলকই। লীলা অসি লিংথৎপদা মকোক ওইবদি খ্বাই ললাম্বুং মথোংদগী মৈতাল কৈশংবম ওজা মমিংদি থংজে) অহুগা বাষেংবম লৈকাইরোমদগী মীওইশিং থবনা ওইবনি। হায়রিবা মীশকশিং অহুদি মথাগী অসিনি :—

১। রাজকুমার থম্বালসনা।

২। হাওরোকচম তোম্পোক

৩। হাওবম চাওবা

অস্থুম্না মকোক ওইবা থবসিগী মমমদগী কদিবী পালাসি

বাঙ্গেংবম লৈকাইগীনি হায়না থংনখি। মসিদা নত্তনা মণাগী মীশকশিং অসিসু ফদিবী পালা লীলাদা য়াওখি।

১। রাজকুমার ইবোতোম্বীসনা ( বিজয় গোবিন্দ )

২। অরিবম অমুবী ( তেরা )

৩। অচৌবা গোপাল ( শগোলবন্দ অথাম লৈকাই )

হায়রিবা ফদিবী পালা অসি জগোয়গী মওংনা লীলাগী মতৌদি নত্তে। ফদিবী পালাকে কৌরুবদি লীলা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক্না পুম্বান পেংগাইবা অমমম শেংলি. খুজি, তাল শি মখোংদসু নুপুর লোয়না শি। অসিগুম্বা ফিজেৎ অসি শেংলগা খুবাক ঈশৈগী মওং ওইনা খুবাক খুদুম্বা মশা থেকনা থেকনা ঈশৈ শকই জগোই শাই।

ফদিবী পালা অসি করম্বা মতমদা লিংখৎখিবনো হায়বগী মরিদা অমুক শেংনা থংবদি মণিপুরদা অনাবা অচৌবা হায়বা অমা তৌখি হোৎকে কাওবা অহল লমনা মদুবু শোন্নরগা অকিনা পোক্লরিবনি। হায়রিবা অনাবা অচৌবা তৌগদবা চহি অমা য়াংলিভৈদা তৌখি হায়না শ্রীযুক্ত মোংজম তিলকসিংহ এলাংবম লৈকাইদা লৈবনা হায়, অদু ওইরবদি ইং ১৯০৭ দা ওইবা তারে, মরমদি হায়রিবা অনাবা অচৌবসি ইং ১৯০৮ দা তৌখি-খি। মসিবু চৈথারোল কুম্বাবদা অমুম্না ইরি—

"শক ১৮৩০, ১৩নি লৈপাকপোকপদা শজিবু পালোক ওইএ।
১৮নি লৈপাকপোকপদা লৈপাক পুয়মক পুকচংলে + + +

— চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ৫৪৫।

ফদিবী পালা অসিদা শকখিবা ঈশৈ খরা মথাদা পাল্লি মদুদি -

"লমদা থাগী পুর্ণিমাদা চৈতন্য প্রভু পোকলেবে
চৈতন্য পোক্লবদা হরিবোল য়াওশং মৈথারে।
চৈতন্য প্রভু উবদা মমা শচি রাণীমা
নিংথিনা নাচে জগোই শাজরে।
জগন্নাথ মিশ্রনা চৈতন্য প্রভু উবদা
পাম্বোম য়াংনা পাঙ্গংভুনা"

মতাং অসিদা মতম অদুগী বৃটিশ শাসনগী কমপ্লেক্স ওইবা মওংহুবু লক্লবগী ঈশৈ মওংদা শকই। অহুগা লোয়ননা সরকারগী কর্মচারী বাঙ্গালী বাবু ভায়াশিংগী ইচাও চাওথোকচনিংবা মতৌবু থাহনা শকপা ঈশৈ অমসু য়াওই মদুদি—

"বোম কাপ্পা বোমজাও কাপ্পা
রাশকাৎ লিংপা কোইজোম্বা
মোরা ফম্বা নিংশুবা -"

ঈশৈ অসি শরূা শরূা মলনচিংবা তৌই। মতম অসি ফাওবা ওমাং লীলাগী পুন্সিদা ফাগী ডাক্তগী লীলা ওইনা উরি। অহুবু সমাজদা লৈরিবনিনা সমাজগী মওং থরদি কলাকারশিংনা লাকপহু ভাংখিদবদি নত্তে, য়াম্না কন্সসিয়সনেস ওইখিবদি নত্তে। অহুবু মতম অসিদা মণিপুর সমাজগী অবস্থা ফবদি মত্তে। লায়র-অনংগী মৈথু ফংলিবনি, বৃটিশকী লোইলম ওইবনা অরা-বগী মথক্তা রাজনীতিগী হুইদিকা থাবগা লোয়নমা ব্রহ্মসভাগী

অমাং-অশেং তুকা থিবগী মরক্তা হিংলীবনি। "রাজভক্তি" হায়বদুদা প্রজানা পেনথোক্তুনা মথোয় মশাগী মশক মথোয়না থংলদে, লৌবুক্তা মক্ত-মরাং থরদং লংশিনলগা মচুদগী থোরকপা কৌ চেং থরদংনা মবুক থনজবা ফংবা অমদি মখুৎনা নাইজবা লংবৌগী ফিরোল শেংপা অচুসু অনিশুনা শেংভবা হৌজিকী অকে অমৌ চংদবা মতমনি। হিদাক কাংক্রম অমগা টিকি থরগা পুথোক্লগা হাল্লা হৈদোকলা, হাল্লা হৈদোকলা তৌরগা রারেম ভাংহুনা লৈথোকপগী নিংভাইবা লৈতবা মতমনি। অচুগুম্বা মতম অহুনা ফাগী লীলানা মনিং তম্বা মণিপুরগী সমাজদা য়াতাহুনা লৈরম্মী। অসুম্না মৈতৈনা পংথহুনা লৈখিবসি শতাব্দী তম্মায় অমা হায়বদি চহি ৫৭ রোমনি। চন্দ্রকীর্তি মহারাজ স্না হাক্তক ১৮৮০ দগী ফাগীনা মপুং ওইবা শুমাং লীলা শান্নবা হৌবনা লোইখিবসি ১৯৩০ অচুরাইদা লোইখি। মতম অদুগী নহা· রোলস্থ য়াম্না চন্নম্মী - মথোয়গী পুন্সি মরেল অর্থ লৈরমদে— পুং ঈশৈ তৌবা, কাংজৈ, মুক্না হৈবা, কাং শান্নবা শাগোল কাংজৈ ফবা. মথোয় অহু নিপা মচা থোকই হায়নৈ। লাইরিকতি "মমিং মথা ইবা ভুম্লগা লোইরে" হায়বসি চিন্তা ওইনবা মতমনি। লাইরিক তম্বদি স্কুলদা চত্তুনা তম্গী চৎনবীবু তুকচরম্মী, মাংভি হায়চনা লৌনরম্মী। করি অমুক হায়গনি কনাগুম্বনা স্কুল কারু- বদা শেংপা ফিরোল ইমুংদা পুশিনহনদে তোপ্পা মপান্দা থমহল্লি। "চন্দ্রকীর্তি মহারাজ স্না হাক্তবা জোনষ্টোন স্কুল এম: ই: গী থাক্তা লৈরে। চুরাচাঁদ মহারাজ স্না হাক্তক হায়স্কুলনচিংবা

লিংলবা ফাওবদস্নু মথক্কী স্কুল কারুবগী ফি মাংবগী চংশবীসি ইং ১৯২০ ফাওবদি লৈরি। মণিপুরগী মপান্দা শিলংদা অমদি কলিকাতদা বি,এ, এমঃ এঃ নচিংবা তম্মুবা ছাত্রশিংবু কোম্নুংদা ব্রহ্মসভানা মরু কোরুগা প্রায়শ্চিত তৌবা হায়বসি কন্না তৌরম্মী অস্নুম্না তৌবসিদগী সমাজদা অচৌবা অওনবা থোকখি। নিখিল হিন্দু মহাসভা মণিপুর" লিংনবগী য়ুম্ফম ওইখি। মতাং অসিদা ৱাফম অসিগী আলোচনা পাক্না চাওনা তৌজররোই। খুল্লক্তা ওজাদা মহাভারত রামায়ণ, চানক্য-শ্লোক নিত্যাচারনচিংবা তম্মী। অতৈ অতোপ্পা বিষয়শিংগী কান্নবা থোইনা উশিনলুদে।

অহুবু মুংঙাইবা ৱাফম অমদি লাকলি, মতাং অসিদা শুমাং লীলাগী জগংতা "হরিশ্চন্দ্র লীলা" শান্নরকলে। লীলা অসি পৌরানিক লীলানি, রামায়ণগী মনুংদা মমিং চংলবা ফিদম্নফম ওইন্নবা অচুম্বা চংপা অমদি সত্য ঙাকখিবগী ৱারীনি, লীলা অসি শান্নরকপা মতমদদি হান্নগী ৱারী পরিং লৈতবঙদি তৌদ্রে, অদুবু অইবা ভোলুমদা শান্নবদি নত্রি। লীলা অসিগী পান্দমদি মণিপুর জাতীনা বৃটিশকী মীনাই ওইবগী অৱাবা, ওংপা'ঙম্বনা ওংপদা মুংঙাইতবগী ঈহুল প্রজাশিংদা ফাওরকপঙুম তৌরি। মহারাজ চুরাচাঁদগী রাজশক্তিগা ব্রাহ্মশক্তিগনা মণিপুর প্রজাদা কন্না লান্দারকপগী চৈথেং ফংলধনি: প্রজাদা নৈবনা বামন কন্তবা শাবহুগী মতৌ অহুনা উংলি। মতম অহুদা বামোন কন্তবা শাবগী শাথিবা মতৌ অহু মণিপুরগী প্রজা অহল লমম-শিংনবা "বামোন কন্তবহু মঙাইরে" হায়না লৌমিং চানিংবা

অরিকপা মীণক্তা হায়নরম্মী। লীলাসিগী ইনল্ল ম্নেনস মতম-হুগী প্রক্ক্রাশিংদা থরগী মথৈদি লৈথি।

মতম অহুগী ব্রাহ্মসভাগী মকোক্তা মৈতৈদা মাংঙি হায়জিল্লগা প্রায়শ্চিত তৌবদা লুপা ৮০ দগী হেন্না পাই ফাওবা য়াওনা শেল তিংহনলি। মতম অহুগী হায়রিবা শেল অসিদি ওস্বোক্লা য়ামগ্রবনি, মমুম ইংখোল য়োন্দুনা মরোল মরাল তাক্লবা য়াওরি-বনি অহুবু বিশ্বমিত্রনা লোনম তৌদুনা মরৈবাক লৌবিরবা হরি-শ্চন্দ্রনা মরোল মরাল তাকপদগী মীনাই ওইথিবহুগা নাতৈ পুদে চান্নবা লীলানি।

মসিদা উংখিবা শক্তম অসি ডাইরেক্ট নত্তে ইনডাইরেক্টনি। "পৌরানিক লীলা" হায়বরোমদা উংপনি। হায়রিবা লীলা অসিদা য়াওখিবা মীশকশিংদি মথাগী অসিনি –

১। বিশ্বমিত্র— অরিবম অমুবী ২। বেহলা খোংবা খোং-জাই শাবা— লৌক্রাকপম গুলামজাৎ, (তেরা লৌ-ক্রাকপম লৈকাই) ৩। কালু নিংথৌ— আর, কে, গোপালম্না। ৪। পাওন-দোবী – নাওরেম থরোক্তৌ ৫। বামন ফত্তবা— অচোম গোপাল, ৬। শিষ্য— লাইরেঞ্জম চাওবা, ৭। পাওন মুপী— থাংজম তোলন্তৌ, ৮। রোহিদাস— স্নাতোম্বা, ৯। শৈব্যা য়ুম্নাম অমুবী দেবী,১০। হরিশ্চন্দ্র……… অসিনচিংবা

হরিশ্চন্দ্র লীলা অসিদসু ফাগী হাপ্লদি অদুম মহাপপি, অহুবু হান্নগী পংহাপ্তা হাপচিনম্বা অহুম্নদি তৌরকতরে। য়াম্না

কমপ্লেক্স ওইবা ফাগী মও'দা তৌরকই। খোংজাই শাবা, পাংজব, শাবা খো ক্লুনা চীংমীশিংগী পুন্সি, পাঙনবচিংবগী পুন্সিবু ফাগীগী মওংদা পুথোক্লবা লাক্লরকই, অমুম্না চীংমী তম্মীগী পুন্সি মরেল অমগী লৈয়াংপু উংনবা হোংনরকই "মাংঙি, মাংঙি হায়বা কত্তবা আইডিয়াবু ক্রিটিসাইজ তৌবা হৌরকই।

মতুংদা মণিপুর সমাজদা মুপী হায়বসিগী থৌনা অমা হাপকংনিংবগী মতৌ লাকই মহুগী মতাংদা "সাবিত্রী সত্যবান" লীলা উংলকই মহুদা সাবিত্রীগী মথৌনা করম্না মপুরোইবগী মহেং পাংকম থোকপা হায়বহুগী পান্দমদা শিরবা সত্যবানগী মথাই যমদগী মুন্দুনা লৌহোবহুনা ময়েক লানা ফজনা উংলি। অসিদা মত্তুনা লরাই ইম্ফালগী শক্লম অমসু মথেল অমা ওইনা উংলকই মহু ফাগীগী মওংদা উংপনি - মহুদি থেঙ্গু হুনবগী ফাগী" মসিগী মতাং অসি ভাবোকন থরাই তাপ্রবা মতাংনি, "সাবিত্রী সত্যবান" লীলাসি "থেঙ্গু লীলা" হায়না মমিং চংপ্রবনি। সোরাংকী পোং লৈজবা লাকপা নিপা অমদা থেঙ্গু হুনজিন্দুনা "ঐগী থেঙ্গুদা থোকপনি নহাক" হায়হুনা কাবিবা উংলি। লীলা অসিদা কেশবতী লুহোংবা হায়বা ফাগী অমসু হাপচিনালি।

অমরোমদা হায়রবসু লরাই ইম্ফালগী খেন্নবা উশিংনদবা উংপদা মত্তুনা মণিপুর লৈবাক মণিপুর প্রজা বৃটিশকী নোংমৈ চিন্দোজগী মশক ওইবা থেঙ্গুদগী থোকপগুম ওইপ্রবনি। অমুম্না গুমাং লীলাগী স্থগংডা মৈতৈনা মজাতিবু মশক থংলকপা অওং অনৈশিংবু মশক উরকপা রাজশক্তি থাংবা ভম্মকতবা সাহেবকী

লোই লমগী কত্তবা শাক্লং লমচংপু শিংমনিংলকপগী ঈহুল লাকই। মসি সমাজগী মমিনি, মতম অসিদা মণিপুর সমাজদা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী মনুংদা রাজনিতীগী মিকপ থোক্লরকলে মদুগী মমি শুমাং লীলাদা তারকপনি।

লীলা অসিদা য়াওখিবা মীশিংদি মখাগী অসিনি—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | অশ্বপতি নিংথৌ— | কালা অমু শর্ম্মা। |
| ২' | সত্যবান— | অহৈবম মনিকচান্দ। |
| ৩। | দূত - | লাইবুবম ইতুখোম্বী। |
| ৪। | নিঙ্গু শাবা, লবাই নিপা | মোইরাংথেম লৈপাকমচা |
| ৫। | মহাদেব কেশপতি— | অংহৈবম খোমদোন |
| ৬। | স্নাহল - | খোইরেম অঙাহল। |
| ৭। | মন্ত্রী শাবা— | উদ্ধপ। |
| ৮। | সাবিত্রী— | অরিবম গৌরচন্দ্র। |
| ৯। | নুপী কাগী পুবী— | খোইরোম গৌরমনি। |

মতুংদা শুমাং লীলা ওইনা পুথোরকই মোইরাং পর্ব্ব লীলা, জাতিগী কন্নম, সংস্কৃতিগী শকতম উংলকই, খুনুং ঈশৈগী ঈপোম মরক্তা অয়েংবা তা:বাকপু তাওহল্লি। আজ্ঞা নীলকৃষ্ণ, ক্ষেত্রী কাহ্নাই অনিগী খোংলেনগী শক্তমদা পকচবা অহু খোং-লেন উহৌত্রবসু খোংলেন্দা খোংলেনলা থলহল্লি। অমৌবা আট একটিং পুংতোপ তোপ্পা লীলা মশামনি, মাগী একটিং অয়াম্বদা তাল্লোইনবা খোম্বাং ঈপোম্মা ঈহৌই মতাং মতাংদা খুলং ঈশৈ শঙ্কুনসু কোংদোকই। মণিপুরগী উমংলাই হরাওবগী

চংনবা য়াদবা জগোই কয়া খম্বা থোইবী জগোইদা হাপপী। খম্বা শাবা নোংবান শাবা উবদা ভাযোক্রা পেনজে। মোইরাং পর্ব্ব অসি অরিবা অনৌবা খাইনা কাওরকই। কোংপাল মোইরাং পর্ব্বদা ক্ষেত্রী কাহ্নাইনা থোংলেন শাই অরিবা মোইরাং পর্ব্বনি। কৈশামপাং মোইরাংপর্ব্ব— অনৌবা মোইরাং পর্ব্ব'ন, আক্তা নীলকৃষ্ণনা থোংলেন শাই— হায়রিবা অনৌবা মোইরাং পর্ব্বগী নোংবান শাবা লোইস্তাম রাইমাসিং অকাওবা নোংবান শাবনি। মাবু সাহিত্য পরিষদনা নাট্য বিশারদ উপাধি পিখ্রে। ১৯৭৪ দা মনু ষ্টেট কলা একাদেমীনা লুপা লিশিং অমা এরার্ড পিগ্রবা অকাওবা অভিনেতানি। মোইরাংপর্ব্বগী মরমদা থোইনা শাংনা পল্লুবি-ওাই লৈত্রবা মৈতৈ লৈবাক্কী লু-তোংদা চুপ্রবা লীলানি। মোইরাং পর্ব্ব অনি অসিদা লীলা য়াওখিবশিংগী মিংদি মথাদা পিজরিবা অসিনি—

## অরিবা মোইরাং পর্ব্ব

| | | |
|---|---|---|
| ১। | লৈগ্রাম কোইরেং— | নোংবান |
| ২। | থৌচোম খম্বোসিংহ— | খম্বা |
| ৩। | খাইদেম ইবোতোন— | চাওবা+মোইরাং নিংথৌ |
| ৪। | ক্ষেত্রী কাহ্নাই— | থোংলেন |
| ৫। | মাইবম মুহোন— | সোরা |
| ৬। | থৌদাম চাওবা— | নাইজমবা |
| ৭। | ভথেলময়ুম অচুবীসিংহ— | যুবরাজ |
| ৮। | শলাম কুঞ্জ— | থোইবী |

৯। সুংলেপ্পম মৈনো— শেন্দু
১০। বাবুরাম— মমৈদা সেন্দু শাখি।

## অনৌবা মোইরাং পর্ব্ব

১। কুরাইলাংপম নীলকৃষ্ণ— থোংলেন
২। লোইতাম থম্বাল— চাওবা নোংথোল।
(নোংবান শারিবসিগী মপানি)
৩। লোইতাম য়াইমা— নোংবান
৪। চিংথাম অহোংজাও— থম্বা
৫। য়াহেংবম তোলচো— মোইরাংনিংথৌ
৬। ইগুদ্রম গোপাল— সৌরা
৭। গুলাপ অপাইবী— কবো নিংথৌ
৮। তখেল্লম্বম মাঙ্গোলজাও - যুবরাজ
৯। ক্ষেত্রী খোংনেম— ভম্পাকয়ু হঞ্জবা
১০। মাইবম অমুবা— মুবা
১১। টিকোইম্বা — মুক্তরাম
১২। মোইরাংথেম ইবোচা— থোইবী
১৩। খোম্রাম মাঙ্গোলজাও — কোম্না শাবা থোইবীনি
হান্নদি থমু শাবনি।
১৪। থৌচোম অমুবী সিংহ— শেন্দু, (মুদে ভোই মশক
ফজে মখোন ফত্তে।

মথং মথং শুমাং লীলাগী খোঙবাং অসি অসুম চংশিল-লকখি। হেন্না সমাজসিগী চংনবীবু গুপচিন্না উশিনবা হৌরকই—

মন্থু কোংদোরক্কই। নিংথৌ শেন্না শেঙ্গা-থুমঙ্গা মীচং মঙ্গল নাইবগী শকুম উংলকপগী মাংকৈদা মংগী পাদম অস্ত "মৈরাবা চরণ" লীলাগী শংগ্গা হাৱৌদি এসিনি— নিংথৌ অমগী মন্ত্রী অনি লৈ বড় মন্ত্রী ছোটো মন্ত্রী হায়রুনা, মনাও হৌরুনা যুবরাজ ওইরি। খোংজাও অমনা তাংখুল অমগী মচানুপী লৌগ, মংকংগী কোম্না পিগে হায়রৈ, লাইগী নোংদমদগী তাংখুল মচানুপীস্থ পিরে। খোংজাইদা তাংখুলনা মংকং থৌরুবদা খোংজাইনা মচানুপী পিরে হায়রুনা মংকং পিয়ু হাখিদে। অনি অস্থ থংনরুনা লৈপাক্কী নিংথৌদা ৱায়েনবীনবা হাকংলুরে, নিংথৌনা বিচার অস্থ মন্ত্রী অনিদা তৌ হায়রুনা ইপ্তোকখ্রে।

বড় মন্ত্রীনা তাংখুলগী শেল চারে, ছোটো মন্ত্রীনা খোংজাইগী শেল চারে, বিচারগী মতমদা মন্ত্রী অনি নাকপাক তারে, বড় মন্ত্রীনা খোংজাইনা মংকং পিথম থোকই মীগী মচানুপী অস্থ পিরগা লৌবা নত্তে। মমৈদা মন্ত্রী অনি অস্থনা নিংথৌনা পুন্না হাকংপদা বড় মন্ত্রীদা নিংথৌনা তোংস্থনা তাংখুলনা চমখ্রে। ছোটো মন্ত্রী মথৱাই শুংডাইতস্থনা মনাও যুবরাজগা তান্নরুনা যুবরাজগী মনাই চণ্ডাল মরাম বন্দা লোংতুনা লৈহল্লম্লগা নিংথৌ বড় মন্ত্রী অনিবু ছোটো মন্ত্রীনা লৌশিং তোস্থনা পুথোক্লগা হাংখি অমসুং মনাও যুবরাজগবু নিংথৌ ওইহনখি। লীলা অসি পুথোকপা তঙ্গীবা অনিমক ওজা লৌখ্রাকপম গুল্লামজাংনি।

মমৈদা নিংথৌগী মচানুপা অস্তাং অনি মৈরাবা চরণ অনিবুস্থ হাংনবা শিল্লকপদা মহারাণীনা পুস্থনা চংপ্লগা তোংজাই

তাংখুলদা থৈরে। মমৈদা নিংথৌনা অঙাং অনি অমদি মমা মহারাণীবু থমবা ইমুংগা কোমনা থুরুং অহু তুম্না হাংক'নি হায়হুনা পাংচেনখি। তাংখুল খুলনা অঙাং অনি মমা মহারাণী থম্বা ওমদহুন। তাম্বোরকলে লম্বীদা চণ্ডাল থাজিন্দুনা অঙাং অনিহু হাংলে। মমা মহারাণীনা কপ্পবা থাৎবা ওথদুনা মহাদেবদা চোং-থোরক্লুনা থমনা অঙাং অনিগী থবাই পুগে তোৎহ খিলে, মমগী মহাদেবগা লাল শোক্লবদা মহাদেবনা ওমহুনা অঙাং অনি হিংগৎ-হন্দুনা অমনা নিংথৌ অমা যুবরাজ হাপলে।

লীলা অসি মতা অমা ওইনা নুংঙাইবা পোৎলা নকসু মানবা চৌংমী-তম্মীগী পুন্সিগসু পুন্না য়ে'মিন্নবা য়াবা শুমাং লীলানি। লীলাসি উরগা ঐখোয়না তোঙান তোংঙানবা ভিন্নন কয়াদা খিংয়েং থম্বা য়ারি। লীলা আসদা য়াওখিবশিংদি মগাগী অসিনি—

১। ইবোম রাশি— ঐরাবা
২। যুমলেম্বম সখি— চরণ
৩। শামুরাইলাংপম ইবোমচা শর্মা - বড় মন্ত্রী
৪। অঙোম নাথো— ছোটো মন্ত্রী
৫। চিংশুবম মৃত্যুঞ্জয়— তাংখুল
৬। লৌক্রাকপম গুলামজাং— খোংজাই
৭। শামুরাইলাংপম নিত্যাইচাঁদ শর্মা যুবরাজ
৮। লাইয়েংবম গৌরচন্দ্র — বিধাতা পুরুষ
৯। তোরম্মু যুগাই শাবা— মুনি
১০। বাহেংবম ইবোতোন— চণ্ডাল লুচিংবা

১১। লৌক্ষাকপম গুলামজাৎ— মালিনী
১২। গোষাইময়ুম থম্বাল দেবী— মহারাণী
১৩। মিংথৌজম ইবেমপিশক— রাণী
( লাইহেকপদা মমিং চৎলবা ওজা ভক্রনা পোকপনি )
১৪। চিংথাম ইবোহল— শিষ্য
১৫। ঝুলন বাবু— মন্ত্র তৌবা

অসুম্না শুমাং লীলাগী খোংথাংনা চংশিল্লকপসি নিংথৌগী মমচৎপুস্থ ক্রিসাইজ তৌবগী মতাং য়ৌশিল্লকই, কোংনা তৌবা ওমদে, নাথৈমনা তৌই। কবো নিংথৌগী মরম ওইনা পুথোকপা "খোক লীলা" পুথোরকলে। অচৌ-অশাংশিংনা লমদা পোকপা মচাবু থাওইবিদবা অহুমক খোক লীলা অসিদা উৎলকপনি, লীলা অসি পুথোকপা তম্বীবা অনিমক স্বর্গীয় তথেল্লম্ব থম্বাল-অঙৌ ওজাননি।

রাণী অহুদি অসিনি— কবো নিংথৌগী মচা মিপা অমা লমদা পোক্নুনা লৈবস্থ নিংথৌনা য়েংবিদে, মাবু কনা অমতনা নিংথৌগী মচানি থংবিদে, লমজা শারা মচানি হায়না থংবৈ। মোংমা অঙাং অসিনা কোমুংদা গৌতম মুনি খুরুম্বা য়াওরুই. মহুক্না মস্ত্রীনা মংদি লমজা শারা মচানি,ট্রুলাই খুরুম্বা। চংবা য়াদে হায়না তাম্বোকরকই। অঙাংনা কপ্পুনা লাক্লপা মমাদা মপাগী মশক হংজখি মচুদা মমানা কবোগী নিংথৌ অসি নপাবুংনি তাকপিখি। অঙাংমা শাওহুনা কোমুংদা খোক চংখি, মহাক্না খোক শাহুন্নাং লৈপাক অহুগী অচৌ-অশাং অওঘ্নী মুমদা চংহুনা হয়িং শাহুনা ভল্ চাখোকখি। ইমা কোই হায়দুনা মচা মিংতোল পুখি।

হায়রিবা থোক লীলা অসিদা গৌতম মুনি খুরুম্বগী ঈশৈদা চুংথাম ওক্তা ইবোংলনা মাপপুর ভুংগী ওইবা রাকম হায়বদি হৌজিক হেৎকি সমস্তা কয়া প্রিডিক্সন তৌরম্মী. ম.দি "নৈতৈ মচা গুকান ফমহল্লো" হায়বা ঈশৈনি। মালেম লৈমনা ইপ'মি হায়বা মরুওম্বা বা পর্নথি। অমরোমদম্ব ওক্তা ইবুংঙো অসিদি কাগী ওম্বোক্লা হেৎরবান। অনাবা শাবদা চরি থবৎ তৎনা উই। মচানা পাক্তা ইমাতোন লাকলে হায়বদা যুক হৌগৎতুনা "হঃ! অহুদি কদায় আনোক পুরকউ নমাতোন উদে" হেক হায়বদা তাবোক্লা নোকপনা খাংবা ওম্বদে। নুপী লোনবা নিপানা নুপী অতোপ্পীদা থোইদাজবগী অয়োইবী মতৌহু উংলি। ফদিগোম মকা তানবমি ফনেক ফৌবসি' হায়বঠ থংনিং নিংশিংহল্লি।

লীলা অসিদা মমাও ইবুঙোগী মনাই খুত্তামচাগী মাগী মণিপুরদা শেগাক কাইনা ফাওবনি। করি অমুক হায়নি খুত্তা-মচা শারিবা শ্রীপাইখেংবম গৌরচন্দ্রবু মাগী মমিং তোকতুনা "খুত্তামচা" হায়রগা থংনঙ্গবমি। মানা মনাও ইবুঙো তিংখং যুগল" হায়বদা তাবোক্লা খাংবা ওমদবমথৈ নোকখিবহ হৌজিক কাওবা কাউমক্রি। হায়রিবা খুত্তা মচা হায়রিবা অসিদি হায়ডম তৌওমদবা নিপানি, মানা সরকারগী অশোয়বা কয়াবু ঈশৈগী মওদা পুথোক্তুনা কয়া শকখি।

হায়রিবা "থোক লীলা" অসিদা নুপীশিংগী তৌবা ওখা নিপানা ওক্তবা অসিনচিংবগী শকম কয়া পুথোকখিবহু সমাজদা লমবা মীংশেল ওইখি। ওক্তবা নিপানা লমলক্তা মচা লৈবদা

থৌশাত্রবনি লৈপাক্তা কাং-থোং চাইনিংঙাইনি হায়বগী অচৌবা পারা অমসু পীরি। লীলা অসি মণিপুর না লৈপাক্তা মপেক মঙাল চাওবা লৈশ্রবা লীল'নি। লীলা অসিদা য়াওখিবা মীওইশিংগী মিংদি মথাগী অসিনি -

১। লাইরেংবম গৌরচন্দ্র - খুল্লাকপা
২। শামুরাইলাংপম নিত্যাইচান্দ শর্মা - মন্ত্রী
৩। শামুরাইলাংপম গেরো শর্মা - পা'ঙ
৪। তখেল্লম নবকুমার - মনাও ইবুংঙো
৫। লাইশ্রম কুঞ্জ - হয়িং শাবা
৬। চুংথাম ইবোহল - অনাবা শাবা
৭। রাণী - মন্ত্রীগী নুপী
৮। মোইরাংথেম মংলেম- মন্ত্রীগী নুপী অতোপ্পী
৯। য়াজা শর্মা - মনাও ইবুংঙোনা কোইবা নুপী
১০। লোংজম গৌরমনি - থোকৌ মমা

"থোক লীলাদা" হনুমা শাবী শগোলশেম বীরনা খুজাই মচা অমা পায়্‌না থোরক্লগা হনুবীগী অভিনয় উংপা নিংথিজে মদুদা মশুনুপী বারকপনা শকখিবা ঈশৈ - "চোকশিল্লু লৈরাং অপঙবী, লৌনমজাওবা থোইমুনি নীংবাকাইরবা পুন্সিসিদা, লৈরাং নথক্তা শাংকেরা ? অশাংপা অমগীদমক, অপোম্বা তত্রা মাংগনি।" হৌজিক কাওবা কাউনজি - কাগী তৌনা ভুংগী পুন্সিগীদমক মাঙ্ক জৌমনা চেনবা পাওজেলনি, মথা থাবা মচা মশুবু বারকপনি।

ইংলোক ১৯৩৩-১৯৩৭ য়ৌশিল্লকপদদি "চন্দ্রকীর্তি লীলা" হাকনে হেক্তা হায়বদা মাইকৈ অংমা হুপ্পা য়েংনবনি। মতম অদুগী মীয়াম্না খোইদাজখিবা য়েংবগী পেনবা নাইজখিদবনি। "চন্দ্রকীর্তি লীলা"দি অঙকপা লীলানি, করম্বা পুরান্দগী লোথোক পনো হায়বদি শুমদ্রে অদুবু অসিমদি হায়বা শুমী, রামায়ণদা অঙ্গদ রায়বার মতাংদা রাবনগী মমা পরহস্তনা হনুমান্দা লীবা বারী অমনি। অদুবু রামায়ণদদি য়াওবা থেংনদে। মপোক থংবা নিংথৌগী মচা বীরনিং যুবরাজগা মপোক থংবী নিংথৌগী মচানুপী চন্দ্রকীর্তিনা পোকপদগী মমাদা নিপা পনবা য়াদবা পনুবা থোক্লবনি থাওনা য়ান্দুনা হাংপনি। মখোয় অনিনা অসুম্না হাশকনিবসি, হন্দক মপোক অসিদা নত্তে, মপোক – অমদনি। থোমা মখোয় অনিনা অপাম নুংশি থুনরশি হায়না দোলাই অপাইবী অমদা তোংতুনা লাকপদা লম্বীদা বন অমদা পোথা-বিদা লৈম্ন চাকখক্লুনা দোলাই তোংথংলো চংলসি হায়না হায়বদা নুপী ওইবীগী থাগী খোঙকাপ নারাইরে, ঐনা শোক্লবদি দোলাই পাইরোই লৈম্ন অসিদা শিহৌরগে হায়রবদা মখোয় অনিনা মথক্কী বাশক অসিগা লোয়নদা পুম্না শিমিনখিবনি। অদুনা হন্দক মপোক্তা, মখোয় অনি অমনা বা তাংদবা অমনা নিপা পনবা য়াদবা হায়বসি তৌখ্রবনি। লৌশিং লৈবা মন্ত্রীগী মচা দুষ্টবুদ্ধিনা লমজিংদুনা বা তাংদবী চন্দ্রবান নিংথৌগী মচা-নুপী চন্দ্রকীর্তিনিগী খোঙ্গুল লীহনা অপাম নুংশি থুংহল্লবগী বারীনি। মওংপ অমনা মরুপ অমগীদমক কদায় কাওবা হোংনবগী থোকপগে হায়বগী কনবা দুৎমদি লীলা অসিদা লৈরে।

লীলা মপুং অসিগী মখুংদা লাল্লুপনচিংবগী কাগী পোইলা সাহেবকী কাগী চিং-লেম্না ফৈ। মুপী তৌওবী লৈনৌ ওন-খোক্লা চলাক হৈ। লীলা অসিদা মুপী শাবীশিং অহ চানবা মুপীদা মুপী ওইরবোই মিংঙি। লৈনৌ শাবী অসিদি শিংজইবা বাইখোম লৈকাই ড্রামাটিক ইউনিয়নদা ১৯৫৪ ইং অহুবাইদা উৎখিবা ড্রামা "সতি খোংনাং" প্লে কাওবদা কবোকলে কৌবী মুপী অমগী রোলদা কুমখি।

লীলা অসিদা অপাম মুংশিংগীদমক মীওইবনা অমদি মুপী ওইবীনা কদায় কাওবা ছমশিনবগে হায়বহুগী বাকম মতাং মতাংদা উংলি। লীলা অসিদা পার্ট লৌখিবশিংঙ মথাদা পীজরি।

১। চন্দ্রকীর্তি — (১) যাদুমনি (ডি, এস, পি,)
(২) কুলচন্দ্র
(৩) বনবিহারী

২। মন্ত্রীগী মচা — শগোলশেম ইবোমচা

৩। বীরসিংহ — কুমুদ সিংহ

৪। মালী — অধিকারীমযুম হিরণ্যগর্ভ শর্মা
(বামন ইবুংঙো)

৫। (ক) চপ্পলা — ইতুখোম্বী শর্মা
(খ চন্দ্রকীর্তি কাবা মন্ত্রী — ইতুখোম্বী শর্মা

৬। কাহ্নু শাবা — আর, কে, বামোন্না

৭। লাল্লুপচিংবা — এ, হিরন্ময় গর্ভ শর্মা

৮। লৈনৌ — মৈনম ইবোবী সিংহ

তাঙ্গা অসিরাইদা "চন্দ্রহাস লীলা" * শিংথাবা য়াবা ভাংবোক্লা শায়বা লীলা ওইনা খোঙকখি। লীলাগী ৱারী অসি মহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বদগী লৌথোকপনি। ৱারী অসি নিংথৌগী সিংহাসন মুমবগী ৱারীনি। ৱারী অহুগী অশঙ্কু মথাগী অসিনি।

কৌন্তিলাপুর লৈবাক্কী দধিমুখদি মচা পোক্লমদে। মচাগীদমক দান কয়া তৌজমনবদগী চন্দ্রহাস কৌবা মচা অসি পোকখি। অরাবদি অঙাং পোকপা মুমিং ছমনি শুবদা মমা শিখি। য়োক চবীনা অঙাং অসি য়োকখি. অদুবু য়োকচবী অমুম্ব শিখিবা মরয়া অঙাং অসি মমা পোকপা মবুবোক্কীদা চাউনবা য়োকখি। অংশোমদনা দৃষ্ট্যবুদ্ধি কৌবা ফত্তবা মন্ত্রীনা নিংথৌবু হু পিঙহনা হাংলগা মশামক্তা কৌন্তিলাপুরগী নিংথৌ ওইখি। নোংদম খিবনা কোনুংদা পুরান তাবদা নিংথৌগী মচা চন্দ্রহাস লাক্লবা তারবদগী — মন্ত্রী ফত্তবনা নিংথৌগী মচানি হায়বা খংলকপনগী চণ্ডালশিংদা হাংলুরো হায়হনা য়াথং পিখি। শোমদা চণ্ডালশিংনা অঙাংবু হাংকে হায়না বন্দা পুরবসু ধর্ম্ম লৈবা চণ্ডাল অমা মথোয়গী মনুংহৃদা য়াওরমহনা অঙাং হাংত্রে মহুগী মহুংতা অঙাংগী মখোঙ য়েংকী খোংবী ককহনা পুরক্লগা মন্ত্রী ফত্তবদা হাংলে হায়বগী শাক্কী পীহনা অঙাং কনত্রে।

লাইগী নোংদমদগী কলিঙ্গগী নিংথৌনা শানাবনা লাকপদা থেংনহনা মচা ওইনা য়োকখ্রে। কলিঙ্গগী নিংথৌসি ধৃষ্ট্যবুদ্ধিগী

*চন্দ্রহংস হায়বনি অহুবু চন্দ্রহাস হায়না চংখ্রে লীলা অসিদি।

মথা পোনবা নিংথৌনি। লোইপোং থৌবা চংপদা অতাং অসিনা চাউরমহন্না যুবরাজ ওইদুনা লৈরমগদা মপুক্সিংনা পুংচাইশিন্নে হাংকে হায়না মাগী কোন্নুংদা মচানুপা মদন যুবরাজদা হু পিগু হন্না হাংগু হায়বা চিঠি অমা ইরগা পিহনা মাগী কোন্নুংদা থারকই অহ্নু এস্কোরপনি মীনা শিনববা অমা লাইনা তন্না অমা তৌওবা মচানুপী বিষয়ানা কোন্নুং মাগী লৈকোলদা রাংহুনা পোথ দুনা তুমহনা লৈথ্রবা চন্দ্রহাসকী মনাক্তা চংশিন্দুনা মকোক্তা পেংলবা মগানা পিকপা চিঠি অদু পাখি, অমুক নিংশিজথ্রবা নিংথৌ মচাসিবু কয়ম্না হাংতোকনি, হাংলো হায়বগী মহুতা বিষয়ানা থুনা লুহোংলো হায়না ইশিল্লমহন্না মদন যুবরাজনা মচনুপীবু চন্দ্রহাসতা লুহোংহনা পিখি। মমৈথংদাদি মশাগী মরালদু কুইনা লোংশিন্দুনা থম্বা ওয়ক্রুহমা ধৃষ্টবুদ্ধি মন্ত্রীনা চন্দ্রহাসতা মশাগী ঙ থোংভম শিগথিবগী রারৌনি।

লীলা অসিগী মনুংদা লুহোংবগী ফাগী লৈবাক অসিদা কাউনথি। লুহোংবগী বর মাইপাক শাবদু শলাম মনাও (কাইবী) বা শাই। মথায় ইপাক পাকই, মানা কয়াথু মশক য়েংবা অহনা তৌবা ফাগী "ইমাই নুপী অসিগী ময়াসি থুহুপ অমরোম শাংতি" হায়রকপদা তাবোকশিংনা নোকপদা চরি ভংলি। কনিঙ নিংথৌগী মনাইশিং লোইপোং পুবা লাকপগী ফাগীসু থম থোনা প্রংভাই নিংথৌবা মাগী মমিং 'চন্দ্রহাস' কোই হায়দুনা অক্রোগী মকোক খোইতক তৌবা মান্না ভাংবদা নোকবা ওমদে. চন্দ্রহাস লীলাসিনা পাংলন মতে মনাওগী ফাগী অফাওবা ফাগীনি, পাংওন শাখিবা ওখা থরোক্তৌ ১৯৭৬ ইংদা স্টেট কলা একাদেমীগী এবার্ড ফংখি।

হায়রিবা লীলা অসিদগী রাজনিতীগী ফম মুংবগী রাকনা কোননা ধর্ম অধর্মগী অচৌবা শিক্ষা অম ভাবোক্তা পিরি। মমাকগী মেরেল মাংখদনবগী অচৌবা শকয়েং মিংশেল ওইহল্লি। লীলা অসিদা য়াওখিবশিং অহগী মমিং মথাদা পিজরি। লীলা পুথোকপা অমসুং লেংবা পাউনম ওডানি। (মমিং থংদ্রে।

১। ধৃষ্টাবুদ্ধি মন্ত্রী — মাদিংবম তোম্বাইমা
২। কলিঙ্গ নিংথৌ — খোংগোম তোম্বা
৩। চন্দ্রহাস — খিংবাইজম য়াইমা
৪। পাংঙল নুপী — য়েন্দ্রেম্বম পারিজাং
৫। মাইপাক শাবা — শলাম মনাও (কাইবী)
৬। কবুই শাবা — মুতুম অঙাংজাও
৭। মুনি — নাওরেম থরোচৌ
৮। পাংঙল শাবা — নাওরেম থরোচৌ
৯। শিষ্য — য়ুম্নাম অয়েব
১০। বিষয়া — মমিং থংদ্রে।

মতম অসিরাইদা মখোল্লোমদগী "সত্য সরিত লীলা" মমিং চংনা মণিপুর লৈপাক্তা কাওগংলকই। কাংবু অসি মরাশি কক ওজাশিং ডাকগী লীলা ওইনা তৌই। লীলা অসি "বায়ু পুরান" দগী লৌথোকপনি হায়রৈ। কাগীতবা মপুং ওইবা লীলাদি, নুপীনা কদায় ফাওবা তৌবা ওয়গে হায়বগা মতিকস্ন উংলি। লৈপাকী ফম্নাইবা অহুম্নু মন্ত্রী মচানুপী অমনা থাউমৈ মখোং শাহনবা, হনুবী শাহনবা, শামু শাহনবা তরাইনা ওম্বী, মতাং

অসি উবদা থাঙবা ঙমদবম:ধ নোকই ভাবোক্লা, অদুনা মতাং অসিবু পল্লদুনা "সত্য চরিত" লীলা অসে "থাউ:ম মথোং লীলা" হায়না কাওপ্রবনি। মুনি শিষ্যগী মতাংদা শিষ্য শাবা অনি ওখি। অমনা গৌর লীলাগী মতাংগীদা শাগৈ অমনা জগোই রাসকী মতাংদা শাগৈ। লফোই য়োনবা শাবা ওচা গৌরগী ফাগী-ওক্লা ফজৈ বা ওাংদে মথন্দা পরপ পকুপ থোরক্লগা ভাবোক মমাংদা চপতা লেপ্লবনি অদুবু মরাশি ফমনবনা নোকপনা থাংব ওয়দে। হনুবী শাবদা পকচবা ওনা গন্ধারশিংগী ফাগী মত্তোবু লৈপাক অসিদা কনানা মহুং শিনবিরগদগে ? অসুন্না সত্যচরিতকী বারীদি থোইনবু শাংখিদ্রে। তোংঙান তোংঙানবা শক্তম কয়ানা ভাবোকপু পেলহন্নবদা লাকুপ্রে। চী মী শাবগী মতাংনা কবুই লুপা লুপাগী মশক য়ে বদা পেল্লি — মদুদা বাশকী ঈশ

"সংকেত করে বন্ধুর কেনে কুঞ্জেতে এলোনা" হায়ংনা অওক-ওকথোং তোনবদা ভাবোকী মিং থনজবা হায়বহ ওইখি। লীলা অসিদা য়াওখিবা মীশিংদি মথাগী অসিনি —

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কবুই লুপী শাবী — | কাংঙুজম তোম্বা |
| ২। | মুনি — | তোইজম নন্দো |
| ৩। | মন্ত্রী — | লুপোই চৌকিদার |
| ৪। | লফোই য়োনবা — | নেপ্রাম গৌরো |
| ৫। | থাউমৈ মথোং শাবা — | নেপ্রাম কাংলেম্বা |
| ৬। | শিষ্য অহানবা শাবা — | ব্রহ্মাচারিময়ুম অচৌ শর্মা |
| | | গৌর লীলা শারবা |

৭। শিঘ্র অহকোনবা শাবা— ভগোই রাস শাংবা গুরু
৮। হনুবী শাবা - গন্ধারসিং

অসুম্না মখল মথেলগী ভাব কয়ানা শুমাং লীলাগী জগৎতা উংলকপা মভাং ওসিদা তোংভানবা জাত তসিগী ঝিলিং অমা লাকলে কদূদি মভাং মতাংদা জাতিগীদমক হাককন চংথিবা কনানো অদুগা লোয়রকম্ম ধর্ম্মগী নাক য়াগিবা কনানো হায়বগী মশক ভাক ন লকপা অমদি উংনিংলকপা অসিনি। গায়রিবা ভাব অসিগী শকুম ওইনা "ভাগ্যচন্দ্র শামু ফাবা" হায়বা লীলা অসি পুথোরকই কোংপাললোমদগী। লীলা অসিদ য়াওবা মীশকশিংদি মখাগী ঝিংশিসিনি

১। অতোম গোপিচন্দ্র— নাওরেম অতৌ
২। ভাগ্যচন্দ্র - ১। নাওরেম ইবোতোম
২ শলাম রুদ্র
৩। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা— কেত্রিময়ুম ম্না তোমবা
৪। হেমনাইবা শেলুংবা - শলাম মনাও
৫। কবো নিংথৌ - য়ায়েনবম মুংহোঙ্গি
৬। কাসী পুবা — চুংখাম ইবোহল
৭। খাকল চোংবা শাবা— লাইশ্রম কুঞ্জ
৮। মহারাণী - য়ুম্নাম অমুবী দেবী
৯ কুরু শাবা — মাওরেম ম্না দেবী
১০। রাও শাবা— য়াংলেবম থিধু।

( শিংজমৈ য়াংবা য়ামোন লৈকাই )

লীলা অসিগী রায়ী থোইনা শাংনা পল্লুত্রবসু, ইতিহাসতা ময়েক শেংনা লানা লৈবনা পুম্নমক্কা খংনরিবনি। অদুবু অসিগুম্বা ইতিহাসসিদা শুমাং লীলাগী মওংদা পুথোরকপদি লীলা অসিনা ইহান হাল্লি। কপ্পা নোকপা য়াম্নরবা লীলাসি মণিপুরগী শুমাং খুদিংদা মমিং চংনা শান্নগ্রবনি। লাইশ্রম কুঞ্জ লৈপাক্লা মাবু ফাদোপ পেমচা হায়না খংনগ্রবা নিপা অসি নহা ওইনা য়াওরকখি। মহাক্না থাবল চোংবগী মতাং অমা পুথোরকপদু লাইমা কজখি, মতুদা "দোনানি দোনা" হায়না শকপত্ত নোকমিংগ্রবা পকচগ্রবা শৈশক অমা ওইখি। তোংঙানবা রস কয়া লীলা অসিদা য়াওবগী মনুংদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা শাবনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদা লৈপাক নিবা লাকপদা পিরকতবগী অভিনয়দা "নংনা পিত্রবসু শেংতুনা লৌগনি" হায়না কল্লক থোক্লা অশিংননা নিপা থোক্লা তৌখিবহু, মফি কন্দুনা চংখিবহু, উহৌবশিংনা কাউওমদবা মতাং ওইখি।

ইং কুমজ্ঞা ১৯৪২ দি মণিপুরগী হাহা-কার লাওবা মতাংনি, মতম অসিদা অনিশুবা লাল্লাওগী মৈরি মণিপুরদা মৈরি থোক্লা চাকথংলকখি, লাল হায়বসি লালনি। অমরোমদসু অঙকপা অওনবা কয়া পুরকপা ঙম্মী হায়বসি অথং-অহৈ কয়ানা হায়নৈ, লাল মনুংদা মণিপুর সমাজদা অহোংবা শকলোন কয়া অমুক অমুক লাকখি, অরিবা সভ্যতা কয়া চংনবী কয়া মাংখিহুনা পৃথিবীগী তোংঙানবা সভ্যতা উরকই, ঙকই। হায়নগী মণিপুর ওইখিদে। মসিগী পান্দমদা সমাজগী চৈথেং কয়াগী মরক্তা

ভারতকী নিংতম লানগী ঈহৌ কনশিন্না হেন্দুনা ২শুবা লাঙ্গাও লোইখিবগা লোইননা ভারত স্বাধীন্তা ফংখি। জাতিগী তোংভান তোংভানবা শক্তম উংনিংলকপা মতাং লাকখি। ধর্ম্মগী মায়কৈদন্থ অহুমঙাই রাজনীতিগী মায়কৈদস্থ অহু মঙাই, মহু শুমাং লীলাদা মমি তারকই লাওরকই শুমাং লীলাগী কাংবুনা মখল মখাগী শুমাং লীলাগী শক্তমদা পনবা য়াই "পুরাণ মৈথাবা"। (১৯৫০) লীলা অসি পামহৈবা মহারাজগী স্না হাক্তক্তা মণিপুরদা রামানন্দি ধর্ম্ম চংশিল্লকপগী রারীনি। শিলেট্টগী থোরকপা শান্তিদাস গোষাইনা মণিপুরগী নিংথৌ পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) দা চংজহুনা ধর্ম্ম অসিগী প্রচার তৌরকপা মতাং অহুদা মৈতৈ প্রজা, মাইচৌ কয়া কয়ানা য়ানিংদবগী রাকমদা তোংহুনা শারবনি, থোইদোকপা অমনা পামহৈবা নিংথৌনা নিংথৌগী শক্তি শিজিন্নহুনা "ইরোম অমুবু" হাংতোক্লগা মাগী মতালোই গর্ভ পুরবী "থম্বাল" বু নমহুনা লৌরগা মহারাণী হাপ্লগী রারী য়াওরি। ঙসি ফাওবদা মৈতৈগী অরুবা লাইরিক কয়া স্না হাক্তক অসিদা মৈ থাখিবগী রারী কাউনিত্রি, নিংঙমদনা শোন্নরি। লীলা অসিগী লুচিংবা, তম্বীবা.. ভোলুাম পুথোকপা" নিংঙোম্বম অঙৌভোবনি। শুমাং লীলা অসি শুমাং শুমাংদা মতম কুইনা শান্নখি। মীয়ামনা পান্নবা লীলা হায়বহুমক থোকখি। য়াম্না সেন্টিমেণ্টেল ওইবা লীলানি। অহুনা মণিপুর সরকারনা লীলা অসি শান্নবা থিংখি। লীলা অসিদা পার্ট লৌখিবা মীশক্তি মখাগী আর্টিষ্টশিং অসিনি—

—নিপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শান্তিদাস গোষাই— | নিংথৌম অঙৌতোন মৈতৈ |
| ২। | গরিবনিৱাজ | মুতুম মনি |
| ৩। | খোংনাং থাবা - | চান্দম নিমাই |
| ৪। | নোংশাহৈ — | ব্রহ্মচারীময়ুম ম্লাতোম্বা শর্মা |
| ৫। | ইরোম অমু — | চাম্পম মুহোরী |
| ৬। | শগোল মকোক— | ঙাংগোম মাইমু |

— নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১। | থম্বাল - | ইরোম ইবোবী চাইবী শাবী) |
| ২। | অহানবা নুপী — | শরোকখাইবম মঙ্গোল |
| ৩। | অনিশুবা নুপী — | অহন্থেম ইবোতোম্বী |

লীলা অসিগী মপুং ওইনা ভাবোকপুম্বু পেলহনবা ঙকহনবা সেন্টিমেন্ট পোকহনবদি নিংথৌম্বম অঙৌতোননা শান্তিদাস গো-ষাই' শাবনি। খোংনাংথাবা শাবনা চান্দম নিমাইনি। মৈতৈগী মাইচৌ অমনা কদায় ফাওবা জাতিগী হাকন চংখিবা, মাগী রাঙাং থুদিংদা জাতিগী ধর্ম্ম সংস্কৃতি মাংপ্রগনি হায়বগী নুংহিক্নবা মপাও, অহুগীদমক উংপা অভিনয়, ঙাংথোরকপা রাঙাং অহুনি। নিংথৌনা মীচং চংপ্রবা শান্তিদাসনা মঙাল লৈখিবা মহুগী পান্দমদা মাগী লোইনরকপা শিন্ধুশিংদা আইরোনিকেল ওইবা রাঙাং শাঙাংদা মৈতৈ মাইচৌ খোংনাং থাবনা মথুং থেক্নুনা থাংখিবা ভাবোক্না থোম্নদানখি, অরা নুংনাংবগী শুর হোনখি। উপাই লৈত্রবা মাইচৌ অনিনা মৈতৈগী পাউরৌ কয়া পুথোক্নুনা ঙাংখি—

"কাক কাক করি— পাওনো?
ময়াং পাওনি
য়েংত্তা চংকে চংফদে
ওইদা চংকে চংকদে।" অসিনচিংবা

লীলা অসি থিংগ্রবদা মমৈদা পুরাম মৈথাবগী কাংবু অসি য়ায়া নিংঙমদনা শান্ননিং-শান্ননিংনা শান্নবা য়াদনা লৈখি। মমৈদা ইং কুমজা ১৯৬৩-৬৫ অদুরাইদা লীলা অসিগী মওংদগী খরা হোংদোকপা খিমদি মান্নবদা "চরাইরোংবা" কৌবা শুমাং লীলা অমা পুথোরক্কুনা শান্নবা হৌরকখি। লীলাগী ভুমিকাশিংগী মমিংশিং অহু চপ মান্নৈ পাউ লৌবসু মীশক হোংখিদে হাপ-চিল্লকপা পার্টকী মনুংদা - (১) লৌরেম্বম খোংনাং থাবা (২) থাঙ্গাল খুল্লাকপা অনিসিনি।

মণিপুরগী শুমাং লীলাগী জগংত্তা ইনৌ নৌবা মথেল অমা ওইনা থৌনা য়াওবা লীলা ওইনা পুথোক্কুনা শান্নরকই শুমাং শুমাংশিংদা "মহাপ্রভু ফিত্তা ওনবা"।১ লীলাসিগী তোপ তোপ্পা মহাও অমা পিননবা কন্না হোংনখি। মণিপুর সমাজদা রাজ-নীতিগী শক্তমদগী তোংঙান্না ঈখাই ফুজিনলকপা গৌড়ীয় ধর্ম্ম চংপ দগী মৈতৈগী হান্নগী লৈজবা ধর্ম্ম চংকদবনি, হান্নগী সংস্কৃতি মশক তাকদবনি, হায়বগী ঈহৌ অসি অসুম অসুম কনশিনলকখি। রাকম অসিগী এটেক কনশিনলকখি অদুগী প্রমাণদি "মহাপ্রভু ফিটা ওনবা" হায়বা লীলা অমা পুথোকখিবসিনি। লীলা অসি ইবমা পণ্ডিত য়ুম্নাম বুদ্ধি - পিশুম নিংথৌম লৈরক্তা লৈবননি।

লীলাগী শয়প্পা বারীদি অসিনি - যাত্রাসিং কৌবা গৌর-ধর্ম্মদা লম য়ৌবা পংকোৎ অমমা মাগী গুরুদেব ধনবাপু শর্ম্মাদা "মহাপ্রভু" অমা নির্পণ তৌজহনা কংচৈ। মানা কৎচরিবা লাই অহ মীয়াম হৌহনা ঈশৈ শক্নুনা লম্বীদা পুরকপদা কোরেষ্টরনা লাই অদু শারিবা উদু সরকারদা টেক্স থিদে হায়না ফিট। থাহনা উগী টেক্স কয়া তাথগে য়েংবদা লাই অহ মাংথোকই হায়হনা থংনবা, মমৈদা টেক্স থিদনা কোরেষ্ট রিজার্ভতগী উ য়ানথোক-লুবগী দণ্ডি পিবনচিংবা উৎপা লীলানি। গৌরীয় ধর্ম্মগা মৈতৈ লাইনিংগা থোংগ্রেন হানবা য়াম্না সেন্টিমেন্টেল ওইবা প্লেনি।

লীলা অসিদা তোংঙান তোংঙানবা ভারত দণ্ডবিধি আইনগী মোদসনশিং পুথোক্নুনা মৈনৈ। তোংঙান তোংঙানবা ভাবশিং উংলি। ব্রাহ্মণগী লৌমিং চানিংগনবগী মতৌমি হায়বগী শক্তম কয়াম্থ ফোংদোকই। নোকহল্লি, থলহল্লি, হৌজিকী জাতি অসিদা ধর্ম্মগী জগৎতা তারিবা মৈতৈগী ওইবা লাইনিং লাইশোন লৈরি-বমক্তদা করিগী অতৈ ধর্ম্ম অসিদা চংশিন্দুনা লৈরিবা হায়বসিগী লংজিন চিংথোকপদা নত্তনা মশক ফোং ফোং শামা তাকই।

লীলা অসিদা য়াওথিবা মীওইশিংদি মথাগী অসিনি—

১। মহাপ্রভু লাইশাবা— থাংজেম্বম মজী মৈতৈ, থাংমৈবন্দ
২। বামোন ধনবাপু - তোমচৌ (খাগ্রম)
৩। যাত্রা— খুরাইজম ইবোমচা
৪। কোরেষ্টর - বাংথৈমযুম সুংশি (কাইরং)
৫। জজ— লাইশ্রম ইবোহল (খোংহামপাৎ)

৬। লমগী মপা— শগোলশেম বীর মৈতৈ
৭। চপ্রাসি - অধিকারীময়ুম রাধা
৮। পঙ্কোং অহানবা— মোংজম মনি, খাম্রম
৯। ,, অনিশুবা— লাইশ্রম মধুমঙ্গল, খাম্রম
১০। ,, অহুমশুবা - ঙাথেম অপাবী, খাম্রম

লীলা অসিদা মুপী শাবী য়াওদে। মুংঙাইবদি রাথোরুবগী বিচার জজ সাহেব অসিগী মপা অমা পঙ্কোং মরক্তা য়াওরি মহাক্না ময়াম অদুদা চাওথোক্না হায়খিবা বাহৈ হৌজিক কাওবা কাউত্রি কবিগুম্বা কাগী অমা তৌবদা শিজিন্নরি—

মণিপুরী সমাজগী মনুংদা জাতি ধর্ম, সংস্কৃতিগী থৌরিচিংবী শায়রিবা অসি হৌজিক কাওবা লৈরি— রাজনিতীগী ক্ষেত্রদা লৈথ্রিবা ভাবনা তোঙান তোঙাননা চেল্লিবা ঈরাওখোল অসিনা কবিগুম্বা সমাজগী নাকোংদা মুংশিনা তাবা কবিগুমদনা শিংজানা য়েবা— নাকোং মেনশিন্নিংবা মতৌ ওইবগী মনুংদা মথক্কী ভাব রসমস্ত লেপ্তুনা চেল্লক্লি— মসিদা গুমাং লীলানা থৌদাং য়ারক-পগী মনুংদা পন্নবা য়াবা লীলা অমদি "নোংপোক পাম্হোইবী"নি।

"নোংপোক পাম্হোইবী" মৈতৈগী লাইনিংথৌ সংস্কৃতি অনি-মক মথোয় অনিদগী লৌথোকপনি— মথোয়গী মচংতপু "পাম্হোইবী খোংজুল" কৌবা পুয়াদা মিংথিন্না লৈনরি। মৈদিংঙু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকপিরম্বা বৈষ্ণব ধর্মগী লাইনিং পথাপমক নোংপোক পাম্হোইবী অনিগী কিদমদগী লৌথোকপনি— নোংপোক্না পাম্হোইবীগা অনিগী অপাম মুশি লমদাংদা

মীয়ুমদা— নোংমাইতেংনা য়ুমগাপ্রবী পান্থোইবীনা চৎপা লমচৎকা আয়নগী মক্তমদা লুহোংপ্রবী রাধাগী শাক্তংকা চাংদমুখি। নোং-মাইজিংদা নোংপোকা পান্থোইবীগা অনিনা নিংথৌ ওইহনবা পাল্লবা মতমদা লাইয়াম্না লাই হরাওখিবগী জগোই মশা মওং মতৌমক 'জগোইরাস" শায়বগী মওং লৌথিবনি।

অসিগুম্বা মৈতৈগী সভ্যতা, সংস্কৃতি লাইনিং মওংবু মশক থংগে হায়রবদি "পান্থোইবী খোঙ্গুল" পাবা তাই— লীলা ওইন্না উৎপা তাবগী থোদাং দরকার ওইরকপদগী "নোংপোক প্রাক্ত-থোইবী" লীলা অসি পুথোক্তুনা শাম্নরকপনি লৌদবা ওমদে।

লীলা অসিদা কুমথিবা মীওইশিংদি মথাগী অসিনি—
—নিপা

১। নোংপোক নিংথৌ— মুতুম রাজমনি
( কোংপাল থম্বালখোং )
২। থাবা— লাঙ্গোলজম বারুণী
( কোংপাল থম্বাললেখোং )
৩। পান্থোইবী মপা— য়োংথোঙম নিংথেমতোম্বা
( নিংথেম পুখ্রি মপাল )
৪। খিংবা— অঙোম বারুনি
( কোংপাল থম্বালখোং )
৫। কেংবা— লালা শর্ম্মা (বামোন লৈকাই)
৬। কবোমচা— লোংজম মণী (পোরোম পাট)
৭। থাবগী মনাই
( ক্লাগী পুবা )— কৈরাঙ নবদ্বিপ

নিপী -

১। পাম্বোইবী - নোংথোম্বম ইবোবী।

২। লীক্লাই লৈমা— নিংথৌম্বম রাজমনি।

(খুড়াই হৈক্রু মখোং—হৌজিক্তি ফোজাই লঙ্কাদা লৈগ্রে)

মণিপুরগী শুমাং লীলাগী মওং অসি তোংঙাম তোংঙানবা ইথাই অমদি শককমদা অস্সুম চংশিল্লক্তি লেপতে - অনৌ অনৌবা থীংগ্নেংনি, সমাজগী অওববনি, অহুবু উংলকই, তম্বকই, ঙা লকই।

ইং কুমজা ১৮৯১ দগী মণিপুরবু বৃটিশশিংনা লৌখিবগা লোয়নবা সরকার লিংবগী তোংঙানবা মওং অমা ওইরকখি। লৈঙাকপগী সিষ্টেমবু অনৌবা মচু অমনা লাকখি, ফাইল বার্কস কজবা হেল্লকখি, অফিস রেকোর্ড থম্বগী নিয়ম চাং মাইরকখি অদুগা লোইননা আই,পি,সি, সি,আর,পি,সি, ধারা চলাইবা হৌরকখি অহুনা মৈতৈ মচাবু শীজিন্নবা তারকই মরমদি— মখোয়না খুৎলোইরক্লবা বেঙ্গলী মচা থরতনা সরকারগী থবক চলাইবা অরাবা অমা ওইখি। মসি হায়না পরিং অমা উরম্ববা সার জেমস জোনষ্টোনা লিংখংলম্বা জোনষ্টোন এম,ই, স্কুলবু হায়স্কুলগী থাক য়োইহল্লগা মৈতৈ মচাবু শিজ্জিন্নখি। তলব চাবগী ভেল্যু অমা লৈহনখি, শেল তাংলিটৈ মতমদা অচৌ অশাংনি হায়বা মকম থরা থরস্মু মৈতৈনা পীশিন্দুনা মৈতৈ মশেন — ঙক হাইগৎনরকখি, চাউথোক্লরকখি। মহুগী কল্লকপগী থুমজাওবী হৌদুনা মৈতৈ মচা ইংরাজী তম্লখি, স্কুল কয়া লিংখনখি, মতম অমদদি মৈমার

( ক্লাস সিক্স ) পাস তৌরে তলব লুপা ১২ ( তরামঙা ) চাগ্রে, মেট্রিক পাস তৌরে চৈরাপ মেম্বর ওইগ্রে— "ইমাইপেম্মা তোঙ্গাও নংদি মচাগী মপাল চারেদনা" ...... ভাংগ্রে স্বর্গ য়ৌগ্রবনি ইমুংদু, তোঙ্গাওগী মমৌ ময়ৈ কোনগ্রে সাহেব ওইগ্রে মচাম্না, মপান্না হায়গী পক্কোৎ, খুপ্নুং .... মচানা মপাবু হায়রি "খুনুং হনুবা"। হায়গী পিতৃ-মাতৃ ভক্তি মপা মমাবু নিংবা তাউথগ্রে নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী ঈচাউদা। অমরোমদনা কয়াদা কপ্রবা, অমরোমদনা কয়াদা কংখিদ্রবা। হায়বা ইল্লম্বা মচানা শিক্ষাগী মহৈমা সাহেব ওইবগী মথক্তা তোপশিল্লকপা ময়ুমদবু পাল্লবদি মুপীগী (মত্তু) খুজিল চংপা অসি কয়া চংনরকলে .. ও! মুপীগী প্রেম বিশ্ব প্রেম নত্তে বিক্ষ প্রেমনি ( তুগী প্রেম) মপা মমা লাইরেকপা। ইচাবু মইং তমহল্লুবদি অসিগীরা' মথবাক খুহয়া শুনরকপা কুইরবনি—১৯৫২ অহুবাইদদি শুমাং লীলাগী জগৎতা উরকলে— "বি, এ, মপা লমবোইবা।"

## লীলাচুগী শয়ল্লা রারীদি

লাইরথ্রবা অহল অমনা মচা মুপা অনি পোকচৈ। মমা লৈত্রবনি অঙাং অনিসি। রানা য়োকচৈ। পাগ্রা ওইরবা, য়ুম্বাল হোরবা অহল অসিনা মচা নিপা অহন ইবোহলবু বি, এ পাস তৌনবা হোংনবদা মরৌ-মশিং মান-চাং তুমগ্রবনি ইবোহল হৌরিক মাজিষ্ট্রেট ওইরে তলব চাউনা চারে— অহুবু য়ত্তু মনিতোম্বী মমেম লৈহাওগী খুঞ্জিন চংগ্রে। মচাগী মপাম্না

শ্বর হোল্লগত্রা খল্লুবা অহল অসি নিংদোন পোমখ্রে। মচা অতোম্বা ইবোতোম্বী ফাওবা ময়াম্বমা থওইনা তৌবিত্রে, "ওস্নোকই" হায়বসি মপা অহলগী চিন্তা ওইখ্রে।

নোংমা মনাও ইবোতোম্বীনা ময়াম্বদা মেট্রিক পরিক্ষা থানবগী একজামিনেসন ফী পিয়ু হায়রুববু ময়াম্বা বি, এ ইবোহলনা পৈশা লৈতে হায়দূনা পিরকত্রে, মনাও নিপাম্বা মমিংতা মপী তানা হন্না হন্না হায়জরবস্কু কান্নত্রে। তাঙ্গা অসিদা মনেম লৈহাও লাক্লুনা বৃন্দাবন চংনবা শেল পিয়ু হায়ৎনা ময়া নিপা বি, এ অসিদা হায়রবা মতমদদি হরাও হরাও "অবোকী তীর্থ চংতবা যাত্রা" হায়দুনা লুপা ৫০০ পীশি। ইবোতোম্বী মপুরিং মুংশিখ্রে কপ্তুনা মপাদা রাফম অমু তম্লুরে। রাফম অসি তাবদা বি, এ, মপানা মচাদা মনাওগী একজামিনে-সনগী পৈশা পীদবগী মরম হংলে, পিখো হায়রে অমবু মচা নিপা বি এ অসিনা চৈ থাংদুনা পীরকখিদে।

ওস্নোকই, মনেমগী তীর্থ চংননবা লুপা ৫০০ দি লৈবা মনাওগী পরিক্ষা থাননবা লুপা ৫০ দি লৈতবা।

মপুক্লিং মুংশিরবা মনাও নিপাসি ময়ুম থাদোক্লুমা মরাইবক নোংদম য়েংবা চংখ্রে। বি, এ মপাসু মুংভাইতবমক্লুনা লম্বোইদুনা ময়ুম থারগা বৃন্দাবন পাংলকই। নোংদম্বগী নোংদমবি লম্বীদা চৈসন অমদা মাগী মালা খাউমচিংবা, লম্বোইবগী লাইপোং, তুলসী মনানচিংবমু পুলিসনা গঙ্গা পুরিবনি, থোক তোদুনা লম্বোইবা শাদুনা চংলিবনি, হায়দুনা ফারগা থানা তাম্না

পুরে। ওঙ্গোকই থাবাগী ও, সি ওইরমলিবা অহুদি মচানিপা ইবোতোম্বী ওইরমলে। মপাবু ফাদুনা পুরকপা শেল চানিংবা সিফাই অদু দগি পীগে তৌরে, মপানা মচাদা হায়খি— "নংগী সিফাই অসিনা ঐবু কাবিররকপনা ইপানা নংগা উনবা কংলিবসি নত্রবদি উনবা ফংলমলোই, মাবু দগি পীবিগনু।"

অসুম তেদনা সিফাই অহুবু ডাকপিখি মপানা বৃন্দাবন পাংখি।

অসিগুম্বা "বি, এ মপা লম্বোইবা" লীলা অসি মণিপুরগী শুমাং শুমাংদা কোয়শান শান্নখি। লাইরিক হৈবগী মপাশিংগী থম্মোইগী লায়না ওইরবা থোংখেল অসি "বি, এ মপা লম্বোইবা" শুমাং লীলানা মৈতৈগী শুমাং শুমাংদা লাউথনা কোয়খি।

হৌজিকসু মিংদোন পোম্লবা অমন কনাগী মচিন্দগী অসুম্বা হায়নরি— "বি. এ মপা লম্বোইবনি ঐসে"। লীলাসি দোমেষ্টিক ট্রেজেদিনি। লীলাসি পুখোকপা, তম্বীবা অনিমক শ্রিকোংব্রাই-লাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্মা কাককৈথেলদা লৈবা অজ্ঞাননি। লীলা অসিদা য়াওখিবা মীশকশিংদি মখাগী অসিনি—

নিপাশিং—

১। বি. এ শাবা— হাইস্নাম লালজী সিংহ (পাৎশোই)

২। বি, এ মপা — কোংব্রাইলাৎপম নোংমাইজিং শর্ম্মা (কাককৈথেল)

৩। মনাও নিপা— থোংঙাম গৌরহরি সিংহ (য়ুরেম্বম)

৪। ডারুগা সিফাই— হুইদ্রোম বাপু (পাৎশোই)

৫। লৈস্রাম শাবা ( ফাগী পুবা ) লাইশ্রম বাপু ( পাংশোই )
৬। ফাগী পুবা— তোম্বী ( ময়াং ইম্ফাল )

নুপীশিং—

১। বি, এ মনেম লৈহাও— যাত্রাসিং ( পাংশোই )
২। মনিতোম্বী (বি, এ গী নুপী) কোকণ্ডাং সিংহ (মাকলং)
৩। মনিতোম্বীগী মনম্মা— তোম্বী সিংহ ( মাকলং )

লীলাসিদা ফাগী পুবগী মনুংদা লাইশ্রম বাপুগী তোঙানবা প্রতিভা অমা লৈ, মাগী ফাগী মতৌসি ইলা হাংনা তৌই, মহাক্না ওস্নোকপা ফাগী জাং জাং তৌই, রাঙাংগী অহেক ওকথোংদা নুংঙাইহনবা ফাগীনি— মিংথেম মচাদা কৌনবা "স্নাথ্যা" হ য়বা মীঙ্গোগী মমাংদা তাদা লাপ্পী— "তা স্নাথ্যা" হায় লৈস্রামগী খোঙ্গৈরপ্পা খোন্দাদা। তোয়না পল্লি "তা স্নাথ্যা" মাগী খোম্মোক্নুদা ভাবোক্না নোকচবগী লোই খদা নাইদে।

লীলাসিদা নোকলিবসিগী ভাবস্নু মাইকৈ অনিদানি— মমাংদগী মৈতৈনা মিংথেম মচাশিংদা "স্নাথ্যা" হায়না কৌরগা নহা অহল, লেঙ্গা ফাওবা লোইনরকপনি। মৈতৈ মশেলদি খুড়া স্নাথ্যা, ইপল স্নাথ্যা, ইবাই স্নাথ্যা কৌনদে। অস্নুম্না চংনবীদগী তোপথোকপা মীঙ্গোনি। মহাক্না মীঙ্গো অসি কৌবদা লুমথনা থোইতক তৌনা কৌবা মখিং মনা ইরং-লংবা অদ্রিনয় অহুনস্নু নোকখিংবগী চাং নিংথিনা হেনগৎহল্লি। "তা স্নাথ্যা" শাবা হায়না মাবু অহুয়ঃ খংনপ্রে মীয়াম্না।

নিপা অসিগী মোং হাদবা ফাগীগী মস্তুংদা পনবা য়াবা রাক্কম অমদি ডারুগা সিকাইনা "নম্বা লৈগে হায়না মখোন্দা হায়রকপদা, মানা খুম্মকই "য়োন্দবা পোৎপু লৈগে হায়বা" হায়না মরোল খোইতক তৌনা খুম্মকপদা হেক্তা নোকনিংঙি মাগী রাঙাং খুদিংদা অর্থ মপু অমমদা পুবা য়াবা পাউখুম ওইরি। "মনা" নংগী ননাকোং হায়বনি — অদুবু মাগী ফাগীদা "লৈগে" হায়বসি মমল পীরগা লৌথগে হায়বগী অর্থরোমদা ওন্না তৈবনা খোকহন্দুনা অতাবা ভাবোক্তা খুদক্তা নোকনিংবা, পোকহনবা পাইরক্কী অওক-ওকথোং "রিট" কমিক হায়বদুমক মচু তানা থোকহল্লি।

অসিগুম্না "বি, এ, মপা লম্বোইবা" হায়বা শুমাং লীলাসি কন্না কুইনা মণিপুরগী মকম কয়াগী শুমাং শুমাংস্থ কোইচং চংহুনা শান্নখি কুইনা শান্নখি, মশক থোকপা লীলা ওইখি।

অদুম্না চংশিল্লকপা শুমাং লীলাগী থোংজংদা ইং কুমজ্জা ১৯৩৫ য়োনা মতাং অসিদদি তোংঙানবা মশান্নগী শক্তম অমদা লাকলে। লীলাগী মওং চৌরিক, পুমতোং তোংঙাল্লকলে হান্নগী থোংচংত য়াম্না চাওনা অহোংবা অমা লাকখ্রে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি হাক্তকী ফাগী "লীলামী" শিংগী শক্তিগা হায়রিবা ইং ১৯৫৫ অসিবাইগী "লীলামী" শিংগী শক্তিগা পুমখেন থেন্নরকখ্রে। মথক্কী "লীলামী" শিং অবুজাপ্পা-শাই তোন, চেংবা ফাওবদগী লীলা মতৌদি মশা মশাগী শোকপদ্বী থাওয়ৎপা মরাশিনা তৌবনি। ফাগীদা ফাগী লীলারি।

চুরাচাঁদ মহারাজগী মতমদা শাগ্নখিবা থোক-লীলা, চন্দ্রহাস, মোইরাং পর্বনচিংবদা মরাশি ফবা ফাগী হৈবা— চুংখাম ইবোহল, থরোজৌ, মাইপাক-শাবা, খুত্তা মচানচিংবা লৈরমম্নু লীলামীশিংনা আর্টি, একটিংগী মতেংনা উংপা অভিনয় চংনরক্লে। ১৯৫৫ অসিবাইদদি মরাশি ফবা মীওই "লীলামী" শিংগী মরক্তা লৈরক্করে, লোয়ননা ভাবোকী মিৎয়েং, রাখল, উনিংবা মওং, খিম পুন্নমক ভোংনবা ঈমায় অমরোমদা ওমরকলে। মতম অসিগী ভাবোকশিং অসি চীলহাউ থিরকলে পীজবা চীঞ্জাক মথেল অমত্তদা চানিংলক্করে। অসুম্না চীলহাউ থিরকপগী মহৈনা লীলা মখল অমতনা চহি মঙা তরা হিংবা ওম্নকতরে — খুদম ওইনা— থোক লীলা পার্টি, চন্দ্রজিনী পার্টি হায়ত্তুনা কুইনা হিংবা ওম্নক্করে— হোংনা হোংনা শান্নবা লীলা ওইহন-নিংলে মত্তগী ময়েক লারবা খুদম অমা পল্লবনি— সেন্ট্রেল যাত্রা কমিটি, মং পোপুলার যাত্রা এসোসিয়েসন অসিনচিংবা মীংথোল লাকলিবসিনি। পার্টিশিং অসিনা হোংনা হোংনা লীলা মখল মথেল শান্নখি। অনিশুবা লাঞ্জাওগী ঈচাউনা খুমলুরবা মণিপুর সমাজদা ভোঙানবা মচু কয়া, সভ্যতা কয়া, চংশবী কয়া চংশিল্লকপগা লোয়ননা সিনেমাগী জগৎনা মপুং মরৈ কানা মণিপুরদা ভাম্নোইরয়ে— হোলিহুডকী ফিল্মগী, বোম্বেগী ফিল্মগী সংসারদা লীলা মী নিপা নুপী কয়ানা অরৈবী থাহনা ইরাং কয়া; সভ্যতা কয়া-উংলবা মণিপুর সমাজদা — ভাম্নগী মমাপোকমুংগী ওইবা রাশি ফবা মীওইনগা মথং মথং

মৈথিংগ্রবদা মৈহৌরিবা "লীলামী" ( কলাকার ) শিংনা মচেং মচেং ওইবা রাশি অভিনয় মেক অপতা চন্দান, টিকি, গুন্নু, হামুকনা তৈত্নুনা হোৎনবা শাবা লীলানা ওইরকতরে। অদুনা মণিপুরগী শুমাং লীলাগী মওং মতৌ টেক্নিক; মেক অপ, ফিজেং চাকচা পুন্নমক অনৌবা অহোংবা শকুম লাকবা য়ারক্রে। ভাবোক খুদিংমক্তা নেচর ভাবা হায়বসি পাম্নরকই মতুগী মহাওতু "লীলামী" শিংনা ভাবোকশিংদা পিনবা হোৎনরকই পিরকই।

লীলা উংপদা আর্ট একটিংগী মতেং নিংখিনা লৈরগা উংপা অভিনয়দা, ফিজেং চাকচাগী মচু শঙবা মতাংদসু কুপ্না য়েংশিনবা হায়বসি ওসি ওরাংগী ঈথক ঈরাংগা চুশিনব থিবা, মেক-অপনা লীলা মীগী শকুমবু ফজহনবা, থিহনবা মকোয়-মরাং হাপ্পা মশম মনামচিংবা ড্রামাদা শীজিন্নবগুম শীজিন্নবা হৌরকখি। সমাজগী ফোরোই উবা মথোরগী আইদিয়া খঙবা প্লে রাইটর-শিংগী ভোল্যুম মপান তাংবা হায়বসিনি। অশেংনা হায়রবদা ড্রামাগী "লীলামী" গুন্না শুমাং লীলাগী জগৎতা খোঙদাবা হৌরকখি।

ষ্টেজগী পোৎলম য়াওদবা হায়বদি শিল, উইংসনচিংবা য়াওদবা "নেকেট ড্রামা" হায়বহৌমক ওইবা লীলা মশারদা ওহোরকতবা য়াদবা মতাং লাকসে। মসিগী মিৎয়েং অসি হাপ্পা উখিবা নিপাদি শ্রীচোংথাম ময়ূরধ্বজ ওকে জিংথেমজাও সিংহনি। মমিং চৎলবা ড্রামাগী লীলা মীনি, চুরাচাঁদ মহারাজগী মা হাক্তগী হৌজিক ফাওবা অসিদা ড্রামাগী জগত্তা মশক

মাইরিবনি। মহাক্কী মফমদা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা "নাট্য বিশারদ" উপাধি পিখি : মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা তোংঙাল তোংঙানবা এরার্ড পিখি— মপুন্সিগী ওইনা পেন্সনস্থ একাদেমীনা পিরি। মহাক্কা "নুংশি লৈরাং" কৌবা সমাজিক লীলা অমা ইদুনা শান্নহনখি। হৌজিক লীলা অসি শান্নবা মতাং অসিদদি মথক্কী ড্রামাগী আর্ট' একটিং, মেক-অপ পুম্নমক শিজিন্নরে। মমাংঙৈদা লীলা কৌরিবা ইমুংনা ফনেক ফিরোন, ইনফিনচিংবা থনম্বগী মছুংতা লীলাম্মী নুপী শাবিশিংনা মশা মশাগী দরকার ওইবা ফিরোল, ফনেকুচিংবা লৈতুনা থম্নরে।

মথক্কী "নুংশি লৈরাং" কৌবা লীলা অসিগী শমলপ্পা ৱারীদি মথাগী অসিনি।

পামজৌ হায়বা পাখং অমনা নয়নী কৌবী য়াম্না তৌবা ঙমথ্রবী জগোই শাবী অমদা ঙাওখ্রে, ইমুং অহুদি য়ু য়োল্লি, ঙার খেপ লিংঙি। জগোই শাবী অসি মশক ফজে, ইরাং কল্লি, চাওথোই কৌবা য়াম্না মরমচং কত্তবা পাখং অমনা পামচৌদগী মরল-মথুম লৌথোক্লবা নুপী অসি থাজিনবনি। পামচৌদি মপা মমানা মতোমতা পোকচবা ইনাক খুনবা মচানি। নয়নীগী লাংদা থুক্লবদগী পামজৌ ঙাওখ্রে মরল মথুম তুমখ্রে ময়ুমগী নুপী অহু বানা লেনজৈ। 'পামজৌ য়ু থকলে, ঙার শান্নরে, লাইরবা ওইরে— মমৈদদি ঙাওহুনা চংখ্রে।

লীলা অসি উংপদা অভিনয়গী মায়কৈদা, মেক-অপকী মায়কৈদা ফিজেং চাকচা পুম্নমক অপটুডেটনি ঙসি ঙরাংগী

ইরানি। চৌথ্রিক্কী মাঙথরক্লিবা সমাগী পিকচরনি— ছপ্শংলিবা মমিনি ভাবোক্লা হান্নবা পান্ত্রকলবা মচিঙ্গাক ওইবগী মুঙোইগি শমাং লীলাগী জগংতা অনৌবা শক্লোন কিজোর অমদি অনৌবা মহাও হায়বত্র ওইখি।

লীলা অহুদা য়াওখিবা মীওইশিংদি মখাগী অসিনি—

নিপা—

১। পামবৌ:— মঙ্গী সিংহ

২। চাওথোই:— নিঙোম্বম বিজয় সিংহ

৩। চাওথোই মপা:— কিত্না মণিকচাঁদ

৪। মনাওনিপা:— কুঞ্জ সিংহ

৫। জ্বার বালা (১):— কোংব্রাইলাংপম ইতুখোম্বী শর্মা

৬। জ্বার বালা (২):— রাজকুমার কালাম্বা

৭। জ্বার বালা (৩):— নিংথোউখোঙ্জম মণি সিংহ

নুপী:—

১। ময়নী:— নোংথোম্বম ইবোবী সিংহ

২। বিলাসিনী:— নামৈরাকপম শামু সিংহ

অসুম্না শুমাং লীলাগী জগংসি তোংঙানবা জগৎ অমা ওইখিবনা লীলা মশিং অনৌ অনৌবা থোরকখি প্রে রাইটর্স কয়ানা কলম পায়নরকখি। লীলা অমনা কুইনা হিংবা ঙম্নরক্ংখিদে চহি অনি ফানা চংনবা হারে। মতম মতমগী সমস্যাশিং খুদক খুদক্তা পুথোরকলে মহুদি "চাক তাংবা লীলা" "মিনিষ্টর চাককোবা" লীলাশিংসি মশিং পনবা য়াই। চাক

তাংবগী মৈথু লাকপদা পুথোরকপা..য়াম্না সেন্টিমেন্টেল ওইবা প্রেনি কমপ্লেক্স ট্রেজেডিনি।

হৌজিক মতাং অসিরাইদা পন্দবা য়াদবা রাকম অমনি চিংখৈরিত্রা খল্লি মতুদি — লীলামীশিং অসিনা ঙসিগী সমাজদা হিংনবা লানসু শোক্রবা তাই — মখোয়না শুমাং শুমাংদা চংলিবসিগী মমল পিবা তাই মতুগী মমিং "দক্ষিনা" কৌই। "থিয়েটরগী (ড্রামাগী) "টিকেট" হায় টিকেটকা দক্ষিনাগা শেলগী মা ওইরবসু অর্থ মমিং মায়হনবে, টিকেট মমল লৌবা যেংবগী, দক্ষিনা; লাকপিংগী ঙমজবা কংপা। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু দক্ষিনা অসিদগী মখোয়বু দক্ষিনা তৌননবা কৌবসি হায়ননবা মখোয়গী লীলামশিংনা মিং পে বা তোংনরকপা তারকখি অহনা হৌজিক অসিদদি শুমাং লীলাদা, সিনেমাগী ষ্টাইল, সিনেমাগী য়ারী কথাগা মায়না ভোলুম পুথোরকলে। পিটল কাপ্পী, থাঙনা থিমবী, কাওনবী, ফুমবী, কাওবোই শাওং শাদা পুথোরকলে মায়া — য়াম্না মান্না! নুপী শাবীসু অহু মঙাই ফিজেং-চাকচাদা নুপীনা নুপীনি-নুপীশিংনা তমজনিংঙাইখি।

ঙসিগী ড্রামাদা নুপী অফবা দরকার ওইবগুম শুমাং লীলাদসু নুপী শাবা অযবা দরকার ওইরে। নুপী শাবী করগা লীলা অহুগী মমল কাওখংলে।

হৌজিক শুমাং লীলাগী থাক অসি ড্রামাগী থাকা মায়কা মওংদা লাকলে। মখোয়বু মতম অমদা থৌগংপিরমল্লে লৌরবসু হৌজিক মশক খোক্লা থৌগংলকলে। অহানবা থৌগংখিবদি

মণিপুর থিয়েটর সেন্টরনি. ইং কুমজ্ঞা ১৯৬৭ দা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা. যাত্রা. ড্রামা ফেষ্টিভেল অমা ইহান হান্না "থিয়েটর সেন্টরনা" শিন্দুনা পাংথোকখি, মতুংদদি মণিপুর পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা যাত্রা কম ড্রামা ফেস্টিভেল অসি পাংথোকপদা শরুক লৌখি। ১৯৭৩ ইংদগীদি মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা ফেস্টিভেল অসি পাংথোকপগী শরুক য়ারকনি। হায়রিবা ফেস্টিভেলশিং অসিদা শুমাং লীলাগী মতিং মশক থোক্লা উংখি, মথোয়বু থংনখি, "শুমাং লীলাদি অভিনয়গী রসনী, আইডিয়া কয়াগী য়াকাবুং ওইরি" হায়রগসে; থোইদোক্লা থৌগংপশিংগী মনুংদা মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীগী মাইকৈদগী লাকনি— একাদেমী অসিনা যাত্রা লীলাগী মশক নাইবশিংদা এরার্ড পিরি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদনন্থু মশক নাইবা "লীলামী" শিংদা উপাধিনচিংবা পীরি— মখিং পল্লবদা স্বর্গীয় লোইতাম য়াইমা (নোংবাম শাবা) দা মণিপুর সাহিত্য পরিষদনা "নাট্য বিশারদ" উপাধি অদুগা মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা ফোলোসিপ এরার্ড লুপা লিশিং অমা ১৯৭৩ দা পীখি।

এরার্ড অসিমক শ্রীনাওরেম থরোচৌ সিংহ ওজাগী মফম-দদু একাদেমীনা লুপা লিশিং অমগা লোইননা পীখি। স্টেট কলা একাদেমীগী মাইকৈদগী লাকলিবা থৌগংপসি মণিপুরগী কলা প্রেমীশিংগী মফমদা নোংহোনবা আশাগী মরোল ছনগংহল্লি হায়না লৌনবা ওমদে।

অমুম্মা শাগৎলকপা শুমাং লীলাগী ফিরেপ কারকপগী

মতা না লীলাগী ক্রেম ওইংগা অ'ইডিয়া কোংদোকপগী মনুংদা মণিপুরগী ফোল্ক টেলস ( ফুংনাক বারী ) দা শাদোং ওইবা আইাডিয়া পুথোরকলে লীলা ওইনা "শনত্রেশ্বী চাইশ্রা" বারী অসি পুন্নমরা খংনরবা বারানি। লীলা অসিদা যাওখিবা মীওইশিংদ মখাগী অসিনি—

নিপা –

১। নিংথৌ ভুকাওবা:— শাংদোকপম নীলো সিংহ (খয়াম লৈরক)

২। পাঙন শক্তিকফানবা:— টি: চাওবা (কোঞ্জেং লৈকাই)

৩। কাগী পুবা:— ওইনাম বাবু ( " )

৪। অশিংবা শাবা:— ইবে'চৌবা ( " )

৫। মন্ত্রী:— হিজম বোড়া (খুড়ই)

নুপী:—

৬। শনত্রেশ্বী:— ভোকপম নিংথেম (চঙাংগৈ)

৭। চাইশ্রা:— ইবোমচা (কোঞ্জেং লৈকাই)

লীলাসিগী নৌনা বারী পল্লব বস্মু মওং অসিমদি পনিং-লমলি। ওসিগী মণিপুরনা ওইরিবসে মাইকৈ খুদিংদা শোথরে, সাধারণ 'প্রজাগী পুন্সি' অসে অরা অনংগী ঈশাইফুদা মৈ ইকলে ফারবার 'বালা,' শেঞ্জাও পায়বা লৈপাকী অঙম অথৌশিংনা উনা উনা উরে লোইগদোরে। 'শনত্রেশ্বী ইমাদি থাং যৌরে, শনত্রেশ্বী ইমাদি লোইরেদো" হায়না মৈথক্তা লাক্লখিবতুগা অমহা ওইরে।

মরক অসিদা "ভাংবিতোন" শুমাং লীলা ওইনা পুথোরকলে, কাংবুদি শ্রী:লাইচাম যাইমা নোংবান শাবগিনি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা মতম খরা শুমাং লীলা শাম্বা থিংখি, মরক অসিদা ওজানা লীলা অসি পুথোকখি। বারী অসিন্থু ফুংনাক বারীনি, যুমথোং থুদিংদা লীনরবা অত্রুনা থোইনা বারীশু পজররোই।

লীলা যাওখিবা মীওইশিং

নিপাদা—

১। কৈরাকপা— অধিকারীময়ুম বিধু শর্মা
২। যুবরাজ— লোইতাম যাইমা ( মোংবাম শাবা )
৩। ফাগী পুবা (১)— শগোলশেম বীর
৪। ফাগী পুবা (২)— থোংবাস্তবম ইবোচৌ
৫। লুপ্রাবী মচা চন্দ্রকংনান— চনম নিমাই

নুপী :—

৬। কৈরাকপী— লাইশ্রম তোম্বা
৭। ভাংবীতোন— টবোবী সিংহ ( মাইবী }

মসিগী মথংদসু কোক্ক লীলা অমস্থু লাকনি "কবুই কৈওইবা" লীলা অসিম্থু থোইনা বারী লীথুল পিরুজবসু পুম্মমক্কা থংনরবনি, মাগ্না সেন্টিমেনটেল ওইবা লীলানি, এখোয়গী থহহল্লিবনি। লীলা অসিদা কুমখিবা মীওইশিংদি মথাগী অসিনি—

নিপা—

১। কবুই কৈওইবা— লাইশ্রম খোমদোন
( থাংমৈবন্দ, মাইবং শাবা )

২। চাওবা— খম্বো সিংহ ( খোংনাংমখোং )

৩। শজিক— অঙৌয়াইমা ( ” )

৪। ফাগী পুবা— ময়াং ইম্ফাল তোম্বা

নুপী :-

৫। থবাতোন— খোদাম মংলেম্বা সিংহ

৬। হমুবী শাবা— শগোলশেম বীর মৈতৈ ( থাংমৈবন্দ )

মণিপুরদা তৌরিবা সরকারগী প্লান পুম্নমক, ভমলিবা ইণ্ডকেসন সিষ্টেম ভুম্না মনিং-মমাং হোবা উতোংদা ঈশিং লোকপ-শুম্নবনি। প্লানগী থাদরকপা শেনকম্না শেমগৎ শাগৎলিবা পুম্নংক চুরাম্নবগী মতিক মতৌদা মঙাইবনি, শেমলিবা লম্বী, শারিবা বিলডিংশিং মমিংতনি প্রকাশিংদা শিথবা লোনগী মতিক প্রজাদা করিম্ন থবক্তা পাংথোক্তে শেলদা মাঙংনলি শিংদোক্তে। সরকার প্রজা লৌচিং মান্নদে। ভম্নুরিবা ইডুকেসন অসিনা মীবু মী ওইহনবা ভমজ্রে, ইবা, পাবা, তাংবা হায়বা থ্রি আর্ট সিষ্টেম অসিনি। মসিনি— "হা কবুই কৈওইবা মনিং নমাং হোদোং কো নতু লৈমা কাংকোক" হায়বত্র। থম্মোই শোক্লা ওইরকলিবা সমাজসিগী মশকসিবু ওস্থোক্লবা হোৎনরকখিবা লীলানি।

মচনমুপী থবাগী অটনপোং তানবা চৎখিবা মবুং ভরেৎনা মচন্দা শিম্নরম্বা খুদম ঊশৈ—

"সনা—ও মারিল—ও
চোংগাং পেলোনা
ইবুংগী হবেম্না থবাতোন
ইবুং ভরেং লাকপ থোং হাংলো।"

পোঃরান ভরেং লোন্নুনা লৈহৌবী থবাতোনবু কবুই কৈওইবগী মথুত্তা চনখিবত্র য়ুমলোম্নবীনা চম্লকনখিবনি অদুম্না মণিপুরগী লম, লম-থুম হোন্দোকপ্রংলু খুম্নক্কী ঈনা মৈতৈ মচা মচিন তোংবশিংমনি হায়বসি চুমলিবরা— অদুবু থবাতোনবুদি মবুং ভরেংনা ফংখি—ঐখোয়গীদি কদায় — করম তৌনি?

হৌজিক।

হৌজিক শুমাং লীলাদা সমাজগী চৎনবী ধর্ম্মগী চৎনবী কম্মাগী পল অমদি অহুম মরৈরি— মতুদি ওসিগী লীলাগী ফিরেংচাকচা শুনা শেংলবস্থু খোংউপনচিংবা শিজিন্নবদি য়াত্রি। চৎনবী অসিগী বাংমা লানগুনদনা শুমাং নত্তবা ফেস্টিভেলগী মফমদস্থু খোংউপ শিজিন্নবা ওমত্রি, অসিমা ফিজেং চাকচাদা অঙহানি (মঙং শুরবা) ওইরিবসি মেনখৎপা ওমত্রি। ড্রামাদদি মাওংতা স্টেজ শাররস্থু খোংউপ উপ্পা য়ারি। ঐনা থাজবদি লাকলিবা খোংজং অসিগী তুংগী খোংকাপতদি লীলাদা খোংউপ শীজিন্নবা য়ারক্লগনি।

১৯৭৫ ইংদা শুমাং লীলাগী জগৎতা লৈখিবা লীলা পার্টিশিং অমদি শান্নখিবা লীলা মমিংশিংদি মথাদা পিজরি।

লীলা পার্টিশিং— শাম্নরিবা লীলাশিং

১। সেন্ট্রেল যাত্রা কমিটি— বাকোক থিলেল।

২। য়ং পোপুলার যাত্রা এসোসিয়েসন— মুংশি ঈচেল।

৩। মৈতৈ মৈপেমা যাত্রা কম ড্রামা এসোঃ— অপুনবা খোল্লাও।

৪। ইম্ফাল আর্টিষ্ট ইউনিয়ন— মপুনা হুরানবা।

৫। সিটি যাত্রা কম ড্রামা এসোঃ— ডাঃ বাবু।

৬। মণিপুর কো আর্টিষ্ট এসোঃ— হাউস ফুল।

৭। ইষ্টর্ন কলা বিদ্যা ইউনিট— মোইরাং খোংলেল।

৮। নোর্থ ইম্ফাল মণিপুর যাত্রা মণ্ডল— ভুমন।

৯। ইষ্টর্ন যাত্রা এসোসিয়েসন— শজিক থবা।

১০। ইম্ফাল যাত্রা এসোসিয়েসন নিংথৌলসি ফৌহাম মত্তে।

১১। প্রজা সেবা যাত্রা মণ্ডল— মওকাওনবা।

১২। সাউর্থন যাত্রা এসোঃ— অরোনবা ফোটো।

১৩। য়ুথ ওপেরা ইউনিয়ন— ডে কোল।

১৪। পিপল যাত্রা এসোঃ— মতমগী রাম।

১৫। সিটি যাত্রা মণ্ডল— হিরাচন্দ্র।

লীলা ইবশিং—

১। শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মা। ২। বি, জেঃ সি শর্ম্মা।

৩। এন, জি ইবোহল। ৪। থাংজম বীরচান্দ সিংহ।

৫। চোংথাম তেজকুমার। ৬। তেনশুবম দিনো।

৭। হাওবম তোম্বা। ৮। নিংথৌম্বম অতোতোম।

৯। শোইবম বীরেন্দ্র সিংহ। ১০। গুরাংবম ইবুংতোম্বা।

১১। খোকচোম নদো সিংহ　　১২। তখেল্লম্বম চাওবা
১৩। সি, পি, চান্দ

মথক্তা লীলাশিং অমদি লীলা তৌবশিং, অসি ইং ১৯৭৫ সী যাত্রা কেন্দ্রিংতগী পুখোকখিবশিংনি।

লীলামীশিং—

নিপা লীলামী :—

১। লৈশাংখেম তোম্বা সিংহ　　২। লাইশ্রম মংলেম সিংহ
৩। লৈশাংখেম মেরা মেতৈ　　৪। খোংচোম অচৌ সিংহ
৫। হিজম ইবোতোন সিংহ　　৬। খোইরাংখেম বীরহরি সিংহ
৭। হিজম ইবোচৌবা সিংহ　　৮। এস, ঐচ, কোমোল শর্মা
৯। এল, ইবোমচা সিংহ　　১০। বী, মণিচন্দ্র শর্মা
১১। এল, বাবুচৌবা সিংহ　　১২। বী, জুগোল চন্দ্র শর্মা
১৩। পি, ইবোবী সিংহ　　১৪। কে, ঐচ, মণিমা সিংহ
১৫। সি, ঐচ, বিজয়কুমার সিংহ　　১৬। এন, ইবোতোম্বী শর্মা
১৭। এস, যুগেশ্বর শর্মা　　১৮। পি, মণি সিংহ
১৯। এম, খমাল সিংহ　　২০। এ, ইবোহল সিংহ
২১। কে, ঐচ, বাবু সিংহ　　২২। এ, থোম্বাই সিংহ
২৩। এন, ইবোমচা সিংহ　　২৪। শংলাকপম মধুমঙ্গল শর্মা
২৫। খোঙম গৌরহরি সিংহ　　২৬। ইরোম শ্যামকিশোর সিংহ
২৭। তোংব্রম জিতেন্দ্র সিংহ　　২৮। নাওরেম শামু সিংহ
২৯। খোংবান্তাবম চাউবা সিংহ
৩০। লাইরিকয়েংবম ইবোতোম্বী সিংহ

৩১। হৈস্নাম তোমাল সিংহ ৩২। কোম্বোজম উত্তমকুমার সিংহ
৩৩। নিংথৌজম নবীন সিংহ ৩৪। ক্ষেত্রিময়ুম বীরজিৎ সিংহ
৩৫। এলাংবম বিধু সিংহ ৩৬। টি, ব্রজবিধু সিংহ
৩৭। এম, গুলাপ সিংহ ৩৮। এম,জি, চাওবা সিংহ
৩৯। এল, যুগেশ্বর সিংহ ৪০। এম, নিংথেম সিংহ
৪১। টি,ঐচ, ইবোতোন সিংহ ৪২। এল, মনিচান্দ
৪৩। অখোকপম বুদ্ধচন্দ্র সিংহ ৪৪। খোইস্নাম থবল্লো সিংহ
৪৫। লাইময়ুম রাধাচরন শর্ম্মা ৪৬। হুজুম দিলিপ শর্ম্মা
৪৭। অধিকারীময়ুম তরুন শর্ম্মা ৪৮। নিংথৌজম মণিহার সিংহ
৪৯। হিজম তোম্বা সিংহ ৫০। অহৈবম নুখোয় সিংহ
৫১। এম, বিনোদ সিংহ ৫২। এল, ইবোহল সিংহ
৫৩। টি, ঐচ, চিংলেন সিংহ ৫৪। এল, তোম্ময় সিংহ
৫৫। এস, রাবৈ সিংহ ৫৬। এল, খোইবা সিংহ
৫৭। এল, মণি সিংহ ৫৮। এম, গোপাল সিংহ
৫৯। পি, ইবেমজাও সিংহ ৬০। ঐচ, তোম্বা সিংহ
৬১। ঐচ, পিতম্বর সিংহ ৬২। কে, তোমাল সিংহ
৬৩। ও, শামু সিংহ ৬৪। য়াই, মণিবাবু সিংহ
৬৫। টি,ঐচ, অমুবা সিংহ ৬৬। কৈশাম চাওবা সিংহ
৬৭। লাঙ্গোনজম বারুণী ৬৮। লাইশ্রম লোকেন্দ্র সিংহ
৬৯। চনম নীলবীর সিংহ ৭০। ইরেংবম ইবোতোম্বী সিংহ
৭১। মেয়াব জয়কুমার বৈষ্ণব ৭২। খোকচোম খোইহুব বৈষ্ণব
৭৩। লাইশ্রম গোকুল সিংহ ৭৪। মুমাম বীরেন্দ্র সিংহ

৭৫। শোরবম বীরেন্দ্র সিংহ ৭৭। ওইনাম গুলাপমচু সিংহ

৭৮। এলাংবম জিলা সিংহ ৭৯। এলাংবম গৌরদাস

৮০। ওইনাম অভিরাম ৮১। অয়েকপম ইমাকথুনবা

৮২। বাহেংবম বাবু সিংহ ৮৩। মাইস্নাকপম মণি সিংহ

৮৪। খোকচোম মংলেম মৈতৈ ৮৫। শগোলশেম তোম্বী মৈতৈ

৮৬। ওইনাম বাবু সিংহ ৮৭। লাইশ্রম বাংবা সিংহ

৮৮। যোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ

৮৯। কৈশাম মণিহার সিংহ ৯০। থৌনাওজম ইবোহনবী সিংহ

৯১। খিরাম অচৌ সিংহ ৯২। তোম্বা শর্ম্মা

৯৩। যোইরাংথেম তোম্বী সিংহ ৯৪। খাডেম্বম ইরাবোৎ সিংহ

৯৫। ভথেল্লবম রাজেন সিংহ ৯৬। তোকপম মণিবাবু সিংহ

৯৭। ভথেল্লম চাউবা সিংহ

৯৮। লাংপোকলাকপম নিত্যাই সিংহ

৯৯। গুরুময়ুম নবদ্বিপ শর্ম্মা

১০০। কোংব্রাইলাৎপম ইন্দুবোবী শর্ম্মা

১০১। সনসম কাঙবা সিংহ ১০২। রাহেংবম ইবোহল সিংহ

১০৩। গুরুময়ুম রাধেসনা দেবী

( সুপী মচানি নিপাবচা শাবনি )

১০৪। থৌদাম তোম্বী সিংহ ১০৫। খোঙাব য়াইমা সিংহ

১০৬। মাইবম যুগেশ্বর সিংহ ১০৭। থাংজেম্বম অচৌ সিংহ

১০৮। নুমাম ইবোতোম্বী সিংহ ১০৯। ভথেল্লবম বুদ্ধচন্দ্র সিংহ

১১০। থাংজেবম নিংথেম সিংহ ১১১। শোইবম থবাল সিংহ

১২২। নুমাম ইমাকথুনবা সিংহ

কুপী শাবীশিং—

১। মোইরাংথেম কুঞ্জো সিংহ ২। শারুংবম গম্ভীর সিংহ
৩। কোন্থৌজম-বাবুরাম সিংহ (অমুস্না শাবী)
৪। এস, থম্বলো সিংহ ৫। এস, ইবোম্চোবী সিংহ
৬। এম, মঙ্গী সিংহ ৭। টি. ঐচ, নবীন সিংহ
৮। এন, বিজয় সিংহ ৯। ঐচ, ইবোমচা সিংহ
১০। ইরোম ইবোবী সিংহ ১১। মুরেম্বম থাবৈ সিংহ
১২। মোইরাংথেম ভৈগ্যা ১৩। কয়াম গৌরচান্দ সিংহ
১৪। খোইবম তোম্বোম সিংহ ১৫। শমোম কৃষ্ণমণি সিংহ
১৬। পেবম ইবোতোম্বী সিংহ ১৭। অখেল্লম্বম শামু সিংহ
১৮। টি, রূপচন্দ্র সিংহ ১৯। এ, ইবোচৌ সিংহ
২০। এন মঙ্গী সিংহ ২১। এস, মোংয়াইঙ্গাও সিংহ
২২। লাইরেনময়ুম মধু সিংহ ২৩। মুতুম মহিন্দ্র সিংহ.
২৪। মাইবম সুরেন্দ্র সিংহ ২৫। সি, ঐচ, টিকেন্দ্র সিংহ
২৬। খোকচোম টিকেনস্ন সিংহ ২৭। টি, নিংথেমজাও সিংহ
২৮। এস, কুলচন্দ্র সিংহ ২৯। ওঁ পাকা সিংহ
৩০। ডব্লিউ, তোমচৌ সিংহ ৩১। কুরাইলাংপম গৌরচন্দ্র শর্ম্মা
৩২। কাংজম অচৌ সিংহ ৩৩। থুমন্থেম হরিদাস সিংহ
৩৪। অখেল্লম্বম কুলচন্দ্র সিংহ ৩৫। পুখেম তোম্বা সিংহ
৩৬। ভইনাম তোচৌবী সিংহ ৩৭। বৈশাম জিলাঙবা বৈতৈ
৩৮। শোরাইশম তোম্বী সিংহ ৩৯। মুতাম ভৈগ্য সিংহ
৪০। ইমাও মচা শর্ম্মা ৪১। মুপেশ্বর সিংহ

৪২। তেনগুবম শামুংচৌ ৪৩। গুরুময়ুম শামুংচৌ শর্মা
৪৪। লৌশংবম অবিহুবন সিংহ ৪৫। মুতুম যুগেশ্বর সিংহ
৪৬। কৃষ্ণধনি সিংহ ৪৭। য়েংখোম মনিমোহন সিংহ
৪৮। ইরোম অচৌ সিংহ

মথক্তা পীরিবা রাইটর, লীলা মমিং অমদি লীলা মীশিংগী মমিংশিং আস মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীমা শিন্দুনা পাংথোকখিবা কেসটিভেলগী সোভিনয়রগী লৌথোরকপনি।

মেনথৎপা বারোল:—

শুমাং লীলাগী ইতিহাস, শরুম্না মওংদা লৌথোরকপনি, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ মনা হাক্তগী চহি চায়রোমগী ইতিহাসনি। ভোমথিব ওইবা লীলাশিংমা চহি ছক্‌তরা যোম চুম্নদি মণিপুরগী সমাজদা থুম্লিংজনা লৈথ্রবনি। ১৯৪২ দগী হৌজিক ফাওবা অসিদা শুমাং লীলা অমতমা মণিপুর সমাজদা মতম শাংনা থুম্লিংজনা লৈবা ঙমখিদে। মসুং অসিদা অহুক ওসি ফাওবা পুজি মুংশাংগো অমূক শিরুম অমূক ময়োল চোংলক তৌরিবা লীলা হায়রবমক্তু "মোইরাং পর্ব্বদা" মতাইরে। ঐনা খাজৈ মণিপুরগী মোইরাং পর্ব্ব লীলাদি লৈপাকলৈঙুম খোৎনা মপাজন কনবীনি। চোংথংল-মুংল অস্তা মৈতৈ হায়বা জাৎ অসিনা লৈরি মথৌ চিংথিনি। থম্বা খোইবীগী বারী পখিং অসে লেখ ওইনা, জগোই ওইনা, লীলা ওইনা লৈথিপনি মৈতৈগী কলচরদা।

বাকম অমগম্ভু লৈরি— শুমাং লীলা অসে মান্না ফেস্টিভেলগী মক্তদা চিং-লেম্রবা লীলা ওইরবদু তাথোক্তী থিং খুম্বদু,

শুমাং শুমাংগদি অঙাং দুবীগী করোক ওইবগুম তৌরি। অঙাং মচা মগুশিংনা মাও থাদগা অহলশিংনা কমকম চাকম থংলবা লৈবনা মসিদগী লাকপবা লেপ্পোইদবা মথাংগী মরাংবা মিংশেল ওইরবদু নত্তুগ তৌরি।

কলাগী মতাম মতুন কমমক লৈরবদু কলাগী লৈচনবি তৌরি। সংস্থাশিংগী মীৎয়েং থাবল ময়ম্না চংলিংঙাই লৈখিবা থিদি।

---

মথক্কী ৱাৱেং অসি মিংকপ অসিমক্তনা মণিপুর মহারোম সাহিত্য সভাগী "মীৎয়েং" চেকোংশিংদা মথং মথং ওইনা ১৯৭৪, আগষ্টকী মাপনগুবা চেকোং, ১৯৭৪, দিসেম্বরগী তরাগুবা চেকোং অমদি ১৯৭৫, এপ্রিলগী তরামাথোইগুবা চেকোংশিংদা মথং মথং ওইনা ফোংদোকপনি।

- অইবা।

(২)

# রসকী ব্রাফম

রস হায়বদি থবাই পানবা জীব থুদিংমক্কীদি দরকারনি। অসিগুম্বা দরকার ওইরিবা রস অদুমক্তা জীবগী চাখিবা পোৎ অদুগী মচি ওইবা শরুক্নি. লৈপাক্কী হোবা পাম্বীশিংগী জীবন ওইরিবদি লৈপক্কী সারাংশ ওইবা অদুনি, রসপু মতৌ অদুগুমহন্না শব্দ, অর্থ অমদি অংবযুক্ত ওইবা কাব্য শাস্ত্রগী মচি ওইবা সুমধুর ওইবা শরুক্কুমুনি চায়না ওয়েংনা অমত্তং কাব্য রসমক্তা নাট্য শাস্ত্রগী জীবনগী ১শকনি। চাবদা রস খাওজবদি হিংবা ঙমদে, কাব্য-রস য়াওদনা নাট্য শাস্ত্রশু নিংথিনা মপুং মথৈ ফাবা ঙমদে। কাব্য রসকী রসজ্ঞানা থম্মোইদা চেল্লিবা ভাবশু অচৎপা কংলবা লুংঙাইবা অমা নি। অসিগুম্বা হায়বমত্রবা স্বর্গগী লুংঙাইবা অসিবু অভিনেতা-শিং ( লীলা য়াওরিবশিংদা ) অদুগী থাজবোমা মথন্তা থম্মোইহুংদা চুপচবা ঙম্বা অদু ওইরবদি অদুগুম রস অদু অতোপ্পদা য়েংশোকপা পিথোকপদা মাগী শক্তি অদু মপুং ফাবা ঙম্মী। রসকী পোকফম শাংফম অমদি লৈফম অদু মশাল থংলবা অমদি থম্বগী শক্তি অদু মীওইদা নিংথিনা লৈরবগুদা ভাবোকশিংগী মায়দা অভিনেতাশিংনা ( লীলা মীশিংনা ) নিংথিনা মওং মতৌ অদু উৎপা ঙম্মী লাইনা পাংথোক্পা ঙম্মী। রসনা নাটক অমদি কাব্যগী থবাইনি। মসু ওইরিবা লোংশক অসি লীলা মীশিংনা থংজিনবা য়াম্না দরকারনি।

পুরমক্তা থংবিরিবনি— ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা "ভারতীয় নাট্য শাস্ত্র" কৌবা য়ায়বা লিয়বা শাস্ত্র অমা লৈ হায়বসে। হ য়রিবা নাট্য শাস্ত্র অসিমক্তগী কাব্য বিচার অমদি অলঙ্কার শাস্ত্র পোকখিবনি। য়ায়বা লিয়বা মতমগী নাটকী অভিনয়বু উবদা য়েংলিবা শিংগী থোক্লোয়বু চিংশনবা ওয়বা, মতুমক কবিশিংগী খোংনম-জরিবতু মরৈ য়াম্না থায়না লৌই। নাটক্তা কাব্যগা শকতং শক্তমদা খেয়জরবনু কবিগী চুপথাবি মওইরবনি। মসি পুরমক্তা য়ায়রবা থাকমনি। খোলিক কাব্যদা থাহং কয়ামুক হুংহনা তোংতান তোংতানবা থাকয় পুখোক্লবকপদা অতুবা অসি কংবা ওয়রে মতুদি কাব্যনা ককবা মতং মতৌ থাম্মৌ অমগী মহাওবু চুপহন্দুনা পেনহনবা ওয়ত্বগুণবা নাটকন্না ঐখোয়বু পেনহল্লি। অসিগুবা ইহন অমদি মহাও অসিবু নাট্য শাস্ত্রনা "রস" হায়না কৌই। অসিগুবা রস অসি মমুং ভানা থংবা মীওইবু অমুবু "রসিক" হায়না কৌই। অতুগা অমুক্তন্না চুমগী রসসিবু থওবদা মতমা রসকী চাংবু মথক লেপওয়বা, নাটক নত্রগা কাব্যগী ভাব অমম্বং রসপু লৈনবা মীশকতবু "রস প্রমাতা" হায়না কৌই। ইংলেন্ডকীদা হায়রিবা "রস" অসিবু "সেন্টিমেন্ট" হায়। রস চুম্মবু "টেষ্ট" অমম্বং রসিকপু "মেন অফ টেষ্ট" কৌই। সেন্টিমেন্ট অসিবু "ভাব" হায়নতু মহায়রদৈ। অতুবু মসিমক্তা পরিভাষিক শব্দ হায়বদি "টেকনিকেল বায়নস" মঙ্গি নত্তে। অতমু পরিভাষিক অর্থ ওইনা "রসপু" ইংলেন্ডকীদা" "ফিলিং" "ইমোসন" অমদি 'সেন্টিমেন্ট' হায়না লৌরবনু অর্থদি অমমক্তা নত্তে। য়াম্না

কুপপ্রবা থম্মোয়গী কিভম, শক্তম রাইহনা শেংনা কোংলোকপদি রানা খোকই। অচুম ওইনমক অচম্বা শিজিন্নরিবা রাইহেশিংগী মরক্তা অর্থগী মতেংনা ঐখোয়গী থম্মোয়গী শাক্ষংতা থোকহল্লিবা মওংচুবু "ফিলিং" নত্রগা "ইমোসন" কৌই। অদুনা হৌজিক হৌজিকী ওইবা পুন্সিগী খোংদাকা মরি মরুহল্লিবা অসিগুম্বা ভাব অসিনা হৌজিক হৌজিকা পুন্সিগদি মরি লৈনহন্দবা কল্পনা ওইনা থোকহল্লবা, অদুবু ইংরেজীদা "সেন্টিমেন্ট" হায়না কৌই। তৌইগুম্বসুং মসিবু সথ রস ওইবা অর্থদা "সেন্টিমেন্ট" হায়থ-সিনু ভাব মথল অমত্তুনি। মসিমক্তা রস হায়বহৈরাক্ত মতে।

মসিমক্তা ইংরেজীদা ভাবকী তোংভান তোংভানবা "মুড" "লয়ার"বু থতনবা রাইহে কয়ামক্রম লৈরবদুগুম্না ঐখোয়গী লোন্দা শুনা লৈতে। অদুনা ঐখোয়না রাইহ অসিদনা ভাব অসিগী শক্তমবু ময়ামদা শিংশিংভগে থম্মোয়গী ফিলিংবু খুদক্তা য়াংকায়হনবা, মদুমক ভাবমি অমসুং অদুগুম্বা ভাব অমদা তাংদুনা অমুম অমুম ভাবকী লময়োবা থাক্তা লাক্তুনা থম্মোয়জি মুনশিনশিংবা, অদুগা ভাব অদুনা শগৎনা লৈহোবা, হায়বদি ভাবচুনগী লাক্তোকচুনা ভাবচুবু চম্না লৈহোবা অদুবু "রস" কৌই। মসিবুনি ইংরেজী পরিভাষিক অর্থদা "সেন্টিমেন্ট" কৌরিবনি। মসিনা কাব্য, নাটক অসিংচিংবগী কবিগী খোঁদাংনা ঐখোয়গী থম্মোয়দ. খোংদাবরিবা। মসিবু "রস" "মহাউ" হায়না পঙ্গনিংচি। মহাউ হায়বসিদা শক্তম অনি লৈরি— পোংবী মহাউ তাবকী মহাউ অমুমা। পোংবী মহাউদা লৈবা তংবা অদুগা তাংবী

মহাউমা থম্মোয়বা ওংবা। পোৎকী মহাউমা হকচাংগী মচি মাহুমা, শান্নলগা মপুং মথৈ কাহবা অহুগা ভাবকী মহাউমা পুক্লিং অমদি লমচৎ শান্নৎপু মপুম মথৈ কাহনবা অসিনি মহাউগী শকম অমি অসিমনা তোংগাম তোংহানবা মায়কৈদা ঐখোয় মীওইবগী পুক্লিংদু মপুম মথৈ কাহল্লিবনি। অহুগা মহাউ শকম অমি অসিগী মরুংদা অমা রাংপদা মীবু মী ওইহল্লে। চা-মরবা পোৎকী মরুংদা রসনা হুমহুনা মহুগা ভাবকী মহাউ হায়বদি "রস" হায়বা ঐখোয়না লৌভিক লৈব-ক্লিয়া অসিমা লৈদুনা ঐখোয়গী রাখল লমচৎ শান্নৎপু মপুং ফাহল্লুনা মীওইবা সমাজনা তেক্ত কায়দনা লৈবা ঙমহল্লিবনি। মরম অহুমা রসসিমক থাংবা তাৎ অসিগী তঙাইফদবনি। মসিগী তঙাইফদবসি শুপ্লগী মীওইবদা নত্তনা উ, রা, শা উচেক-চিংবগীসু অদু মঙায়। উপাল, নাপী-শীংবিসু লৈবাওগী লৈমাউ চিংখৎহুনা হিংতি। অহুগা শা উচেকসু পুক্লিংনা চাগদবা মহাও খরদি মখোয়সু চায়। অখোমগী মহৌশাগী-নখোয়দা মন্না মুংশিবা, থশাওবা, অকিবা, লাবা অখোমগী মহৌশগী শান্নৎ কাওই।

রস অসি রসশাস্ত্রগী মতুং ইন্না মখল মাপল থোক্লা থাদোকলি :—

১। শৃঙ্গার রস নত্রগা আদি রস ( Ertic Sentiment )

২। হাস্য রস ( Comic sentiment )

৩। করুণ রস ( Pathos, Pathetic sentiment )

৪। রৌদ্র রস ( Sentiment of horror )

৫। বীর রস ( Heroic sentiment )

৬। ভয়ানক রস ( Terrible sentiment )

৭। বীভৎসা রস ( Horrible sentiment )

৮। অদবুত রস ( Wonderful sentiment )

৯। শান্ত রস ( Peaceful sentiment )

অসিদা নশুমা থামল্য রস হায়বা অমম্ম লৈবি মসিদি আদি রস হায়বদি শৃঙ্গার রসকা শার্গোম্নবনি মবিং মথা তমহবা রস নত্তে। অহুমা রস মাপনথক্তবি। রস মাপন অসিগী মথং নতৌ ভাক্তিংঙদা মথাগী থাকম অসিমম্ম পঙ্গহৌবিংলি, মচদি কাবা উপন্যাস অসিমচিংবা পাম্বা মতমদা লাইরিক ইরিবহুনা লমথৌমা মিংথিনা মহয়বদি ঐথোয়গী থাথলবু করম্বা লিচিংমা চিংবা? করিগুম্বা অপেনবা অমদি ওইবনি। করিগীগু ওইকম লৈ? ঐথোয়গী পুন্সিগী মরমদা ঐথোয়না ইশেং শেংনবা অমদা থরম্বী লৌরসি। হিরম থুদিংমক্তা নাত্তে পুন্সৈ চানবা, মহু পুবম্ম কবিহুগী থৌদাংগী মহৈদগী ঐথোয়গী থমোয়দা ইত্তাল ভালহনবা অমনি পুন্সিগী অর্থ মপুং ফাহনকপনা পেনবনি। অসিগুম্বা মপুং কাবা অর্থদা ঐগী অরা মুংত্তাইবহু ওইবদি নত্রগম্ম ভাবকী শকলোন অমনি অহুম তাকলে। মংনা পুন্সিগী হিরম থরদা নাত্তে পুন্সৈ চানহনবা ভাব অমদি লাকহ্নম। অদিকপগা অচৌবগা, করিম্ম লৈতবগা অথোইবগা, কজবগা অথৌবগা অথাংপগা অকমরগা পুথমক অসিনা পুন্সিগী মশক

ওইরবা. পাক্লবা কিবুংথকী মচি অমদা য়েক খোংলবা মস্নাগী ( য়েপকী ) মতোংশুন্না লৈরি। করি অমুক হায়রগনি ঐখোয়গী অপাম্বা মীহোৌবা, অরা-মুংঙাইগী মতাংদা অয়েঙনি খল্লুবা কয়াবু পাক্লবা অসিদগী মুংঙাইবা, ইংবা ভপথবা অমা পি। মতাং অমুদা ঐখোয়গী বাখল খল্লবা হৌরকই।

করিগুম্বা চরিত্রনা কয়া য়াম্না ম্যাচর তায়বা, কনানা কত্তবা হায়বহ ওইরবা শৌদোক বাথোক লৈরিবহ মরি মথোং মাতৈ চাত্রা চাদত্রা হায়বসি বিচার তৌবা হৌরকই। মতাংমুদা কাব্য অমদি উপন্যাস অহুগী মরিদা ঐখোয় ইশাগী ওইবা মত অমা কোংদোকলকই অমগুং রস অত্র চুপ্পদা মতিক চাবা রস ওইবরা নত্রগা ওইদবরা হায়বসি লেপচরকই।

মথক্কী রস মাপন অসিবু মশক মুন্না থংলবা অমদি লীলামী অ-না মশাবু খুংম চনবা ওন্নবদি, খুত্থম চনবা ঙমলিবা মহাক অদুনা অতোপ্পবু খুত্থম চনবদি খোইদোক্না অন্নবা বাকম ওইদে। হৌজিক মথক্কী রস মাপনগী শক্তম্বু শমজক্না হায়রগে।

শৃঙ্গার রস নত্রগা অমদি রস:—

রস মাপন লৈরিবা অসিদগী শৃঙ্গার রস নত্রগা আদি রসনা অখোইবা লুচিংবা রসনি। কাব্য নত্রগা মাটা শাস্ত্রদম্বু মাবু লোংখৈ। নায়ক নায়িকাগী অনুরাগ নত্রগা রতিগী বিষয়দা ওইবা ভাবপু শৃঙ্গাররস নত্রগা আদি রস হায়না কৌই। চাম্নবা চামজবীগী মশকপু উবনা পাখং লৈশাবীশিংনা শৃঙ্গার রসকী ভাব কোংদোকই, অদুনি শৃঙ্গার রসকী অভিনয়নু।

ভগেংবা হায়রবদা নায়ক নায়িকাগী সুংশি-সুংহোল কয়াগী বাফমগা মরি লৈনৈ রস অসিদা। রস কুদোক্লবা বাকবদা মিংচিনা তমা য়েংনব, ইকায়নব অমং হৌশিন্নবা থংনশিন্নবা অমদি কায়না মৈশা নাংবগী চাক্লবা মওং মতৌ কয়া লৈ।

নাটকতা অভিনয় তৌনবগীদমক শৃঙ্গার রসকী ভূমিকাগী মী থনবদা য়াম্না বাখল তৌফোবা দরকার ওই। রস অসিগী অভিনয় তৌননবা পাত্র-পাত্রীবু কেক উবমল্লদা মশক মতৌ অমেংবা ভাবোক্তী পুক্লিং পেলহনবা হন্না শকথম ওইগদবনি।

হাস্য রসঃ

নোকহনবগী মতৌ ওইবা রাগাং শাগাং শাজৎ পুজৎনা হাস্য রসকী মতৌনি। হাস্য রস হমগদৌরিবা লীলা মী এক্তর, একট্রেস অদুগী পোকপদগী য়াওরক্লবা মগুণ লৈবনা অভিনয় অসি উৎপদা হেন্না মহৈ য়ানবা ঙম্মী। লেখক্না রস অসিগী মহিক চাবা প্রমাণ বাহৈ বাক্য পৌদোক বাথোক ইরবনু অভিনেতাগী শক্তিন বাংলবনি রস অসিগী মশক মচু থোকহনগনি ঙমদে। হাস্য রস পুথোকপদা অভিনৈতা অমত্তগী মতেংনা নত্রগা অহুমগী মতেংনা পুথোকপদি য়াই হায়রবু হাস্য রসকী ওইবা তোপতোপ্পা কোমেদিয়ান একটরদি য়াম্না তঙাইফদে দরকার ওই। করি অমুক হায়সিগে অদুগুম্না কোমেদিয়ান অহনা রা অমত্তা ঙাংদনা রঙ্গমঞ্চদা লেপ্লবতদা নোকনিংবা পোকলিবনি। হাস্য রস হায়বসে রস খুদিংমকা মরি লৈরে লৈনৈ চুমগী অমুক মুখিদাংগী ঙাংনরিবা বাহৈ বাতা বাগাং

মমথা হেক্তা নোকখোরকপত্ত হাস্য রসকী আলম্বন ভাব ইহুন থৌকম কৌই অতুগা মতংগী হোংমন্নিবা অমদি থাঙাংগী হৈ শিবনা রস ভাব অতত্বু অমুক্তা হেন্না মপাঙ্গল কননথহল্লুনা উজ্জ্বল ভাবত্তা শাংকাইরকপা মতৌ অতত্বু হাস্য রসকী ইহুন হৌগংহনবা হায়না কৌই।

হাস্য রসকী অভিনেতাগী মায়খোংদা মশাগী পোকপদগী থাওজরকপা শককম অমা লৈবা দরকারনি। মতুনা থাবু চুন্না হেক উবদা অসিগুম্বা কাংলুপকী অভিনেতানি হায়বা হেক্তা মংংঙি। অসিগুম্বা হাস্যরস কাংলুপকী অভিনেতাগী মমায় মমিৎ শাওং শাদানা ভৌরকপা অমদা হেক্তা হাস্যরসপু কোংসোকপা অতুম্মক হাস্যরসকী অভিনেতা অতু চোকশিনগদবনি হৈশিংবা মওং মতৌ উংকদবনি মতোংদা মীনা য়েংবত্তা নোকশিংহনবগী মওং নৈহনগদবনি. রঙ্গমঞ্চদা মী মও তন্না থোকপগী মতুংদা মহাক থাওংবস্থ হাস্যরসকী উপনায়ক থাবু য়েংলিবা ভাবোকশিংবা মশক লাইমা হেক্তা থংগদবনি. অসিগুম্বা রসকী অভিনেতানা খুদম তৌবগী বিকাশ অমদি ইংগিতকী হাব-ভাবপু খোইদোক হেক্তা অভ্যাস তৌগদবনি। রস অসিগী বিকাশ শক্তিশিং অতু অতুকী মতিক ময়েক তাবা অমদি খুংলোইবা অইরবদি হাস্যরসকী অভিনয় অতু কজবা মিংথিবা উংপা ওমী। হাস্য রসকী অভিনেতানা থেথক্তা ইরবদিরা ভাবশিং অতু কোংসোকপদা হৈ-শিংগনি ভাবশিং অতু মপুং ফাবা কোংসোকপত্তা

মাপী মথৌনি। হাস্য রসতি অৎুযতা ওইহনগনি, তাবা য়াদবা অমদি মাইে চাদবা রাওাংনা ওইহনবদে।

**করুন রস:—**

কবিগুবা য়াম্বা নুবা ভৌরব' পোৎ অমা কাইগ্রবা, মাংগ্রবা অমদি পাম্মুরবা পোৎ অমা মাংখোকহবা নত্রগা নুংশিজরবা অমা শিগ্রবদা ইচা, ইচ, চাগুবা, চায়রবী)পূরিংদা অরাবা পোকপা, নুংহিক নুংদশা কাওরকপা, পাম্মুবহু মাংবদা খা ভমদবা অরাবগী মতৌ ওইবা ভাবনা মপুক্লিংবু থুগ্রম চনবা অহু করুন রসকী হেররককমনি মতুংদা ওইহল্লকখিব' কিভমশিংহনা করুন রসনি। অরাবনা করুন রসকী স্থায়ি ভাবনি। মাগীদমক য়ারিবা অহুগুবা মীশক অমদি পোৎ অহনা করুন রসকী আলম্বন বিভাব কৌই। অরাবনা লাও হোংবা মথবাক্তা থুহ্মা গুবা, মকোক্তা মথুং হাপ্পুনা কবা, য়ারহনা লাইদা ভাইনবা লৈবাক্তা য়াম্বনা তুবা অসিনচিংবা থৌওাংশিং অসিবু করুন রসকী অনুভাব লকনমি। য়াখিবনা য়া-লান ওাংদবা, হুমাং শৌব', কুচু ভাইবা, অনুভাব ভৌবা মথাই চাকপা, য়াম্বা অসিনচিংবসি অভিনয়গী মহমদা কোংদোকপদা হায়রিবা মতৌ মওং অসিনা মরম ওইদুনা মমায় পোম্বা মমিংতা মশি শিল্পহনা অভোয়গী মপুক্লিংবু তায় ভৌনবা হোংবৈ। সংসারগী অরাবগী থৌদোক থুদিংদা মশাগী মিতুগী পি শিংবৈ। মহাকী নুংওাইতবগী চৈমা কাওরগা নুংদা শকবম অহু কাওরগা অভিবেত্তা অদুনা অভিনয়গী মতমা মহুবু কোংদোকপা ভমী। মপা লৈজগ্রবা

মচেমদুগী অশিংবক অচৌবু মমাখা কয়ালী মশিক নুপা তেঁপ্রবা
ওসিদি অচুওপী মমা অচুনা তাইবংপান অসি থাদোকখুম
চংখ্রে। শিরমদাইগী মতমদা মমানা মচনুপী অচুগী থবথবা
লানবা ওমদবা হায়বকুমক ওইগ্রবা মচা নুংশিরগী প্রেম! ফামঙ্গ
ল্যারসকী অয়েবী পম্বেংদা "ইমাগী ইবেম্মা নংবু করম তৌহৌ-
দৌবা ইমানা লৈত্রবদা।" মসিদা মবুং অমদি অনা লাইকমক্রিবা
পুম্মমক্তা কপ্পবা করুন রসকী শক্তমখি। অচুগা অমুকস্থ মানু
লুনা চানা তৌবিরম্বী মমানা তাইবংপান থাদোকখুবা চৎপ্রবা
পুন্সি অসিমক অরেম্বনি থক্লকপা থম্মোই কাইরবা নুংমাংববা
কপ্প-লাওনবা. নুপী মচা অচুনা লৈপাক্তা প্রো প্রো থোংখুবা
কপচবা অহমক করম রসনি।

খুদম অমন অমুক লানফমদা মাগী মিৎ-মাংমক্তদা মদা
শিখ্রে. মচুগী অরাবা অচু করম্না কোংদোকনি? মহাকী মচ
মথ্নাইদগী হেক্তা নুংশিজবনি লুনা চানা তৌজবনি, অমুগুম্বা
মচাচু মমাংমক্তদা য়েক্নবনা হাংখ্রে।

মতাং অসিদা কপচপনি নুংহিরনা, থোইনদি পাঙৎলোই
মরমদি মহাকমু বীরনি, লানফমদা চংশিবনি. মহাকমু থাও
শংলি। মরম অসিনা মতা অসিদা নুংশিক্তা অরাবা উৎকনি
মশিংতা পিগী ঈরা চেনগনি. জৌইগুম্বম্বা জুংগী নিংশিংনা থোক্না
হাপ্পপা করুন রসকগী ভয়ঙ্কররসতা চংশিন্দুনা অশিবগী শকপান
লৌবত্রাই। মরমদি য়েক্নবনা মচা হাংখিবা অচুগী মথৌনা
করবা মপাগী থম্মোইদা "ফাকচৈদা" হাররগী অশাও থৈনি

হৌরকপনা লমন থুমনিবগী হাথনদা চংশিন্দুনা হিংসা তৌকপনা অকিবগী শকতম লৌবনি। মতাং অদুদা মাগী মচা'ই অংব করিমত্তা পাম্মুরকুনা "শিরে চংলে" হায়বা রাখল্দগী থুংলাই পায়দুনা রেকুবা তম্না হোংচিল্লি মতুমক করুন রসকী শক্তমনি।

করুন রস অসি থাইদগী হেন্না লুবা রসনি অভিনয় তৌবা মতমদা রসশিংগী মনুদা। অসিগুম্বা করুন রসকী অভিনয় উৎপা মতমদা অভিনেতা (লীলা মীশিংনা) থোইদোক্না চনিংতাবা রাখল থম্না অভিনয় উৎনবা হোংনবা তাই। মরমদি রস অসি অমুকী মতিক অকুবনি. উৎলিবা লীলাগী খুদোংবা থাক্তা করুন রসনা য়েংলিবা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা অপেনবা পীবগী মতিক ভাবপু পাকথোক চাওথোকনবা ওম্মীবনি।

রৌদ্র রস:—

অশাওবনা রস অসিগী হৌরকফমনি। অশাওবনা থুম্নহংতুনা তৌনি তৌরোই খংদনা অমাং অতা কয়া থোকহনবা অসি রৌদ্র রসনি। শাওরনবা রস অদু পুক্নিংদা লৈবদগী তৌথোরকপা থবকশিংদগী মীগী মখিৎতা উরকইবা অদুনক রৌদ্ররসনি। রৌদ্র রসকী চৈকু চারবা অদুনা মথুৎতা থংলায় তাপ পায়থংতুনা খুদুম শিংদুনা চেনখিবা নত্রগা হেক্তা য়েকুবা তম্না চোংশিনবা; থোক্লেল অরাক অখংনবা লাওবনচিংবগা লোইননা মতিং ফুদোকপনচিংবা তৌই রৌদ্র রসতা।

কনাগুম্বা মীওই অমনা মীশক অমদা মাংনবা তৌরবা য়েরবা অমদি মাংনবা তৌরবা অদুমক রৌদ্র রসকী আলম্বন

বিভাবনি। অদুগুম্বা য়েন্নবা অদুগী অদুগুম্বা হোৎনরকপা অদুবু উদ্দীপন বিভাব হায়না কৌই, য়েন্নবদু লাকপিন্নবগী রাথলদা অশাওবনা খুৎনা চন্দুনা ফিংগৎপা হেনগৎলক্তুনা, মতুগীদমক মমায় মনিংনা অমদি মখোঙ মখুৎনা তৌথোক্কইবা মতৌ পুন্নমক অদুনা রৌদ্র রস অভিনয়গী মতেং পাংবনি। বীররস অমদি রৌদ্র রসকী অভিনয় তৌবদা মওং অমত্তদা তৌদে বিষয় অসিদা য়াম্না চেকশিন্না লক্ষ্য থম্না মতিক চাবনি। রৌদ্র রসকী অভিনয়দা ফত্তবা, মাংনবা তৌনিংবগী অভিনয় তৌগনি। বীররস অমদি বীররসকী স্থায়ি ভাব অমসুং রৌদ্র রস অমদি রৌদ্র রসকী স্থায়ি ভাবপু নিংথিজনা পাশিন খোংচিন্দুনা ইতোমতনা থংজিন্নবা হোৎনগনি। রৌদ্র রসকী অভিনয় তৌবদা থোইদোক্না চেকশিনবা দরকারনি। অভিনেতা অদুনা মথন্তুনা অশাওবদু কোংদোক্তুনা মানা তৌথোকপা থৌদোকশিংবু কোংদোকপা মতুমক রৌদ্র রসকী অভিনয় কৌই। অদুগা কমাওম্বা অমগী মমাংদা অভিনেতা অদুনা মথোম্বা কবদু কোংদোকপা অদুবু বীররসকী অভিনয় কৌই।

বীর রস :—

ভাব প্রসঙ্গ অদু হায়বদা পুক্কিং থৌগৎপা ভাবনা বীররসকী স্থায়ি ভাবনি। রস অসিদি মমুৎতাবা ভাব অমদগী পোক্লকপা য়াকম অমবু পাংথোক্নবা লাক্নবদা থৌনাগা লোইননা চংশিনবনি। খুদম ওইনা লান, দেশপ্রেম, দান, দয়া ধর্ম্মনচিংবা বিষয়দা উৎসাহ পীনিংবা অদুগুম্বা ভাবনা পুক্কিংদা কনা কাওরক্তুনা

শক্তিশালী ওইরকপা অহুগুবা উৎসাহ ভাব অদুবু নাট্যশাস্ত্রদা বীররস হায়না কৌই। রস অসিগী শকুম মরি শুরি। হায়রিবা রস মরি অসিগী গুণ-গুণশিংবু থংলবদি বীররসকী অশেংবা মশক থিংথিনা থংগনি। শকুম মরি অহুদি মথাগী অসিনি।

(ক) দানবীর রস

(খ) ধর্ম্মবীর রস

(গ দয়াবীর রস

ঘ) যুদ্ধবীর রস

দানবীর রস:

মপাবা করিমত্তা চিংববা লৈতনা দানগী মহত্বগী রস অদু কোংদোকুনা মাইক সুংচাইগী ভোগ চাহনা লৈবক পামশিনুবা লৈতনা নিস্কাম ব্রত (অপাম্বা লৈতবা) কনা কনাগুম্বদা মাগী লৈজরিবা পুম্বা দান তৌরিবা, অহুম ওইব। দাতাহুমক দানবীর হায়না কৌই। মাগী শেল থুম পুম্বহ পান্নুবা লৈতনা অতোপ্পনা লোখিনবা অধিকার পিবা মহাকুমুসু দানবীরনি, নাটকতা অসি-গুম্বা চরিত্রবু দানবীর হায়না কৌই। রস অসিগী স্থায়ি ভাবতি থৌজাননি। দান তৌবদা হালেংদবা দানবীর দাতা কর্ণ, দানবীর কর্ণগী আমেরিকাগী অমদি রাজা হরিচন্দ্র মখিং পনবা য়াই।

ধর্ম্মবীর রস:—

কনাগুম্বা সত্যসন্ধ মহাপুরুষমা মাগী সত্য প্রতিজ্ঞা অরেপ্পা) অমসুং ধর্ম্মগীদমক মপুন্সিবু করিসু লৈতনা থরি, মাশকখিবা অহুগী অচুম্বদা অত্যাচার কনা তৌরবা, ওৎলরবা ফাওরদা

মহাক্না মহাকী শুখভোগ, ফুরা-মলানবু থাদোক্লনা বনবাস তৌহনা রামা লেলি, লিশিং অমা অমা অনা মংলবনু মাগী অনু-রাগ অমদি উৎসাহ ভাবপু থক কাইবা তৌদে, অভিনয়না অসিগুম্বা অসিবু কোংদোকপা ভাহরস অহুবু বীররসকী ধর্ম্মবীর রস কৌই। মহাভারতকী যুধিষ্ঠীরবু ঐখোয়না ধর্ম্মবীর হায়-নিংঙি। ধর্ম্মবু ভাক্লবগীদমক মহাক্না বনবাসী ওইখি, অমা অনা কষ্ট মায়োক য়াখি। থোইদোক্লা মাদ নত্তনা মাগী পরিবার কাওবনা অসিগুম্বা অরাবসিদা লোক্লা থাংলম্মী। ধর্ম্মবু মাগী অনুরাগহনা মাংহনবা ভমহনদে অনুরাগমক্লা ধর্ম্মবীর রসকী স্থায়ি ভাবনি। মহাভারতকী যুধিষ্ঠির অমদি রামায়নগী শ্রীরামচন্দ্র ধর্ম্মবীর রসকী মীওইনি।

দয়াবীর রস: –

মশাগী পুক্নিদা খুদোংথিবা কয়া থোকদবা লৈরকাওবা দান তৌবদা কালেংদবা য়েক্লবা কাওবগী মকমদা চংজক পিবা মশাগী মপুন্সি মাংজকাওবা কয়িমত্তা চিংনদবা মতম পুম্নদা কয়িমত্তা পাম্মুবা লৈত্তনা দানগী মহত্ববু অহম্মক মউৎপা, মশাগী মথাই কাওবা দান তৌথোকপা ওম্বা, অসিগুম্বা থবক অসি তৌজগা মহাক্না নুংঙাইজবা অমদি উৎসাহ পোকচবা অসিগুম্ব চরিত্রবু নাটকতা বীররসকী দয়াবীর রস চরিত্র কৌই। নুংঙাইজবনা মাগী স্থায়ি ভাবনি। লোক্লা নোক্লা থৌনা কনা আত্মাদান তৌবনা দয়া বীরগী লংলবা দৃষ্টান্তনি। খুমুখরং লাবগী মশক ওইরবা দেবতাগী অমাম্বা কোক্লবগী মহায়াক

শিখিনা মশাগী শদোংমক পীহনা দেবতাগী মায়ানা ওনব খুমুখরং লাবনু পেলহনহনা মকমদা মথরাই করখিবা চেমশিন-অরকলবা লম খুমুবু কমবিখি। মহারাজ শিখিনা অসিগুম্বা নংলবা দৃষ্টান্তসি উৎলগী হায়বগীদমক শিবিরাজবু দয়াবীর কৌবনি। মহামুনি দধিচিনা মশাগী শরুবু লাইয়ামগী য়াইফমব-গীদমক বজ্র শামনবা পীথোকখি। অসিগুম্বা রস অসিগী অভিনয় তৌবা মতমদা লীলামীশিং অভিনেতাশিংগী মায় মিংতা অচেংপা শকক্ম অমদি থৌজান হৈবা অসিনচিংবা উৎবনি কোংদোকনি।

যুদ্ধবীর রস :—

কমাগুম্বা য়ুংশিজবা অমবু উদ্ধার তৌনিংবা নত্রগা মাংপ্রবা মরৈপাকপু উদ্ধার তৌনিংবগী হাথলদা লাম শোক্রনিংবগী উৎসাহ উৎপা, মহুগীদমক মথাইবু পোক্তা ওইহনা হেক চৎপা, হেক কংত্রিবা ক্ষাওবা হল্লক্তবা, মহাক্তু যুদ্ধবীরনি। হায়মিবা হিরম অসিগী অভিনয় মতমদা য়েক্রবনু মরু কংমা মাংহন্নবা অচেৎপা রাশকনা মহু উৎকনি। পুক্লিং থৌগৎপনা যুদ্ধবীর রসকী স্থায়ি ভাবনি। লাইনা শোরবা লাম কমা উৎপনা যুদ্ধবীর রসকী গুরুত্ববু ভাকপা ভম্মোই, থবক মহৈ য়াম্লিংবগী ভাব অহ নিংখিনা উৎতুনা অসিগুম্বা লামগী থবক অসি পাং-থোক্লবা হোংলবা তাই। পুক্লিং থৌগৎপগী ইহুল অহ নিংখিনা উৎপা ভমপ্রবদি বীর রশকী থবকশিং অহ কজনা শাংতোকপা ভমলোই, যুদ্ধবীরগী উদ্দেস্যহুস্থ থংহনবা ভম্মোই। লামগী

মতমদা মাগী চাম্বা মীশকী উহার অমদি ময়ংখ্রবা মজাগী উদ্ধারগী ভাব অদু কোংদোক্লুনা ময়া উৎসাহগা লোইননা লান তৌবনা রস অসিগী মীতিনি। অমমনবা মাওরবদি যুদ্ধবীর রসপু নিংথিজনা অভিনয় তৌবা ঙমলোই। যুদ্ধবীর রসনা লৈতেংবা মীশকশিংদি ভীম অর্জুন রানা প্রতাপ, মৈদিংগু নরসিংহ সমা হিরাচন্দ্র (ভাকু সিংখো) নেতাজী সুভাষচন্দ্রবসু শেখ মুজবুর রহমন অমদি খাথংবা ধ্রুবনু, পুথোক্লবা হোংনথিবা কেপ্টেন স্কোট পনবা য়াই।

ভয়ানক রস: -

থংহৌদনা কবিগুরু অমা হেক উবদা ইপা পাথংপা পুক্তি দা অকিবা অমা পোকহনবা অদু ভয়ানক রসকী হৌরকফমনি। মসিদা খোনগায় লাওবা হমাং কাংবা, মতু চুংবা, শিবা কাওবা থোকপা য়াই। মশাদা কিগনবা মীওইমচিংবা মীতা ওইহন। ভয়ানক রসকী তেমথেং পীবদা মশক থোকহনবনচিংবা তৌবা য়াই। মুপী অমসুং নিপা অনিমক্তী চরিত্রদা ভয়ানক রস উবা ফংডি। ভয়ানক রসকী স্থায়ি ভাবতি অকিবনি হায়না মাংদম্ব পনখ্রে। কীরগা কুচু ওলকই, খোম কাইবা হমাং কাংবা তু, চুংবা মথং মথং ওইরকই। রস অসিগী কোংদোক্লবদ, নাটকী নায়িকাগী চরিত্রদা অয়ম্বগী মতৌঙম্না পাংনবা স্বভাব অমা লৈহল্লী। খোইনা পুকচেল চাওবনা বভাব ওইবগী চরিত্রদা ভয়ানক রস পুথোকহনবদি মতিক চাদে। কমাগী মতিক মথৌনা উবদা কমায়া করম্বা কিহুনা চেমগদবা মত্রপা

লোংকনবা হায়বসি অভিনয়গী মতমদা মিংথিবা ঊংনবা তম-শিনগদবা ওই। অদুগা পুক্চেল তপ্পা মীনা খুদক্তা অকিবা ঊরবদা মহাক্না কনি অবস্থাদা মতৌ করম্না লৈবা, কীবদা মতৌ করম্না জ্ঞান মাংবা, অসিনচিংবা মুম্না তমদুনা সংসারগী চরিত্র লক্ষ্য থম্না ভাবনি। হোংনবা অমদি পান্দমকম লাকপদনা কুম্নবা খোঁওং কয়াদা থংজিনবা ঙম্মীবনি, মহুদগী অভিনেতা অমদি অভিনেত্রীশিংনা জ্ঞান কয়া থোকনিবমি। অকিবা অথংবা মতৌশিং অসি ইশা ইশানা তত্তনা অভ্যাস তৌবা তাই, অভিনয়দা রসপু মিংথিনা ঊৎপা ঙম্নবদি অভিনেতাদুগী ঊংনিবা ভাবশিং অদু নিংথিজবা ঙম্মী মশক থোকই অদুগা অভিনেতা মত্রগা অভিনেত্রীদুনসু মুংতাইজবা ঙম্মী।

বীভৎস রস:–

করিগুম্বা মরম অমদগী মহাকী থশ্বোইদা ভুকচবা পোকপা নত্রগা হগোইবা ভুকচবা করিগুম্বা পোং অমা ঊকথদগী হগোইবা পোকপা অদুবু বীভৎস রস কৌই। ভুকচনবগী মশক ওইবা পোং হলচংবা অপুম্বা শদুম, মমথিবা, অপুম-অশা, ঈ, অমাও অশোয়নচিংদা ঊয়গা বীভৎস রস পোকই। মরমচং ফজদবা, মশক মতৌ থিব মীওই ঊরগম্বু রস অসি পোকই। বীভৎস রসকী আলম্বন বিভাবতি ভুকচনবা পোং হলচংলবা শদুম অপুম্বা মমথিবা অপুম-অশ ঈ অসিনি। ভুকচবা পোকইবা অদুনা উদ্দীপন বিভাবনি অদুগা ভুকচবা পোংশিং অদু ঊবদা ভুকচদুনা মনাতোম শুগৎপা মতিন শিংপা, মমায় লৈথোকপা

অসিনচিংবা হকচাংগী ভোংচান ভোংচানবা থৌওং কয়ামকম উবক্ই মহুবু বীভৎস রসকী অনুভাব কৌই। তুকচবা মত্রগা হঙ্গোইবনা বীভৎস রসকী স্থায়ি ভাবনি। তুকচকম ওইবা পোং থবা উবগা সুংদনী ভাব কয়ামকম উৎলি অমসুং অসিগুম্বা ভাবশিংদগী হকচাংদগী শাওং শাথেক কয়া থোরকপদি শোইদবান, অভিনেতাশিংনা মহুগী ভাবশিংহু সংসারগী ঘটনাগা চুনবশিংহু অভ্যাস তৌশিনবিনা অভিনয়গী থোইহি থাকপিংদি, অতোপ্পা অভিনেতা অমগী মতৌ তমগুনা অভিনয় উৎপা হা বসি থুদোংবি নংহাইনি, ভাবকা লোইননা বীভৎস রসকী অভিনয় উৎলবতদা প্রকৃত জ্ঞান তানশিনবা ওমগনি।

অদভুত রস:

অঙকপনা মশাবু সুংবংখিবা হায়রবসিমক অদভুত রসনি। থঙহোদনা অঙকপা থৌদোক অমা হেক উবদা মত্রগা নিংশিংবদা রস অসিগী মতৌ উৎলকই। অঙকপা থৌদোক্কা গুমংতুনা উৎথোরকলিবা ভাব মত্রগা কসিগুম্বা অঙকপা থৌদোক অমদি থৌওংশিংবু থম্মোইদা থল্লবগা অঙকপা ভাব অমা পোক্লকই, নাট্য শাস্ত্রদা মসিবু অদভুত রস হায়না কৌই। অঙকপনা অদভুত রসকী স্থায়ি ভাবনি। ওইথোক্কবা থবা উবদা, পুক্লিংদা অঙকপা ভাব অমা পোকপা অমুনা আলম্বন বিভাব কৌই, ওকনিংহাই ওইবা বিষয়গী মতিক মগুণ অমুনা মসিগী উদ্দীপন বিভাবনি, অমগা উদ্দীপনহু উবদা, তাবদা মিৎ কুপ্পুনা য়েংবা, য়ুম্বীগুম লেংদবা, ওকচানবা হমাং কাংবা মহু চুংবা মথোক

কাইবা ভকিং তকিং তৌবা চাগদৌনা য়েংবা, মমিং লাওথোকপা অসিমচিংবা অসিমা ব্যভিচারি ভাবনি। অসিগুম্বা ভাবশিং অসিদা তোংঙনা মতাং মতাং চাবদা অভিনয় তৌগদবা ওই। রস অসি উৎপদা মিংকী মতেং য়াম্না দরকার ওই। হায়বদি মিং অসি খঙলাওহেক লাওথোক্লগা রস অসিগী মশক তাকপদা য়াইনা থোকই।

**শান্তরস :**

অথোইবা তত্বজ্ঞানবু ফংহনা অহুঙুম্বা সংসারগী ওইবা ইয়ুম ইকৈ ইচা ইগুমচিংবা ঐগী হেক লৈরিবা পরিবার শাগে নাত্তেনা অস্তিমগী মতমদা করিন্নু ইত্তেং পাংবিরোই, লৈরিবা জীব পুম্নমক অমাংবা মাইবা মওংনি খন্দুনা শান্তি ভাব তপথবা বাথল। অমমা থম্মোইদুংদা মুংঙাইজবা ফংদুনা লৈথোকই। অহুঙুম্বা ভাবকী মাধুর্য্যমা পুক্নিংবু ধীরতা ওইজহনা তপথবদা মথংবা অহুবু শান্তরস হায়না কৌই। তপথবা চনিং তাবা হায়বসিমক্না শান্ত রসকী স্থায়ি ভাবনি। তত্বগী জ্ঞান পুম্নয় খঙলবা থোইদোক্না চনিং তারবা মী অথোইবশিংমা চনিং য়াম্না তাম্না লৈহনা মথম্মোয়বু কাক্তিন্দুনা মী অতৈদা মওগী পাওতাক পিদুনা চয়াংনরবা মী কয়াগী থম্মোইবু ইংথহনবা হায়বসিন্নু শান্তরসনি। শান্তরসকী মতৌ হায়বদি নাপল য়াওদবা, ঈশ্বর খাজবা. ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তা চংথোমবা হায়রিবশিং অসিনি। অসিগুম্বা শান্তরস অসিবু হৌজবী কাইদনা অভিনয় তৌরবদি থরদংদি মকম অহুদা শান্তিদা লৈবনু দরকারনি। অসিগুম্বা

জ্ঞান অসি তম্‌শিন্নবগীদমক সংসারগী তত্ত্বশিং কিম্বা দরকারদ্রি, মদুনা শান্তরসকী আলম্বন বিভাব কৌই ভগবত ভক্তি তোঞ্জদুনা তীর্থ তীর্থদা কোইনা চত্নবা সাধু সঙ্গ তৌবা মখোয় অসিনা উদ্দীপন বিভাবনি; অদুগা ভগবানগী আরাধানাদা লুপ্পনা লৈবা, থম্মোইগী ভাব অদুনা মতু চুংজবা, মপি তাবা অসিনচিংবা উরিবশিং অদুবু অনুভাব অদুগা নিংশিংবা, অচুম্বা থংবা, হরাওবা অসিনচিংবা অসিনা ব্যাভিচারী ভাবনি। জ্ঞান লৈরগা মিংচৎ ফংবগী রাথম্মা মাগী তৌরিবা পুম্নমক অমদা চরিত্র শুদ্ধিংমক ওইদবা মাগী চরিত্র অদুদা নিস্কাম ভাব মরৈ নিদবা) অদুদদা মরৈবা মাগী চরিত্রদুদা ঈশ্বর চিন্তা ওইবা বিষয় চাওহনবা উপদেশ অসিমক মফংবা, মদুবু শান্ত রসকী খোয়ম কৌই। শান্তরসকী চরিত্রদা নাপন হায়বসিনা শুকরাও য়াওবা য়াদে, ঈশ্বরবু থাজবা, ধর্ম্ম কর্ম্মগীদা মহোৎনবা, প্রমাণ অমা হায়রবদা শ্রীচৈতন্যদেব, বুদ্ধদেব, শ্রীশ্রীঠাকুর রামকৃষ্ণ অসিনচিংবা মধুর শান্ত রসকী চরিত্রনি, অসিগুম্বা চরিত্রগী অভিনয় তৌবা তায়বনি মশক মতৌদা কন্দুক কন্দ্রাকপননি ওইবা য়াদে; স্বাভাবিককু অচম্বা ওইদবা মশাগী মশক মতৌদসু অইংবা মীনা চরিত্র অসিগী পরিচয়বু উংকনি। নাপন অমদি লমহেন্নবগী শকক মাল্লবদি চরিত্র অসিগী মমি কাওবা তাবা ওমদে। চরিত্রগী অভিনয় অদুদা অসিগুম্বা দোষশিং অসি লৈরবদি, অভিনয়দা শান্তরস কোংদোকপা ওমদে, মতৌ মঙং থংদবা অভিনয় অমা মহুময়ম থোকনি। মরম অসিনা শান্ত

রসকী ভূমিকাদা কুমহৌগদবা মীশক্তি অয়াইবা নত্তে।

অমুম্বা রস মাপনগী চাওরাকপা শক্তক অসি নৈনবা লোইরে। হায়রিবা রসশিং অসিবু অমুকক্ত "মিশ্ররস" হায়রম্না রস অমা অনি পুনশিন্দুনা অভিনয়গী উৎপদা ওঠাইকদবা মতাং লাকই মহুদি অসিনি—

অাদি রসকা শান্তরসকা হায়বদি ভক্তি রসকা পুমা তিন-শিনবা য়াই। মহুদি "মীরাবাই" নাটকমক্তা লেংত্রবা খুদমনি। "নন্দলালাদা কৃষ্ণদা মীরানা হায়রি "হে নন্দলালা, ঐগী পুন্সি, যৌবন, রূপী ওইবীগী লৈজরিবা পুমমক নখোঙ খবালদা কৎচরে।"

মসিদা মীরানা কৃষ্ণগী মকমদা নুপী ওইবীগা রূপা ওইবগা লৈনবা প্রেমগা লোয়নবা ভক্তিগী শকপানবা শান্ত-রসকা তোঙাম্না উৎলি।

বীর করুন রস:—

বীর রসনে করুন রসনে মিশ্ররস ওইহনবা য়ারি। মহুদি—"বভ্রুবাহন" নাটকতা যজ্ঞগী শগোল ভাক্লবগী লাক্লিবা ভীমসেনা অর্জ্জুনদা হংলি—"কয়ামি কুইনা মীহাৎপগী যজ্ঞ অসি চগথিগনি অর্জ্জুন? মহুদা অর্জ্জুননা খুমখি—"অভিমন্যু, ইলাবন্ত, ইচা অনিগী অরা কোক্রিমথৈদি চথখিবা তারি দাদা য়াইমা।"

বার ভক্তি রস:—

বীর রসকা ভক্তি রসকা পুনশিন্না, উৎপা য়াই—পৌরানিক নাটক্তা পল্লবদা সুরেন্দ্রনাথ বন্দোপধ্যায়না ইবা "সরমা" নাটক্তা

রাবননা হায়রি— "হয়ে বিভিষন, লক্ষ্মী ওইরবযে সীতানা মশম লাকুনা চিংলকপনি ঐনা লক্ষ্মীবু।" মসিদা লক্ষ্মীবু ভক্তিগী বাকমদা ভাংঙনা মাগী বীরতাগী মতিক থোকপা ঙাংলি। অসুম্না বীর ভক্তি রসকী ভাব কয়া ঐথোয়না থন্দোকপা য়ারি।

আদি রস -রৌদ্র রস :—

রস অনি অসিসু তিন্নবা য়ারি মতৌদি — আদি রসকা বাসল্য রসকা অমত্তনি হায়না মথক্তা হায়জগ্রে। অদুনা মচাবু মীনা লাকচখিরগদা মচা নুংশিবদগী খন্থবা তৌদনা লম্মন থুন্নিংবনা ঙাওদুনা "কদায়দনো মহাক্তো" হায়না লাও-খোংদুনা লম্বন থুন্নবগী চেনখিবা অসিসু আদি-রৌদ্র রসমকনি।

রসকী শাজং মান্নবা :—

শান্ত রসকী শকলম অসিমক অপংবা অতনবনা ঙাংজি শকনিংদনা মতু ইপোন পোন্না লৈবদুগসু শান্ত রসকা মান্নে।

বীর রসকা রৌদ্র রসকা মতৌ মান্নে। রৌদ্রগী অশাওবগা বীরগী অশাওবগসু শকমদদি মান্নে। তৌথোরকপা থবকদি থেন্নবা। উৎলকপা অকন-অনিং শিংবা, "শিঙাঃ" লাওবদি থেন্নদবা মতৌদা লৈ।

অসুম্না ঐথোয়না রস কয়াগী শাজং শকথদা কুন্না য়েংশিন্নগা অভিনয়গী খোংচৎপু ভাব ভানা মুন্না য়েংশিনবা তাই।

অরোইবদা হায়জরিবদি "রস" হায়বসি মিৎনা ইকথেংনবা

উবদগী পোকপনি, থম্মোইদা হায়রা রসশিং য়োক্লুন। মৈরিবত থৌদোক বাথোক পোংশকশিংবু উরগা য়াকাইরকই। মরমদি জঙ্গলদা চৎপদা থংহৌদনা ক উবদা "ভয়ানিক রস" পোকই। হৌজিক্তা মমাগা মচাগা মাইয়োক্নহনা "বাসল্য রসতা বারী শাহনা মৈরিবৈদা লংকৈদা লাইংিক শুমহনা মৈথিবা মমাগী শিরে হায়বগী টেলিগ্রাম লাকপদা কপ্পী "করুন রস" পোকই। মতৌ অণ্ডয়া তুক্কচনিংতাই ওইবা পোংশক অমা উরগনু "বীভৎস রস" পোকই।

মতাং অসিদা কাব্য অমসুং নাট্য শাস্ত্রগী মরু ওইবা রস মাপনগী মরমদা শনলপ্পা নৈনবা লোইরে। অভিনয় কুমবিরিবা অভিনেতা অমসুং অভিনেত্রীশিংনা (লীলা মীশিংনা) রসকী মতাংদা নিংথিনা মৈনবিহনা অভিনয়গী হেন্না মপুং ফাহনবা শুমগনি।

---

বারেং অসি তাং ৭।৫।৭৩ হীং নিংথৌকাবা নুমিৎতা এক্স ষ্টুডিও (X studio) দা পাংথোকখিবা আর্টিস সেন্টরদা তাংপ্রবনি অমদি, সাউর্থন আর্টিসটিক এসোসিয়েসন, থৌবালনা ফোংবা চেক্ষোং "লিক্লা"দা ফোংদোকপ্রবনি।

---

বারেং অসি ইবদা মৈনখিবা লাইরিকশিং—

১। নাট্য তত্ত্ব মিমাংসা— সাধনকুমার ভট্টাচার্য্য
২। নাট্য অমসুং মঞ্চ— এন, ইবোবী সিংহ

(৩)

# মণিপুরী জাগোইদা মপানগী ইথিন

ঘরেং অসি তাং ২৭।১১।৭০ ইং, ইরাই নুমিংতা "মণিপুর মহায়োল সাহিত্য সভা" না ভিক্টোরিয়া ক্লব বাবুপাড়া, ইম্ফালদা পাংথোকখিবা চহিগী মীতিঙদা তাঃখিবনি। ঘরেং অসিমক "ঘাওন" চেকোংদা কোংদোকপ্রবনি।

অইবা—

"মণিপুর জগোইদা মপানগী ঈথিন" "মপান" হায়রবদি মৈতৈ জাতি মতুংবু লৌদ্ধবা তারে, ঈথিন হায়বসা করিগুম্বা তুরেলগী মতুংবা থোংগী ঈচেল অমা চুমথ্রিং চেল্লিবা অদুদা অভোম্না ঈথাই অমা কৈমা চেনশিন্নকলগা অমুক ঈথাই অত্তুনা মক্ল ওইনা চেনথিহুনা হান্নগী চুম্না চেল্লকলিবা ঈচেল অদুগী মহুংতা চেনবিখিবা অমা, অদুগা মীগী পুক্নিংগী তাবতা ঈথিন চংবহৌমদা হায়রগা কনাগুম্বা অমগী মতেং ওইনা লুপা চামা পিগে থল্লিদৌ কনাগুম্বা অমনা "কবিগী মাগীদমকপু লুপা চামা পাংকন থোকপা মরম চাদে, মাদি অদুগুম্বা মীওইনি" অমুম্না ঈথিন চংবদগী মিপা অদুগী পিংন্নিংদবা বাথলগী ঈচেল

অচুদা অহুম চেঙখিছুদা মীয়ুগী লুপা চানা মঙেং পাংগলবন্থ পাংহনদবা অসিনি "ঈথিন" হায়বা থাহৈনা ওনদি। অচুদি মৈতৈ জগোইদা কনানা করি ঈথিন চংশ্রবা হায়বস্থ থরমং পঙ-রককে। মণিপুরী জগোইবু মৈতৈ জগোই হায়না পঙগে মতাংসিদা।

—মৈতৈ জগোই হায়রগা হৌজিকী জগোই রাস হায়না থংনরিবা অসিদি ওইরমদে কাই হরাওবগী জগোই অসিনা ওইরম্মী, মৈতৈ হরাওবগী জগোইদি হরাও ওয়াম্বগী পংশা শাজিনবা জগোই মত্তে। আধ্যাত্মিক ওইবা ধর্ম্মগা মরি লিংথিনা লৈনরা পুন্সিগী অশেংবা মশক তাকপা জগোইনি। লাইবৌ জগোই হায়বা জগোই অসিদা তাইবং মী পোকপদগী মথরাই হাপ্লা, কি শাবা অসিনচিংবা ময়েক শেংনা উংলি। মাইবী জগোইদা কয়ম্না মালেম অসি শেম্মকপা হায়বনচিংবস্থ তাকই। জগোই অসি লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনা লিংথিনা কমদেং-হল্লগা শাবনি মথাংদা। অম্মুম্না মৈতৈ জগোইগী ঈচেল অসি কঞ্জন: চেল্লকপসিদা অহানবা ঈথিন চংথিবদি—

মৈদি ও, ভাগ্যচন্দ্রনা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোকপিরবদা ১৭৭৯ ইংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী অভিষেক ভোবগী উপলক্ষদা মৈতৈ জগোই কংপা তারে। মৈতৈ জগোইদি ঈশ্বরগা মার লৈনবা আধ্যাত্মিক ওইবা জগোইনিবা, উপাসক দেবতাগী মরমদা শক শোরিংওকপগী প্রভাব লাকলে মরম অদুনা রাধা কৃষ্ণগী মরিদা শাবা জগোই ওইবা তারে হায়বা "ঈথিন" চংলকনে।

ঊৰিন অনিদা মথম ওইদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী থংলাই হায়বগী মহুৎতা রাধা কৃষ্ণগী থৱাই লাইবা ঊৰিন অমসুং অচুদগী লাই হৌওবগী জগোইদি "জগোই রাস হায়বা ভাগবতে, শকপা ঈশৈ পুরাবক মৈতৈরোনা শকপা তোকচুদা মৈতৈগী সংস্কৃতি লোন্দা শকপা ভাগ্যে—শকম্রে। "লাইবৌ জগোইনা "ভঙ্গী পরেং" লোয়ন্দা ঊৰিন পিব্রে, প্রজাগী শক্তিগী মচৎয়োক্তা চংথরকলিবা থৱকলিবা লৈমা মিংথৌ তোংব্রে জগোই কংশী মণ্ডলদা জগোই থৌদ্রিওদা শকপা মিপা পালাগী ঈশৈ হনবনা মতোম ইথুংতো ঠৌরাম সাইবা হৰখি লৈমরি চংখিবনা মতোম ইথুংতো থৱসাইনা ১৮৫৭ পুং মৈয়ম্বা শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী খৌগমজবা ভাংথম ওইবা প্রধানন্দনা মৈখৈ। জগোই রাস অচুগী মকোক চিংবীনা শ্রীমতি মহারাণী হরিমতী অচুগা খৌরামী শাবীনা মঙ্গাইবৈম্বা বিম্বাবতী (লিংজেল লোইওইবী মি।) কৃষ্ণদি শ্রীশ্রীগোবিন্দ বিগ্রহনা, গোবিন্দ নির্পণ তৌবা মতমদা শ্রীমত রাধাদি নির্পণ তৌদে।

জগোই অসিগী পোৎলোই হায়বসিদু মাইমীগী লেখাদিবা ফিজেং অংদগী হোংদোকখিবা ঊথিমি—জগোই পোৎলোইগী খাওনদু মাইবীশু মওদি পুষ্পবাণা (পুষ্পাম) হায়রিবসি কামগী ভেন মওবু "পুষ্পবান" হায়না থংখি, মসি দুপীশিংগী মিংদু তোংলোই, কৈরু তাংলোই অসি অসিদু থংম্বংদি, মসি কুপশিনবা ফিজেং মথল অমখি, মসি মাইবীগী খাংদা চেংইনা "সরোংকী" হায়বদুমখাদি সরোং হায়বদু মিংদু তোংলোইগী কৈরু

জোংলোইবু মখাংনৈ। মাইবীগী থাংজেং অমত্তুবা ময়েক্তা পোং-পোংলোইগীনু থাংচেং নৈ। অসুম্না মাইবীগী ফিজেৎ চাকচা পুংমক হুম্না লৌহনা শেমথিবনি। "পোংলৌ" হায়বদগী পোংলোই হায়বসি লৌথিত্রা থনি। মসিমু ঈথিন মওং অমনি অসুম্না মৈতৈ জগোই য়াস হায়বা সভ্য জগংত্তা থংনয়ে।

অসিদা মত্তনা ঈথিন অতৈ অতৈ চংদবা মত্তে - হৌজিক্তি মৈতৈ জগোইবু জগোইয়াস হায়বসিনা থংনহনবিনা য়াসকী থিওরি পূম্মক হায়গী লাই হরাওবগী থিওরি — মৈতৈ, মোইরাং, চেংলৈ হরাওবগী থিওরি অহুগীনি হায়খিত্রে "অভিনয়দর্পন, সঙ্গীত রত্নকরনাচিংবা লাইরিকশিংলোমদগী লাকখিবা থিওরি-লোমদা চংশিনয়ে মসিনা হেন্না ঈথিন পিয়ে। লাইবোগী থুংথেক ৬৪ অসিগী মহত্তা অভিনয় দর্পনগী মুদ্রা ৬৪ য়োমদা চেন্নয়ে। মৈতৈগী লাই হরাওবগী টেক্লিক পূম্মক অসিগুম্বা অনৌবা প্রভাব অসিগী টেক্লিক্তা ওনথবয়ে। টেক্লিকতি হেন্না মরু ওইবা মত্তে, য়োকখংলিবা কলাগী ভাব অমমু মশক উৎনবগী পান্থ মসিনা ওইবত্তদি ভাব অহু অময়োমদা হেক থৈথখিবদা টেক্লিকমু অক্রম হোংবা য়াই।

অসিদমু মত্তনা অদোবা বাকম অমমা, জগোই য়াসকী নৈকর্ম (হৌকম) ওইরিবা মৈতৈ লাই হরাওবা অসিমু মহাদেবদা দুর্গানা কৃষ্ণগী জগোই য়াস য়েংথিংবদগী য়েংজগে হায়রুবদা শিবনা ত্রিগুলনা চিংহুংহত্তা ঈশিং চিংথরগা ঈশিং কংহনলগা মাইয়াম হৌহনা শাথিবা জগোইহুককি হায়মা, মৈতৈ লাই

হয়াঙবু নাকন অমদা চুমথুনা পুথিনবা ঈথিন অমসু পিয়কলি, মসিসু অয়াবমি প্রমাণ অসিমক মাকাস কুপ্তমদি হায়না লৌনিংঙকই।

অসিদা মতুনা, মৈতৈ জগোইদগী পোকখিবা মৈতৈগী মরল ওইরিবা জগোই য়াসতা. অতৈ হৌজিক ইংলিসকী এগ্রুকেসন কংলবী মপামগী কলাকায় কয়ানা চংশিনলক্লুনা, মপান্দা সমূত্র ঈয়াংমদা পুহনা মশাগী ওইবা কলাকারগী শকতম তাকচরি অহুগা লোইননা মখোয়না অখোবিটি ওইমনবা ঈথিন অমা তারকলি। অস্লম্না মৈতৈ জগোইদা মপামগী ঈথিন অমি কয়ামুক কল্লবগে হায়নবু "মৈতৈ জগোই" য়াম্না হৈবা কনানো হায়না তাকপগী মথুংদা "উদয় শঙ্কর" মি হায়না ফেমেরেল মোলেজ অমদা মমেক শেংনা ইরি। মসিমক অচৌবা ঈথিনগী মহৈ য়াবগ্রবমি, মৈতৈ জগোইবু মৈতৈ মচা অমথক্লা হেম্না হৈবমি হায়হনবা ওমখিদবনা? মসিমক্লা জাতিগী কলা কুষ্টিদা, খমি শামলকমিংঙাই ওইরি।

---

# "লাই হরাওবনা মৈতৈ জাতিবু মালেমদা মশক তাকপা"

থাইবংগী কলা পুম্নমক্কী মরিদা মৈনবা তায়বদি অহানব-মদি মতং চপ চানা লেপ্লা ওইদনা জ্ঞান তাদবা মওংদা লৈরম-লিবনি মীয়মথংদা জ্ঞান তানরকপনি বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা লাকহল্লকপনি, ভাবকী শকলোন তোংগান তোংগাননা পুথোক্ল-রকপনি। তশেংবদি কলা হায়বসিমক্কি ভাবতা যুক্ষম ওইরগা শেম্বা থম্মোইগী ইশদমখোয়গী কাইনথংদা লোকিক ন্যায়। মা খুদং ইনকুরকপনি। থিওরি, নিয়ম, টেক্নিক বিজ্ঞান হায়রিবা পুম্নমক অসি কোমগী বাফমনি। অদুগা টেক্নিক হায়বসে চুম্নগী কলা পুন্সিবু মাংদনবা থবদা শিজিন্নবা মতুমা থোইদোকতবনি মতাং মতাংদা টেক্নিকি হোংদোক হোংজিন তৌবা হায়বসে ওহাইকদে।

জগোই হায়বসি ললিত কলাগী মখুং চনবা কলানি। মৈতৈ জগোইগী আইডিয়া ফজেল্ল, ইরাং অমগী কামগী অথং তথেংবা জগোই নত্তে, ঈংনা লেপ্লা আধ্যাত্মিক ওইবা ভক্তি প্রেমগী লু-প্লবা জগোইদি ঈশ্বরগী মমাং মতুমা শাবা য়াহিক-তবনি। হায়রিবা মৈতৈ জগোই অসিগী থোইদোকপা মওং অমদা সাধারণগী মীওইগী পুন্সিগা য়ায়া নকশিনদনে, জগোই

অসিদা মীওইবনা পোল্লকপা, ফিরোল শান্না য়ুম-কৈ শাবা অসিমচিংবগী মওং মতৌবু খুৎথেক্নী লায়াং শিন পিদুনা তাকই, লায়না থংহল্লি, মরম অসিদগী ভারতকী মরাংনোংপোকা কাচিন্দা লৈবা মৈতৈ জগোইনা অনৌবা তোপ-তোপ্পা জগোইগী শকলোন অমদি জগোইগী পুন্সি অমা ওইনা থিংলকল্লি, হিংলি, হিংথিগনি।

মৈতৈ জগোই অসি পুন্সিগী অহেনবা শকক মতৌ, চপ চানা থবাইগী শকম ওইনা মীওইবগী পুন্সিগী শকলোন খুদংদা অর্থ থোকহনবা অতগুম্বা ফিভমদা লৈবনি। অমুক্তা খন্নবদা হায়রনিংবদি - মীওইবগী চাওখৎলকপগী মাইকৈ খুদিংদা জগোইগী মতেং চঙদবা মতৌ হায়বসিনি, মসিনা হকচাংগী শাওং শাদা কল্লহল্লি, অহৗগা লোইনমা কল্পনাগী জগৎপুম্ব মকা লান্না পাকথোক চাওথোকহল্লি, বুদ্ধি লৌশিং চাং হেমগৎহল্লি। শন্না হায়রবদা ফজবা হায়বহুবু থম্মোইনা লৌশিনবদা মতেং পাংভি ঐথোয়গী থম্মোইগী শক্তিবু ফোংদোকপনি। মৈতৈ জগোইনা লাইরিক হৈবা অমদি লাইরিক হৈতবা মীওই খুদিংমক্তা ভক্তিগী অঙ্গ খুদিংমক মিকপ থোকহল্লি। মরম অসিনা মণিপুরদা শ্রীরাধা কৃষ্ণদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাবা জগোই রাস হায়বসি লৈত্রিতৈদা মৈতৈগী আধ্যাত্মিক ভত্ত্ব বাংঙম্মী হায়বা ত.কই। মতাং অসিদা মৈতৈগী উমং লাই হরাওবগী ভাব অমদি শকলোন অহ শমতক্তা লৌখৎচরগে,— উমং লাই হরাওবগী লাইবো জগোই অসি অরাহমলোই থোক্কা শাবল্লি মহৗদি—

১। চফু জগোই
২। লাইগুক জগোই
৩। অশাংবী জগোই
৪। লাইচিং জগোই
৫। হুকচাং শাবা জগোই
৬। যুমশা চংবা জগোই
৭। পামহাই জগোই
৮। পাত্তোন জগোই
৯। চোইথোঙ জগোই
১০। ফিবুন জগোই
১১। লৈতাই জগোই
১২। থাঙহাই জগোই
১৩। ফিরাল জগোই অসিনি।

লাই হরাওবগী লাইরোই মুমিত্তা ঔগ্রি হজেল শকই। মসিগী মরমদা — শকাব্দ ৯৯৬ (১০৭৪ ইং দগী শকাব্দ ১০৪৪ (১১২২ ইং) ফাওবা পাল্লবা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা না হাকী রাজকমযু চৈথারোল কুম্পাবগী লামায় ৫ দা অস্তুম্মা ইরি —

"— অহুগী মথৈ ঔগ্রি শকপা হোএ। মহাক লক্তা যুম্নাক পুম্নমক মশিল তৌহল্লমএ। লোইয়ুম্বা চহি ৪৮ পাল্লমএ।" রাজকম অসিগীদি পাথংবগী ফুথুপ্তা মাইবম্বা নিংথম শর্মাজম চিন্দ্রনা ঔগ্রি চোংবগী রাজমনি, মসিগী মমাংদগী হায়রা ঔগ্রি হজেল জগোইদি অহুম লৈরক্লবনি।

হায়ব্রিবা উমংলাই হরাওবগী জগোই তাঙ্কক ১৩ অসি মালেম তাইবং পানবশি কয়া শেম্বকপগে অমস্নং মীওইবনা পোক্লগা করমা হিংচুমা পানবা হায়বগী মরমদা মিংথিনা থুংথেক শাথেকী মতেংনা তাক্লবা জগোইনি।

অমুম্না মৈতৈগী অঙনবা যুগতগী মৈতৈগী উমং লাই হরাওবদা শারিবা জগোই অসি শক্তম অমত্তদা অমুম লাকপদগী শকাব্দ ১৬৮৫ দগী শকাব্দ ১৭২০ ( ১৭৬৩ . ১৭৯৮ ইং ) কাওবা মণিপুরদা পানথিবা রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা ইং কুমজা ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ একাদশীদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিপ'ন তৌরবদা নুমিৎ মঙানি চুপ্না জগোই রাস কৎখি। কংথ্রিবা জগোই রাস অ.দা মৈতৈ উমং লাই হরাওবগী শিমদগী, জগোইদগী মওং অমদি টেক্নিকতগী শেমথিবনি।

মৈতৈগী উমংলাই হরাওবগী জগোইদগী করম্না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী জগোই র'স শেমথিবনো হায়বগী মরমদা তেমন্তক্না লৌথংচগে। মৈতৈগী জগোইদি লাৎচরিবা ঈশ্বরগী মমাংদদা শাবা জগোইমি হায়না মথক্তা পঙ্গে, রাজর্ষি শ্রীভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলবা অমদি শ্রীশ্রীগোবিন্দ উপাসক দেবতা ওইরে, অহুনা মৈতৈগী হায়গী চংনবী উপাসক দেবতাগী মমাংদা জগোই কংনিংলবদা হায়গী লাই হরাওবগী জগোই মওংদা; থিমদা কৎপদি চুন-চারজবনা, মাগী মন্ত্রী কাংথু মচিন তোংবশিংগা মুন্না তান্নথি নৈনথি, তারবা অহুদা য়াওথিবা মীওইশিংদি

১। সিদ্ধান্ত বাচস্পতি ভাস্কর শর্ম্মা
২। শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর
৩। শ্রীস্বরূপানন্দ ঠাকুর
৪। শ্রীঅংপ্রানন্দ
৫। শ্রীরত্নকুমার গৌরশ্যাম শর্ম্মা
৬। খুমোং চন্দ্রমনি
৭। কবো খুংখাংবা। মখোয় অসিনি, মখোয়না মখাগী অন্য়ম্না লেপ্লখি —

মৈতৈগী হায়গী নৈরম্বা লাইনিংগী ভাবস্থ মোংপোক নিংথৌ পাম্মোইবা অনিগী ভাবনি হায়বদি পাম্মোইবাসি থাবা শোকচেংবগী মচা ভরং খোইমুচাগী মকমদা লুহোংদুনা থাজকবদগী খা'বগী মমৌ ওইপ্রবনি, অদুবু মোংপোক নিংথৌগা মাগা মমুংদা অচেৎপা প্রেমগী মরি লৈমৈ। প্রেম অদুগী-দমকতা প'ম্মোইবীনা কি শাবা, লোং-খোমবা অসিনচিংবা চৎপা, মোংপোকস্থ তাংখুল শারুম প্যুখুং শ্রাহুনা লাকপা অসিনচিংবা তৌই। অদুগুম্বদুনা শ্রীমতি রাধাবস্থ আয়ণদা মুহোংদুনা থাজপ্রবনি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগা মমুংদা অচেৎপা প্রেম থমখি, মদুগী-দমক শ্রীমতিগী সূর্য্য পূজা, শঙ্গোম য়োমবা অসিনচিংবা চৎলি। অসুম্না ভাবনা মান্নবা অসিদা য়ুমকম ওইদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শামরিবা রাসলিলাবু নো পোকা পাম্মোইবীগা শামবিবা লিলাদা য়ুমকম ওইদুনা মৈতৈগী উমং লাই হরাওবগী জগোইগী শেশক শাখেল, খোংলোন, খুৎলোন্দা শেন্নগা শ্রীশ্রীরাধা-কৃষ্ণগী অগ্রদা রাস কংলুসি হায়না বাৱেপ লৌখি।

অমুপ্পা মামবা অসিদগী কৃষ্ণ অভিসার মোংপোক নিংথৌবা তাংখুল শারম পাখং শাচ্চবা লাকপগা পাংথকনি, শ্রীরাধাগী অভিসার পাম্মোইবীবা লোংথোনবা থোরকপগা পান্দমনি। অমুপ্পা মামবা মওংদগী লৌশিন্নকপ মৈতৈ উমং লাই হরাওবগী মওং মতৌ পুন্নমক জগোই রাসতা পুশিন্নি— ভঙ্গী অচৌবা, বৃন্দাবন পরেং, খুরুম্বা পরেং, চপ্পা মৈতৈ উমং লাই হরাওবগী জগোই খুৎথেক কয়াদগী লৌথোকপনি, খুদম ওইবা পল্লবদা—
(ক) মাইবীগী লাইচিং জগোই খুৎথেক ১১।
(খ) লাইবৌ জগোই চকচাং শাবা জগোই খুৎথেক৬৪ (হুক্ষু মরি)
(গ) য়ুমশারোল জগোই খুৎথেক ১৯।
(ঘ) পামহাই জগোই খুৎথেক ৩৯।

মথক্কী মৈতৈ উমং লাই হরাওবগী লৈজরম্বা ভাব টেক্নিক, জগোই মশাদগী শেমখিবা জগোই রাস অসিগী ফিজেং চাকচাগী মাইকৈদসু অচুমডাই, রাসকী গোপ গোপীশিংগী মতৌদা শাবা জগোই ওইরবদি ছাড়ী শেৎভুনা শাগদবনি অচুম্ব মহুদি মডুমে, মাইবীগী ফিজেং মওংদগী তশেংনা লৌরবনি, জগোইগী পোৎ-লোইদা য়েংশিনবদা উরিবা কুমিন, পুস্পবাম, থ্বাংলাক, মাইখুম, থবাক য়েং পুন্নমক মাইবীগী কনেক, থ্বাংগী শরোংকি, থবাকয়েং মকোক খুমলিবা পুন্নমকা কয়িমতা থেন্নদবনি। কৃষ্ণগীসু অচু মডাই মৈতৈগী শ্রীকৃষ্ণগী নটবর বেশকা অসোমগী নটবর বেশকা মওং মতৌ শুকমান মান্নদে পুৎতোপ তোপ্পী, তোপ তোপ্পা মৈতৈভগী ওইবা আর্টকী টেক্নিকনি।

হৌজিক্কি অমুক পুন্নপ পুন্না জগোই রাসকী শক্তমবু য়েংবদা উবদি :—

(ক) শৈহেক শৈদা মৈতৈগীনি।

(খ) পুথোকলিবা ভাব মৈতৈদসু লৈরম্মী।

(গ) শাগ্রিবা জগোই মওং লাই হরাওবসি ইহান হানবদা লাইয়াম্না নোংপোকপু লাইগী নিংথৌ সোরারেন হাপ্না মতমদা লাইয়াম্না শাখিবা জগোইনি, মহুগী মতৌ তমহুনা মৈতৈ লৈপাক্তা খৃঃ মমাং শতাব্দী ৪ দগী লৈরক্লবনি।

(ঘ) ফিজেৎ লৈজেং, মৈতৈগী মাইবীগী ফিজেৎ লৈতেংদগী লৌথনা শেমখিবনি— অহুনা পোৎলোমগী পোৎলোই হায়খিবরা হায়না থাজে।

মথক্তসু পঞ্চপ্রে মহুদি টেক্নিক হায়বসে কলাগী পুন্সিবু মাংদনবা থম্বদা শিজিন্নবনি হায়না অহুমা মরম ওইহনা হানগী মৈতৈগী উমংলাই হরাওবগী টেক্নিক অহুবু অনৌবা টেক্নিকতা পুথোক্লুনা রাস মাওল শেমহুনা, ফিজেৎ চাকচা পুন্নমক অনৌবা মওং মতৌ ওইহন্দুনা "মৈতৈগী জগোই রাস" হায়না ভারতকী অথনবা জগোইশিংগী মনুংদা ফিদা কংলি, মহুদি—Indian School of dance তা মরু ওইবা জগোই মথাখক লৈ—

১। ভারত নাট্যম।

২। কথা কলি।

৩। মণিপুরী ( মৈতৈ জগোই )।

৪। ওদিসি অমস্নং

৫। কথক। মন্তা অসিদি।

অহুবু অরাবদি হায়রিবা জগোইশিং অসিগী অকাওবা মীশকশিংগী মমিং পল্লকপদা মণিপুরী মৈতৈ জগোই) দা মৈতৈ মচাগী মমিং পনদে. উদয় শঙ্কর, রিতা দেবী অমুমা General Knowedge Current affairs, In'erview and Who's Who নচিংবদা ইরি। ফিভমসিদা মৈতৈ মচাবা শরুক যাড্রিবগী মরমদা মিংয়েং চংবা দরকার লৈরিবরা খন্দবা ওমদে।

ওসিগী মালেমদা মৈতৈ উমং লাই হরাওবদগী শেমজিনবা জগোই রাস অসি ভারতকী অকাওবা জগোইশিংগী মনুং চনবদা নত্তবা Over sea যৌগ্রবনি। আমেরিকা ইংলণ্ড, আফ্রিকা, রশিয়া, জপানচিংবা অচৌ অচৌবা লৈপাক্তা ওরা য়েংনথ্রবা অমদি থাগৎনগ্রবনি। হায়রিবা জগোই অসিমক্তা মৈতৈ জাতিগু মালেমদা মশক তাকগ্রবনি। যৌথিক হৌড্রিকী ওইনা মৈতৈ জগোইনা, মশক মচু খোল্লা কলাগী সংসার অসিদা মমার পাক্লা মালেমগী মকম অমদগী মকম অমদা চংলি অচৌবা সন্মান কংলি। মালেমগী তোঙান তোঙানবা মকমদা চৎলুবশিংগী মমিং পনবা তারবদি—

১। শ্রীতরুনকুমার,

২। শ্রীরাজকুমার প্রিয়োগোপাস্না, Principal, J.N M.D.A,

৩। শ্রীরাজকুমার সিংহজিৎ, Director Triveni Belle Unit, Triveni Kala Sangam.

মণিপুর জগোই মরুপকী মেম্বর ওইরিবী:—

৪। কুমারী সবিতা মেহতা, Dance Artist, Scholar.

৫। ঝাবেরি মচিম মনাওশিং,

৬। চারু মাথুর Dance Artist Triveni Kala Sangam অসিমচিংবনি

হায়রিবা মৈতৈ জগোইবু ভগ্নীনবা মৈতৈ মচা কয়াবু ভারতকী মকম কয়াদা লুমা চান্না থমলি। মখোয়শিং দি—

১। রাজকুমার সিংহজিৎ, Director ওইরি Triveni Kala Sangam Unit তা।

২। শ্রীকে, অমুবী সিংহ, শান্তিনিকেতনগী জগোইগী গুরুনি।

৩। শ্রীটি, মদিয়া সিংহ, রবিন্দ্র ভারতীগী জগোইগী গুরুনি।

মৈতৈগী উমং লাই হরাওবদগী শেমখিবা জগোই রাসকী মশক মতৌ চীংলেম্বা শাথেকপু উবদা তাওখ্রবা, তাওখ্রবী কয়াদা মশা মশাগী মরম মথুম মপুন্সি কথোকভুনা মৈত্রবাকী ওজা গুরুশিংগী মকমদা জগোই অসিবু ভমপদবগী মখোয়গী কোন্নুংগুম পালিব বৈভব থামোক্লুনা লৈনখ্রবনি। মখোয়গী মমিং পনবদা মতিক চাই—

১। নয়না ঝাবেরী মচিম মনাওশিং।

২। কুমারী সবিতা মেহতা

৩। আমেরিকাদগী লাকখিবা মেম নুপী জোন কুক মণিপুরদা থবাল হায়না থংনখিবা, মহাকমক্তি মৈতৈগী ষ্টাইল অসি পামজনরক্লুনা থবাল মচুগী রুবেক ময়েক মাইবকাও শেংভুনা মৈত্রবাকা লৈখিবনি।

হায়রিবা উমংলাই হরাওবদগী পোকখিবা জগোই রাসকী অভিনয়বু লৈপাক লৈপাকী মীওইনা থাগৎনরকখি, থাগৎ রাইহং- শিংছনা মখোয়গী খংলোইদা থুমজিনবা অপেনবা, পেক্তবগী লুতোন শাগৎপ্রবা মপাঙ চাঙ্গনি। মখোয় মরামহুগী মরক্তী অমা অমিদং লৌখৎলবদা বিশ্ব কবি রবি ঠাকুরনা হায়খি—

"Found dignity in Balinese and Javanese movements and believed significantly that it was gradually in India. In a land like Manipur where the kings and the queens compate with the common persons for participating in the dances, it is no wonder that underlying artistic princple of its dance should be dignity and restraint,

ইজরাইলগী Writer Deborah Bertonoff না মৈতৈ জগোইবু উরুবদা অস্নুমা থাগৎখিবনি।

"The traditional dance in Manipur is not an entertainment, nore a decoration or his periphery of life. Dance is faith, self education, self discipline. It is the fulfillment of ones duty to know the self, the highest command of Art:

সঙ্গীত শাস্ত্রদা মশিং চৎলবা বাংলাগী খগেন্দ্র নাথ মিত্রনা মৈতৈগী সঙ্গীত কলাগী মগুণ অমদি তোপ তোপ্পা শৈরেং শৈদাবু উবদা অনুমা মাগী কীর্তন লামায় (২৪) দা অস্নুমা থাগৎলি —

"মৈতৈনা গৌড়িয়া ধর্ম্মদা দিক্ষা তৌরবদা পুখোরকপা সঙ্কীর্ত্তনগী মওং মতৌ পুম্নমক অসি গৌরীয় সম্প্রাদায় অমদি অতৈ অতোপ্পা ভারতকী সম্প্রাদায় অতৈদগী ল্পোবা অমত্তা য়াওদে. সুপ্নগী মৈতৈনা মহৌশানা তৌরক্লবা ওাক্তনি।"

উমং লাই হরাওবদগী পোক্লকপা রাসলীলানা মালেমদা মৈতৈবু মশক তাকপসিদগী ঐখোয়না পান্দম লাকপা য়াবা য়াহৈ অমনা, ওসিগী মালেমনা মৈতৈ জাতিবু উম দা লৈবা ( জঙ্গলী ) হায়রিংলমগনি হিংতি অহবু উমংলাই হরাওবা অমদি মতোন্দগী পোকখিবা জগোই রাসনা মৈতৈসি উমংদগী লাইমকনি হায়নকম খোকনি।

অসিগুম্বা তাপ্পা অসিদা য়াকয় অমত্তংদি পঞ্জিনিংই, মহৃদি ধরনি সংহিতাদগী লোথোকপা য়াকম— দুর্গাদেবীনা দ্বাপর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা শায়খিবা জগোই রাস উজনিংবদগী মহাদেবদা হায়জহনা মহাদেবনা মণিপুরদা লাক্লগা চীংসুংহ তা ত্রিসুলনা থিনগাইহনা মণিপুর তম্পাক্তা ভুংলম্বা ঈশিং চিংহ্নগা "লাইয়ামগা লোইননা জগোই রাস শায়খি মহৃবু উম-লাই হরাওবা কৌই" হায়বা য়াকম অসিনি। মহৃগী মাতৈ চায়বা শেমজিনবা ঈশৈশিবু লোইনা হরাওবা লৈত্রা? লৈবনি ··। লৈরবদি করিনো? শ্রীরাধা কৃষ্ণগী জগোই রাসনি—। রাস অমদা আমহৃনা মণিপুরক্তুনা ইতান তাম্না থাউমৈগুম থানখি, মহৃদগী মণিপুর কৌখিবনি——। অসিগুম্বা থক খা ওয়বা য়ায়ী শিংবুন অসি অরাবনি, থাজবদা কোক চিকপা অন্ধবিশ্বাস

ওইবা রাকমনি। অসিগুম্বা লাইরিক লাইওগী অমদি রারী শিংবুনগী মচাক মগুমসিনা মৈতৈগী কাল্পনিক জগৎ অমদি কলাগী সংসারদা মোং মংহনবা নত্তনা করিস্নু নত্তে। সাইন্টিফিক ওইদবা রাকম অদিদা থোমোপোলি লৌনিংঙকপা মীওই থবনা ত.মিং ভামাং ওনবা রাকম্না মৈতৈ জাতিগী কলা কৃষ্টিদা শুদং·চৈথং· পিরকলোই হায়রিবংঙাই করি লৈবা।

মাগী মীগী জাতিগী ওইবা সভ্যতা কলা কৃষ্টিবু অশেংবা শক্তম, অচুম্বা মতৌবু মহৈ মহৈ পুথোক্নুনা উৎথোক্লকপগী মতাংদা মৈতৈ জাতিগীশু পুথোকলুবদা মশক শেংনা পুথোকনিংবগী ঈথিল্দা Manipur Dance Seminar অমা ১৯৭১ ইংগী October থাগী তাং ২৪ দগী তাং ৩০ ফাওবা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা শিন্দুনা নুমিং ৬ নি চুপ্পা পাংথোকখি— রায়েপ কয়ামুক তাকখি মহুগী মমুংদা রাস· লীলাগী মতাংদা য়ানখিবা রায়েপতি মখাগী অসিনি—

"রাস লীলাগী হৌরকপগী রাকমদা লাই হরাওবদগী চথরকলিবা বিকাশকী মশক খিজিনবদা চিথহৌবা ওখা গুরু কয়াবুস্নু পুথোকপা চুম্মী হায়না সভানা মত কোংদোকখি। অগোই থুংথেক শাথেক্তা মায়বা নকশিনবা কয়া ডিমোষ্ট্রেসন তৌবদা সভানা য়ানিংবা উখি।

অগোইগা নকশিনবা মুদ্রাগী (ওস্নাশিংগী রাহৈদা হস্তক) মতাংদা নৌহৌনা মৈনখি। মৈতৈ অগোইদা মুদ্রাগী মাইকৈদগী পংথি থিজিন্না মীগী শাস্ত্রগা মাল্লগা মান্নবা হোৎনবগী মাইকৈদা পংচং চংশিনবা চুমদে হায়না মত কোংদোকখি -।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা ঐগী মত ওইনা হায়জবিংবা হায়কদি. অসিগুম্বা মৈতৈগী হায়গী ইপা ইপুদগী লাকলিবা সঙ্গীত কলাগী যুমকম হায়বদি উমং লাই হরাওবদগী শেমখিবা জগোই রাস অমদি মসিদা শকলিবা ঈশৈগী শৈহেক শৈদাবু বিদেশীগী সঙ্গীত শাস্ত্রদগী লৌবনি হায়বিংবদগী খোরজুমা. মৈতৈগী চৎনবকলিবা শৈহেক শৈদাগা মরি কদায়দা লৈয়িবগে হায়বহ্ রেংনিংলকই।

থাইনগী ওয়াশিংনা তোরম্বীবা কালা কীর্ত্তনদগী লৌখোকপা বাংলালোনগী ঈশৈ ময়েকপু শকপা মতমদা বাংলা কীর্ত্তনগী শৈদাদা শকলমদে মহুদি, মথাদা থিৎয়েং তাবিয়ু :—

"চেক্লা পাইপ্রবনা শোম্বী হজিনলকপদা চেক্লাগী কাই-দৌংকম থওদবমা পোম্বী কণ্ডাওনরেদো।"

"ইন্দিবর ফুলজিনি কনুর কুসুমাবলী
শ্যাম নব জল ধর নটবর বেশ।"

"হো হোই হাঃ হাঃ হাঃ হো হোই হাঃ হাঃ হাঃ
হেরি লো হেরিলা··· ···· ··· ··· ···· ।

"জয় জগদীশ হরে
আই — জয় জগদীশ হরে···· ···· ··· ।

ঈশৈগী শৈহেক শৈদাদসু অহ্ মঙাই রাস হোৎদগী ( শৈহৌ ডংবা ) মত্তাংদসু মৈতৈগী থিজিন্নগা চায়ত্রা মেৎহনবিংতি, সুর্ মন্দগী মত্তাংদা মৈতৈগী— হেপজি পাখোং, শিকুপলোম্

লৈথরোল লৈশরোল, কালেন লৈশক্তিং, পাম্বোইবী লৈশরোল, হেপলি থাংবৈ, অদুং লৈশকা মরি লৈনবা করিবো থিরগা হোৎজিক লৈরিবা মীরৈবাক্কী ধনশ্রী, তুরী মল্লারনচিংবা মশিংদগী হোং-দোক্কুনা শিনজিনবা মতম চারে খল্লি।

মৈতৈগী উমং লাই হরাওবদগী লৌখাকপা অগোই রাসকী মোং হাদবা, খেংঅদবা মতৌ আইডিয়াবু অস্থুমা চাংদম্নবদি য়েংবিয়ু পক্কবরা হায়না—

“রাসাগ্রস্যস্তত্ত্ব মবধুত বিচেরীতং
যুগ মাত্রে ক্ষিত গতি জ্ঞানমুদ্রা প্রদর্শনম।”
(ভক্তিরাসামৃত সিন্ধু)

চিনন ঈশৈ শকই, খোঙদা তাল থমগনি, মাতোম মাকটি ওইরপ উমা খুৎকা মিৎ থমগনি। খুৎতা মিৎকা থামদে, খুৎ-মা-বা নেত্রা মতুং ইন্না মিৎকা লোইননা ওক য়াওগনি। অস্থুমা মৈতৈগী মীংগা মাতৈ চাম্নবদি খিদনা মীরৈবাকী শাস্ত্রশিংগা মাতৈ চান চানবা মম্নাম শিগংতুমা মৈতৈগী উমং লাই হরাও-বদগী পোকখিবা মৈতৈদগী টেকনিক মৈতৈদগী আইডিয়া, মৈতৈ দগী বিমবু মশক মচু ওম্নবা লাওরিবসিগী তেকচাক লাক্লোই হায়বিংডাই লৈতে, অদুগা লোইননা মৈতৈ কলাগী অগংতা মকু চংলকনি খল্লে।

ফিভম অসিগা চাননা রাকম খরা পনবা তাম্নবদি France কী অকাওবা writer Albert Camus না হায়খিবা রাকম অং পনমিংডি মামা হায়বি—

"Some where the true work of art is the one which says the least, I wonder it applies more correctly to this particular tradition which is noted for its restrains and dignity in common with tradition of Eastern Countries like Japan and Indonesia."

অসিদসু নত্তনা জগোই রাস কংপদা হেনজিন্না ইজ্জৎ তাম্নমিবনিবু হায়গঞ্জা তৌবা ওম্বা মতিকপু উৎনবমিবু হায়গঞ্জা চুম্নগী মৈতৈদা হায়দগী চংনরকলবা ফি·রোল থাবদগী হেন্দোক-চুনা মোট পরেং লেংচনা কৃষ্ণ শাবা থৌরাগী শাবী, মকোক-চিংবী, চামর চ্ষীনচিংবদা থাবগী মঙং অসে ইকোং ফোংনা কলাগী জগৎতা Corruption তৌরকপনি অমসুং পরম্পারাগী চংনবিদা শীংনবনি হায়না লৌজনিংঙি— ফিভম অসিদসু Yehudi Menuhin না হায়খিবা বাকয় অদু লৌথংনিংঙি; মহাক্না হায়খি;—

"Open to Corruption." This is particularly true of Manipuri dance also it is reflected in Various performances on the stage in the Temples."

অরোইবদা হায়রগনিংবদি, অসিগুম্বা মৈতৈ জাতিগী সভ্যতা, সংস্কৃতি, সমাজগী মশক-খুৎশা হৈবগী মশক তাকলিবা ইমং লাই হরাওবা হায়বসিবু, মপূং মরৈ ফাবগী মথক্তা ফামনবা, ফজবগী মথক্তা ফজনবা হোৎনবা চুম্মী। হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী রাজ শক্তিবু লৌথোকখিবগা লোইনমা মৈতৈগী কল্চর অমদি ট্রেডিসনবু মাংদনা থম্বা মাইকৈদা লৈপাক্কী ইবুংঙো ইবেম্মাশিংনা থবাই য়াওনা হোৎনবিয়ু হায়বসিনি।

---

বারেং অসি "মৈতৈ লৈমা" চেকোংদা হায়না কোংদোকখ্রবনি।

(৫)

# “লোল অমসুং সাহিত্য”

হৌজিকী অনৌবা যুগকী মাওল অসিদা ঙিরম খুদিংদা সাইনটিফিক ওইবা এপ্রোচ অমদা মতুংবদি চুমরকতবা ওইবা তৌরে, অদুগা তথং (ফেক্ট) খুদিংমক্তা সাইনটিফিক ওইবা মওংদা পুখোক্লবা লাক্লে। অদুনা লোল হায়বসিসু বিজ্ঞানিক ওইবা মিংয়েংদা য়েংনরকলি য়েংনফমসু থোকপনি।

মীওইবসি সমাজদা হিংবনি অদুনা সমাজদা লৈবা হায়বসিদা অমগা অমগা তাংন-খোংনবা তামবা, অসিনচিংবা পুক্রিংগী চয়োম থোকমিনবা তারকই অদুগীদমক ঐখোয়না লোল হায়বসি ওঠাই করক্লে। মতাং অসিদা ঐখোয়না বাকম অমা হংনিংলবই, লোল হায়বসি করম্না পোক্লকলিবনো? মসিগী বাহং অসিগী পাওখুমগীদমক আঃ থাইন-মমাংবৈদগী খুমবা লাক্লরকলিবদি অদুবু মসিগী পাওখুম অসি ভাষা বিজ্ঞান হৈরবশিংনা হায়রিবনা, পাওখুমসি ভাষা বিজ্ঞানগী মাইকৈদগী থুমগদবা নত্তে। করিগুম্বনা মসি মানব বিজ্ঞানদগী খুমগদবনি নিংই। ১৮৬৬ ইংদা প্যারিসতা লা সোসাইটি ডি লিংগুইসটিক ভাষা বিজ্ঞান পরিষদ লিংখৎতুনা লৈরবি, অদুদু মতিক চাবা কলদি তাখিদে। চাওরাকপা তাব থরদি থোক্লখি। মদুদি:—

১। খোঙ্গোকপী তম্বা।
২। মতৌ তম্বদগী ওইবা।
৩। উবদগী মওং লাকপা।

অসিদা মতেনা ইঙ্গিত ইন্সট্ট্যুএল থিওরী টা, টা, টু টু থিওরী মীওইবনা য়েংলে়ৈদগী থবক থানা শুবদা লাওবদগী লাকপা খোঙ্গোকশিং সোক্ত থিওরি মসি অদিম মরাবনা পুথোরকই লৌনৈ. গার্বন, স্পেন্সরনচিংবনস্ম মসিবু শোগংলি মসিবু ব, ব থিওরী হায়রম্ লৌনৈ মসি হৈদসনগী মতম্‌লি। মসিদগী চাওথংলকপনা কনটেক্ট থিওরী. ইমোশনেল কনটেক্ট, ইন্টিলেকচুয়েল কনটেক্টনচিংবা কাওবা লোলগী থবক লাকই।

ইটিমোলোজি —

ব্যুৎপত্তি ইটিমোলোজি. ব্যুৎপত্তি শাস্ত্র হায়বসি শব্দ বিজ্ঞানগী অথোইবা অঙ্গনি, মসিদা ধ্বনি বিজ্ঞান শব্দ বিজ্ঞান, অর্থ বিজ্ঞান পুম্নমক য়াওরি. মসি য়েংহুনা করিকরিগুম্বা শব্দ অমগী মরি-মথোং, হৌকম থিগদবনি। মসিবু ইংরেজী লোলদা ইটিমোলোজি হায়না কৌই। মসি য়ুনানবনি শব্দনি "ইটিমোলোজী" হায়না দর্শনগী শাংবনি (মশানি)। ভারতকী ওইনা মসিবু নিরুক্ত শাস্ত্র হায়না দর্শন তৌরকী ইবনি। মহাক্না নিরুক্তদা শব্দ ১২৬৮ গী হৌকম শাংকমগী মরমদা নৈনৈ, মদুদা ১২৩ দগী তাদনা বৈজ্ঞানিক ওইবা থাকম পিরি। করি অমুক হায়রসিগে য়াম্লনা ঋগ বেদগী লাই— ইন্দ্র বারুন, অগ্নিনচিংবা দেবতাশিংগী হৌকম ভাকলি। প্লেটোগী মতমদগী

অচুদগী খর ওনখংপা মতমদা মুমানদা দর্শনগী মশা অমা ওইনা নসিগী শাস্ত্রসিগী তন্নবসি চংনরম্মী।

ময়াই ওইবা যুগতগী অসুম অসুম মীওইবনা লৈপাক লৈপাক্কী লোলগী মওং মতৌ পুম্বা শকখং মায়খংনরক্কুনা তাইবং অসিগী লোল অয়াম্বগী হৌরকফম, অথ অমদি খোঙ্খোক্কী মাইকৈদা য়েং য়েংহনা খোমজিম্মরকপনি। খুদম ওইনা ইংরেজী মাহৈ "নিয়ার" হায়বদি অর্থদি "নাক্কা" হায়বসিগী ভোজপুরী লোলগী "নীঅর" হায়বসিগা অমত্তুনি। অসুম্বা প্রাচিন যুগতগী মীওইবনা শব্দ অমগা অমগা নাতৈ থিনহনা লোল মখং মখং শব্দোকপগী খোরাং লাকই। খুদমওইনা হিব্রুদগী ইংরেজী, মত্রগা হিব্রুদগী গ্রীক অসুম্না মরি লৈনখি।

লিংগুইস্টিক জিওগ্রাফি (ভাষা ভুগোল)

ভৌগলিক অবস্থাগী মতু ইন্না লমদম লমদম অদুগী খোইদোকপা মিংয়েৎদগী করিগুম্বা লোন্দ-পুদাদা তমদবা শুকয়া য়াদবা মতাং লৈ চুম্বগী লোল অদুদা হৈরবা মতুনা মসিবু ভাষা ভুগোল মত্রগা ক্ষেত্রিয় ভাষা বিজ্ঞান ওরেল লিংগুইসটিক হায়না কৌই। হায়বদি লোন্দ-পুদাদা সুর ময়াম্না পুনশিনলগা শেম্বা প্রমাণ পাহৈ ক্লোক লোয় হায়বা তাই— মসিনি খুদম্না। অদুগা লোল হায়বসিমকম্ লোলগী অর্থ শাক্ষং মায়নরবা কাওবদা অশেংবা বৈজ্ঞানিক ওইনা য়েংশিন্নবদি মীওই মীওইবগী ওইবা লোলগী শাকং লৈরিবনি, মহুবু মীওংগী লোন্দা-পুদা ইডিওলেক্ট হায়না কৌই।

রাক্ষম অসিদা মসিমন্থু থেংচিনহৌবা য়ারি মঙুদি শব্দ ভুগোল। বারড জিওগ্রাফি করিগুম্বা মরম অমগী রাহৈ অমা নত্রগা অমদগী হেনবমা তোচান তোঙানবা মফমদা শিজ্জিনবৈ, ধ্বনি ভুগোল (ফোনো জিওগ্রাফি) রূপ ভুগোল (মোর্ফো জিওগ্রাফি) অসিনচিংবা শব্দমদা অসিগুম্বা মখং অহুগা অ সদক্ষ হেনবা মপা মরেং শেম্বনি।

ভ.ষা ভুগোলগী থিজ্জিন থোংচিন্নবসি ১৯শুবা শতাব্দী কাওবসিদা লাক্লকলি। থুংথাবা হৌবনা আমেরিকা মচা স্মেলয়না বাবেরিয়ামগী উপবলী অমা তমদুনা ১৮২১ ইংদ ব্যাকরণ শেম্বা হৌবগা লোইননা লোন্দা অসিগী মরমদা থিগংখি, ১৮৫৬ ইংদা স্কোটনা ইংলিস ডাইলেক্টলোজী সোসাইটি লিংথংখি। ১৮৭৬ তা জর্মন বিদ্যান জর্জ বেম্বরনা হোংনখি। অসুম্না মথং মথং লোল হায়বসিগী মরিদা খিনরকপসি ১৯৩৬ ৪৬ ইংদা অমেরিকাদা, ইংলণ্ডদা ফজনা থবক লোথংভুনা অচৌ অচৌবা লাইরিক ফোংখি। ভারত্তসু গ্রিয়ার্সননা ১৮৯৪ দগীদা ১৯২১ কাওবা চহি ৩ঃ চংমা ভারতকী লোলগী মরিদা থিগংখি, মহাক্না ভোল্যুম ১১ থোক্লা মাগী থিগংখিবহুগী মরমদা লাইরিক ফোংখি ২০ শুবা শতাব্দীগী চৈকোক্তা।

## সংসারগী লোলশিং অমসুং কাংলুপ

সংসার অসিদা লৈরিবা লোলশিং অসি কয়ামো হায়বগী মরমদা অথং অহেশিংনা মশীং থিহুনা য়েংবদা ২৭৯৬ রোম

চাওরাক্লা ওই হায়নরি। হায়রিবা লোলয়াম অসে মথাগী অমুক্না কাংলুপ খায়দোকপা য়াই। মথুদি—

[১] মহাদ্বীপ মতুং ইন্না এশিয়া মহাদেশ ইউরোপকী লোলশিং আফ্রিকাগী লোলয়াম অমিনচিংবা।

[২] দেশকী মতুং ইন্না – চীনগী লোল, ভারতকী লোলশিং।

[৩] ধর্মগী মতুং ইন্না মুসলমানগী লোলশিং, হিন্দুগী লোলশিং অমদি ইশাইগী লোলশিং।

[৪] মতমগী মতুং ইন্না – ইতিহাসকী মমাং অরিবা লোলশিং ময়াই ওইবা যুগকী লোলশিং হৌজিক্কী ওইবা লোলশিং।

[৫] লোলশিংগী শকওং শক্তম – অযোগত্মম ( অমগা অমগা তিনশিন্নহুনা শেম্বা শব্দ শেম্বা ) যোগত্মম ভাষা তিন্নরগা শব্দ। চীনগী লোলশিং অসিগুম্বা তিনশিনবা য়াওদবা লোল শিজিন্নবৈ।

খুদম— (১) তালেন – অচোবা মী।

(২) লেনতা = মী চাউই।

(৩) গ্নোতমি – ঐনা নংবু ফুই।

(৪) মিতগ্নো = নংনা ঐবু ফুই।

(৬) শাগৈ মান্নবগী মতুং ইন্না – ভারতিয় পরিবার ওইবা লোলশিং, দ্রাবিড় পরিবারগী লোলশিং।

(৭) প্রভাব চংবগী মতুং ইন্না সংস্কৃত প্রভাব চংবা - ফরাসী প্রভাবচংবা বেঙ্গলী, উর্দ্দু মচিংবা ভারতকী ওইনা গ্রিয়াসম্না সর্ভে তৌখিবগী মত অতুং ইন্না কাংলুপ ৬ (তরুক) খোক্না খাইদোকই—

(১) ভারতিয় (২) দ্রাবীড় (৩) আষ্ট্রক (৪) তিব্বতী চীনা (৫) অবর্গীকৃত (৬) কাকরেন মচ্রগা মল অসিনি, মৈতৈরোল অসি তিব্বতী চী-নীগী মনুং চনবনি হায়রি।

ৱা ঙাংবা ঙন্মকপা ( লিংগুইসটিক ওন্টোজেনি )

ৱা ঙাংবা ঙন্মকপা (ওন্টোজেনি) শব্দগী মরুদি জীব বিজ্ঞান। লোলসিদি পোকপদা য়াওরকপা। নোকপা কপ্পা লোইনরকপনি। কপ্পা নোকপগী মতৌদি মীওইবা পুন্নমক মান্নৈ। লোলদি মান্নহিবসি পোকপদা লোল য়াওরকতবননি হায়বসিগী মতিক চাব প্রমাণনি। অঙাংশিংন ৱা ঙাংলকপগী মরিসিদা, ওবিসসো, ঈরবিন, মৈকার্থী, ৱাপৈ, সিদ্ধেশ্বর বর্মান চিংবা অথং অহৈশিংনা থিগৎখি. মখোয়না অসুম্না হায়রি।

অপিকপা অঙাংশিংদা লোল হায়বা অমা লৈবা নত্তে, অহুক লাম্নরবা ৱারবা মশাদা অনাবা কাওরবা মতাংদা কপ্পা মচ্রগা মশা হাই-হন্মনচিংবা মওং মতো অহুমরা মখোয়গী লোল হায়বত্র ওই। মমানা মতম অমদি মকম য়েংনা মখোয়গী মওং মতৌ অহুদা লাম্নবনি মচ্রগা নারবনি হায়বা অনুমান তৌই, সুপ্নমক্তবু চুম্না কপ্পুনা থংকপ কপলকপা লাওরকপা অসিনচিংবা মওংদা মখোয়না অসুম অসুম কপ্লগা মখোয়না খোম থকপা ফংডি অহুদগী অঙাংনা কপ্পহুমক লোল ওইনা শিজিন্নৈ। অহুগা লোয়ননা তপ্না তপ্না মরৈ থৎপা ভম্লকই, মমাগী ঈজিং, মওং মতৌ অমনুং ঈজিংনা ঙাংবা লোন্দা-পুদাদগী মখোয়না ৱা ঙাংনিংঙকই। মতৌ অমুম্না লৌথোক লৌশিন তৌনবা, শিশক

পিকলিংদেগী মমা মচা অনিমক্কা অশুম তৌবদগী লোল লোল্লক-পগী থাক য়োরকই।

মমৈথংদদি ওপ্পা ওপ্পা ভুং ইরনা ঙাংবা শকপা ঙম্লকই, লোয়ননা মচিনবান অমদি মরৈদগী মথল মপোলগী খোঙ্জেল, করিমত্তা মখি ইলৈ লৈনদবা উচ্চারন তৌরকই। শুহুমক্তবু কপ্পা মতমদকাও চুম্না কপ্পকতে হং কং উং য়া অসিনচিংবা খোন-জেলগী উচ্চারন তৌবা হৌরকই, অহুদগী য়াম্না থুক্কিং কহিগুম্বা খোঙ্জেল অমা উচ্চারন তৌরকই- মহুদি তাই, অম্মুম্মংকা, অথং অতৈশিং হরনা হায় অঙাংনা অতানবদা মচিমবান অনিনা ঙা লকমিংঙিবা বাহু ঙাংঙবপনি, অহুবু মসিদি চপচাবা অচুম্বদি মত্তে। অংাং অয়াম্বা থা অমা মুমিং ২২ শুবা মতমদা খি-খি উচ্চারন তৌবা হৌরকই, অহুদগী থা অমগী মতুং হায়বদি থা অমি মথাইগকা শুবা মতাংদা মানা বারবা মতমদা অ ঘী, ঙে, ঙে. হিয়া ঙংঙা, অহং অহং অসিনচিংবা উচ্চারন তৌরকই হয়াওহুনা শায়বা মতমদা (মথুং মখোং লেঙহুনা হ.ইদুনা) হঁ হঁ অবু অবু। অক, অকা অসস, গে গে, গী গী, অগী অঘি অসিনচিংবা। অহুদগী মখোয়না মতৌ তম্বা ওম্মকই মামা, পাপা পা অসিনচিংবা মওং কয়া হায়বা ওম্মমই।

ল মক্তগা র হায়বা খোম্মোক, মমৈদা অহুম্মক ওম্মকই, অসিগুম্বা খোম্মোক অসি ঙাংখোকপা ওম্মকপদগী বা ঙাংবা ঙংগী থাক্তা লাকই।

অহানবদা অঙাংদি বাহৈ অমমমদা মতুম মতুম ঙাংবদি, মমৈদা পুনশিনবা ওমকই।

ময়েক ( অলফাবেট )

লোল হায়বসি পোক্লবা মতুংদা থোক্লোক থোক্লবগী হায়দোরকপা থোন্নাং অহৌদগী ময়েক পুথোক্লবা য়েক থোংভুনা ভাকপগী মওং চংনরকই, মমাংগৈগী যুগতগী ম'সবু ঈশ্বরনা পুথোকপনি হায়না লৌনরম্মী। ভারতকী পণ্ডিতশিংনা ব্রাহ্মী লিপি হায়না থোনবা অসিনি। অসুম্না মিস্রিগী [illegible] মথোয়গী ময়েকপু ঠৌথ মত্রগা ইংলিস হায়বা লাইনা [illegible]-শিংনা হায়মেসনা পুথোকপনি হায়না লৌই। মসিবু হৌজিক্তি অন্ধবিস্বাসনি হায়না অয়াম্বনা লৌনরকলে। মহৌদি মীওইব-শিংনা মথোয় মথোয়গী দরকার মতুং ইন্না ময়েক হায়বসি মশানা অহুম পোকচরকপনি। অহানবদা মীওইবনা য়েকপা হায়বদি চিত্র লিপি অসি শিজিন্নরকই, খুদম চা দম ভারকই, লৈই চিংবা লাকই অসুম্না তপ্না তপ্না ময়েক হায়বসি থোরকপনি। ময়েক পুথোরকপগী মখং মখং ওইরকপদি মথাগী অসিনি।

১। চিত্রলিপি।

২। সুত্র লিপি।

৩। প্রতীকাত্মক লিপি।

৪। ভাবমুলক লিপি।

৫। ভাবধ্বনিমুলক লিপি।

৬। ধ্বনিমুলক লিপি। মথল তরুক অসিনি।

১। চিত্র লিপিসি, ইবা হৌবগী অহানবা ইতিহাসনি। মসিগী মরুদি হায়রিংওকপন্থ নত্রগা কোংদোকনিংওকপন্থ থম্মোইগী

ৱাকমছু য়েক খোংভুনা তাকপনি।

২। সুত্র লিপিদি কুইংবনি লীরবা মতমদগী হৌজিক কাওবা কনা কনাগুম্বনা শিজিন্নরি। মহুদি খুদম চাংদম তৌদুনা ফিরালদা মচু মরাং শগুহনা লাইদা কংলিবা অসি ময়েক মখল অমনি।

৩। প্রতীকাত্মক লিপি— অশেংবা অর্থ খগুনবা পোৎ অমু উয়গা খগুবা গুম্বা, শেংবা হায়রগা মৈতৈগীদা মৈহুম মোরোক লাকপগী শক্তম অমুম্বা শা-কৈগী পাওনি হায়বা ভাব তাকপনি। অসিমক তিব্বতীশিংগীসু অগাংবা মোরোক অমা চেদা য়োমহুনা শিবগী খগুনবা তোংগানবা লৈ।

ভাবমুলক লিপি— চিত্রলিপিবু চগুখোনহনবনি। খুদম ওইনা চিত্রলিপিদা মুমিংপু ইকোয় কোয়না য়েকপদা মুংশা শাগংলকপা হায়বদা— মগালগী লৈই য়াম্না চিংশিনবা অসিনি। খোইদোক্না এমব্লেমমক্তী হায়বা য়াই ভাব মুলক লিপিসি।

৫। ভাব ধ্বনি মুলক – চিত্র লিপিদগী মশক খোক্লকপা, খোনং জেলগী মওংদা লাকপা লিপিনি, ঐখোয়না বা অমা হায়বদা মুক্ষম ওই, হায়বা মতমদা খোঞ্জেলদা মুক্ষম ওই। মেসো-পোটামিয়ন, মিস্রিয়রি। অসিগী জাত্তা অসি য়েক খোংপগী মতৌ য়াম্না চংনৈ ময়েকসু য়াম্মী।

৬। ধ্বনিমুলক লিপি চিত্রলিপি অদুগা ভাবমুলক লিপিদা খুদম ওইবা ময়েক্না করিগুম্বা পোৎ অমদি ভাবপু ফোংদোকপনি

অদুবু মহুৎনা পোৎ অংগী নত্রগা ভাব অদুগী মমিংগদি করি-
মত্তা মরি লৈমদে। অদুগা মসিগী মাইয়োক্তা ধ্বনি মূলক
লিপি হায়বদি খোন্থোক্তা য়ুমকম ওইবা ময়েক অসিদি করি-
গুম্বা খুদম্না করিগুম্বা পোৎ অদুগা ভাবকী মওং অমত্তা ফোং-
দোক্তে। অম্বগী খোন্থোক অহুদমক ফোংদোকই, অদুগী মতুং
ইন্না করিগুম্বা পোৎ নত্রগা ভাবকী মমিং ইথোকপা য়াই।
মসি মখল অনি খোক্না থাইদোকই মদুদি :—

(ক) অক্ষরাত্মক (সিলেবিক)

(খ) বর্ণাত্মক (অলফাবেটিক)

(ক অক্ষরাত্মক লিপি অক্ষরাত্মক লিপিদা খুদম্না করিগুম্বা ময়েকপু থাইদোকই— বর্ণন: থাইদোক্তে। খুদম ওইনা ঐখোয়না ক — ম (ময়েক অনি) না শাই অদুবু রোমান লিপিদদি বর্ণাত্মক লিপিনি "k" দি শুপ্নদা ক-দনা মওই। বাকম অসিদা শাংদনা হায়রবদা আরবী, ফরাসী, বাঙ্গলা, গুজরাটী, উরিয্য, তেলেগু অসিনচিংবা ময়েকশিং অসি অক্ষরাত্মক লিপিনি।

(খ) বর্ণত্মক লিপি: - ময়েক্কী অহানবা থাক চিত্রলিপিনি, অরোইবা থাকনা বর্ণাত্মক লিপি অসিনি। বর্ণাত্মক লিপিদা শুরুগী খোন্থোক খুদিংগী খণ্ডনবা তোংত্তান তোংত্তানবা খুদম পিদুনা য়েকখোকপদনি। মসিগী মতুং ইন্না ইয়ায় লায়না অত্তে অতৈ লোন্স পুন্নমকী বাহৈ খুদিংমক ইথোকপা ঙমী। ভাষা বিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা মসিমক অশেংবা ময়েকনি হায়না লৌরি। মসিমক্তা হৌজিক্তি মীওইবনা মখোয়গী অনিংবা পুম্নমক ইশিন্দুনা থম্বা ঙমলে, ভাব পুন্নমক লৌশিন্দুনা থম্বে।

খারোষ্টি লিপি, ব্রাহ্মী লিপি, তিব্বতীচিনি লিপি, অদুম অসিগী মঙুংদা হেক লৈরিবা মাল: পাৎপী ময়েকশী মওং মতৌ· শিং অসি লৈরিবনি। তৌবগীদি খারোষ্টি, ব্রহ্মলিপি অসি অসিবুনি ময়াম্না খাজনরিবদি। তিব্বতী চিনিদি অদুক মপনবনি।

(১) খারোষ্টিলিপি অসি ইবা মতমদ য়েংলোমদগী ওইরোমদা অদুম ইরকই। হায়রিবা ময়েক অসিগী মমিং অসি করিদগী কৌখিবনো হায়বদু মত (মাপন) থোক্লা ফংডি। অদুবু মরু ওইবদি চিনিগী ফা-বান শূ-লিন কৌবা বিস্ব কোষকী মতুং ইন্না খারোষ্টী কৌবা মিপা অমগী মমিংদগী লৌবনি হায়বসিনি।

২। ব্রাহ্মীলিপি— মসি কদাইদগী করম্না পুথোকপনো হায়বসিগী মরমদা তোংডান তোংডানব মত পিরি। কনানা ভারতভগীনি কনানা চীনদগী অদুম্না; ডাঃ অলফ্রেড মুলরনদি য়ুনানী লিপিনি হায়না কয়া মত পিরি। ডাঃ রাজবালী পাণ্ডেরনদি ঋগ্বেদগী মঙুংদগী ভারতনা পুথোকখিবগী রা শেংনা হরি হায়না অকনবা মত পিরি। ময়েক অসি ইবা মতমদা য়েংলোমদগী ওইরোমদা ইনৈ।

৩। চিনিলিপি— মসি করম্না পুথোকখিবা হায়দুগী মরিদা মথল কয়াগী চিন্হাং পুথাং বারী কয়া লৈরে তৌবগীদি মসি খুদম ছাক্তা ওইনা তৌবা ময়েকনি। পোৎ অমগী মরমদসু খুদম পিবা বাহৈ অমগীসু খুদম ওইনা ইবা অসি ময়েকসিগী চংনবীনি। মরম অসিনা লিপি অসিগী ময়েকসে লিশিং ৫০ (বাংথৈ) শুই ওয়মক্লা। মসিগী ইবা মইদি য়ুংনা অদুম ইথরকই।

ৱাকমসিগা মরি লৈননা পনজনিংলিবা ৱাফম অমনা লোল অহুমা ময়েক লৈজব্রা লোল ওইরবা, মঃদি অহুক চাং-শরবা লোল— ডাইলোগ হায়বা খ.নৈ। ময়েক লৈজবা লোলবুমা লেঙ্গুইজ হায়না সভ্য জাতিমা খঙবরে। মৈতৈলোল অসিমক ডাইলোস নত্তে মশাগী ময়েক লৈজবা লোলনি– লেঙ্গুইজনি।

সাহিত্যঃ— মীওইবনা চাংবা ডম্মকপা চাংবদগী চাংবিবদু ইহুনা তাকপা ডম্মকপদগী মীওইবগী পুন্সিগী থৌরম খুদিংমকপু ইশিন্দুনা শেমখি। তৌবদি সাহিত্য হায়বা ৱাহৈ অসিমক্তি সংস্কৃত ৱাহৈনি - সাহিত হায়বা অহুদগী লাকপা ৱাহৈনি অর্থনা লোয়নবা মত্রগা তিন্নবা হায়বনি। সাহিত্যদা অপাম্বা, পাম্দবা, নুংশাইবা অমসুং অৱাবা, চিংশিনবা অমসুং ইস্তোরবা অসিনচিংবা তিন্নবা য়াদবা গুণশিং অসি পুম্না লোইনা তিন্নবা লৈমিন-মরৈ, সাহিত্যদগী ঐথোয়বা উই। সাহিত্য হায়বা ৱাহৈ অসিদগী সাহিত্যগী তিন্নবগী ৱাখল অমা উবা ফংই। মত্ত শুমগী ৱাখলগা ৱাখলগা লোলগা লোলগা লাইরিকা তিন্নবা মত্তে, খোইদোঙ্গা মীওইবগা মীওইবগা, হৌখিবগা ওইরিবগা, অৱাঙ্গগা অনকপগা মধুংগী ওইবা সাহিত্যগা নত্তুনা অতোপ্পগা ওইথোক-ত্রবা তিন্নবা অমসুনি। সাহিত্য হায়বসিমক ভশেংবমক তিন্নবগী লেংকত্রবা মহৈনি। মীওইবগী লোল হায়বা অসি মপোক অমত্তগী নত্তে মপোক কয়া মরুমদগী অমগা অমগা তিনৈ, ৱাখল লৌথোক লৌশিন তৌনৈ। অদুনা অমদগী ৱাখল লৌথোক লৌশিন তৌবা অসিদগী সাহিত্য ওইরকই। চাউখৎপা নাইবা,

খণ্ডজিনলকপা নাইবা মীওইবগী পুন্সিবু ময়েক্না কোংদোকলিবহ্ সাহিত্যনি।

মতাং অসিদা ঐখোয়না খংনা উরে, সাহিত্যদি মীওইবগী পুন্সিদগী শেম্বনি, সমাজদগী পোকপনি, খোদোক বাখোক কয়াদগী লাকইবনি। অহনা সাহিত্য শেম্বদা মথল কয়াগী ভাব চংঙি, সাহিত্যগী মতিক মগুণদি সাহিত্য শেম্বা অহগী মতিক মগুন্দা তৌবনি। অমুকন্থ সাহিত্যদি মীওইবগী পুন্সিদগী হৌরকপনি, মহ পারগা ঐখোয়বু পুন্সিগা নৌহৌমনা মরি লৈনহল্লিবনি। মীওইবনা পুন্সিদা হাকথেংনরিবা থিবিক-খণ্ডখিবা উখিবা, তাখিবা কাওখিবা পুন্নমক্না তুংকোয়বা নুংঙাইবা পিবা ওন্নিবনি, তশেংনা হায়রবদ সাহিত্য হায়বসি লোলগী পাক্কনা পুন্সিগী অকুপ অরোন পুন্নমকপু মাইকৈ শুনা নুংয়োনা কোং-দোকপনি হায়রুবদা কাইদে।

সাহিত্যসি মীওইবগী লৌশিং হেনগৎহন্নবগী মতেং পিরিবা লাইরিকশিং হায়বদি ইতিহাস, ভুগোল জ্যোতিষ শাস্ত্র অমদি বিজ্ঞানগী লাইরিক অসি নত্তে হায়না পণ্ডিত কমানা অকনবা মত পিবা রাওই, মখোয়না হায় সাহিত্যদি শূপ্নগী মীওইবগী মপুন্সিদা নুংঙাইহনবা অমদি হেন্না ফজহন্নবা, মাগী মতেংনা মীওইবগী অরা অনা খুদোং থিবনা থল্লবা মালেমগী মচৎ অসিবু কাউহন্দুনা কল্পনা অমদি ভাবকী ফজরবা মঙলান অমদা কোরজবা ওয়া, খংবুনি।

সংসারগী লাইরিক পুম্নমক অসিবু শরুক অহমখোক্না খাইদোকপা রাই মহৃদি—

১। সুচনাত্মক সাহিত্য— ইতিহাস, ভূগোল— মখোয়সিনা পাজল শি।

২। বিবেচনত্মক সাহিত্য— দর্শন, গনিত, বিজ্ঞান. মখোয়সিনা লৌশিং চাউখংহনবা পাজল কনখৎহনবা ঙম্মী।

৩। রচনাত্মক সাহিত্য - কবিতা, নাটক, উপন্যাস, বারী-নচিংবা অসিনি রচনাত্মক সাহত্য মাস শেমজনবা সাহত্যনি। মসিনা মীওইবদা নুংঙাইবা পীবা হায়না খংপ্রবা থৌরম থৌওংবু ইমৌ নৌনা নুংঙাইবা পোকহন্দুনা মীওইবগী পুন্সিবু তাপ তোপ্পা ভাব জগৎ অমদা পুথনা চংলি, মসিবুনি - সাহিত্যনি হায়না পণ্ডিত কয়ানা মত পিরিবসি। সাহিত্যসিদা অমুক মখল অনি থোকলি।

(১) কাব্য (২) শাস্ত্র।

ক ব্যদা রসনা অহুগা শাস্ত্রদা জ্ঞানা মপুং ওই।

---

মায়েক অসি মৈমবদা মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং—

১। ভাষা বিজ্ঞান ভোলানাথ তিৱারী।

২। নাগরী অঙ্ক ঔর অক্ষর — পং গৌরী শঙ্কর হীরাচন্দ্র. পং কেশবদেব মিশ্র।

৩। সাহিত্য বিচার — মোহিতলাল মজুমদার।

---

( মায়েক অসি "পুন্সি" চেফোংদা হায়না ফোংদোকপ্রমনি )

## (৬)

# লোল অমসুং মীওইবা

**লোল কদায়বূ কৌই।**

মীওইবা হায়বসি সমাজিক প্রাণীমি অ'ত জীবগুম্বা নত্তে, সমাজদা লৈবনা মতম পুম্নমক্তা অমগা অমগা তান্নবা চাংনবা অসিনচিংবা তৌই। করিগুম্বা লেংবা হায়বা হুইশেল খোংবনসু খংনবা য়াকম লাকই। মমাংদুগী কানা বার্তেন তৌরগা উৎসব মন্ত্রগা শ্রাদ্ধনচিংবদা ঐবু কৌরি হায়না খংনরম্মী। স্কাউট তৌবদা শুক্লগী কিরান্দনা খংনবা য়াকমগুম্বচুনি। হুরানবশিংনা অমম্বদা খুজিন্দনা শিক্লগা ফোংদোক্নবা কয়া লৈরিবনি, অসুম তৌদুনা খুব'ক খুবা খুং খংপা, লৈবা, মিৎ কুপ্পা, খা চিকপা খুদোংমী উৎপা অসিনচিংবা খংনবা য়াকম কয়া লৈ।

লোল হায়বসি খোঞ্জেলশিংনা শেম্বা য়াথল তৌনবা মশকনি অমরোমদা খোঞ্জেলগী মনিং মথা তম্বা খংনবা মওনি আর. বিটকী ভোকেল সিম্বোলনি। প্রমাণদি Water ইংরেজী লে'লদা য়া আ, ট র অসিনি। মসি পুম্বোয়বদা ঔশিং হায়বদা ঔ+শ+ই+ং অসুম্না খোঞ্জেল মচা মচানা শেমা মফি লাংবা পোৎশক অমা খংনবা ঔশিং হায়বা সিম্বোলগী মশক ওইবা য়াহৈ অমা শেম্মী। অসুম্না লোলগী পংথৈদা খোঞ্জেলগী ঔহৌদা তোংঙান ভোংঙানবা জাতিগী তাবা মতাদা মান্নদবা য়াওই।

মতুদি -

ছুই হায়বসি তাইবং অসিদা লৈরিবসি চপ মান্নবা মওংদা থোংলিবনি অহুবু জাতি তোংডানবগী তাবা মাংদবদি হিন্দিদা ভোং ভোং, ইংরেজীদা bow bow ফ্রান্সীনা Gnat Gnat জাপানীজনা Wan wan রুসিয়ানা গফ গফ গুজরাটিনা ভস ভস অসিনি। মতাং অসিদা ঐনা হায়জরিবনা লোল হায়বসি মাহৈনা শেম্বনি, মাহৈ অমমম অসি করিগুম্বা পোংকী, নত্রগা ভাবকী মশক তাক্লবা "সিম্বোল" নি অসিনি। হায়বদি ঙসিং হায়বসি মহি লাংবা পোং অমা থংনবা সিম্বোলনি ইংলিসতা ৱাটর হিন্দীদনা পানী, বেঙ্গলীদনা জল অসুম্বা মহি লাংবা পোংশক অসিবু থংননবা সিম্বোল ওইখ্রে।

লোল করম্না পোক্লকপগে ?

ঐখোয়না লোলগী মথক্তা অসুম্না বিচার তৌরকপদা ইহান হাযবদা হংনিংলিবদি, বাহং অসিমক থাইনা মমাংবৈদগী পাউ-খুম পিনবা মৈনত্থুমা লাকলি হৌজিক অসিদা ভাষা বিজ্ঞান পুখোকপশিংনা বাহং অসিগী পাউথুমদি ভাষা-বিজ্ঞানগী ক্ষেত্রদগী ক.লোই হায়রি। কনাগুম্বা হায়রিবনা মানব বিজ্ঞানদগী কংগনি, কনানা থাইনগী ইতিহাসতগী কংগনি, অথং অহৈ কয়ামদি ভাষা বিজ্ঞান হায়বসিদি বিজ্ঞান অমনি, মাগী মপুং ফুনজিন্না মৈনবা অমনা থংফম থোকই হায়রি— অসুম্না হায়নরবসু লোল হায়বসি চহি লাথকী মমাংদগী পোকখ্রবনি। মরম অসিনা হায়নবা হায়বা অহুনি, ভাষা বিজ্ঞানগী শরুক অম। ওইনদি

লৈবদা রাবা পোংনি। ১৮৩৩ ইংদা পেরিসতা ভাষা বিজ্ঞান পরিষদ ( La societe de leuginstique ) লিজংভুনা লোলগী হৌরককমগী মরমদা নৈনখি। মচুদস্থ চপ চানা কল তাখিবদি নংখিদবনি। মখোয়না ভাষা বিজ্ঞানদি লোলগী ফিগৈ অমদি ভাবকী মশক তাক্লবনি য়েহেল্লো ইতিহাস থিবদা থর মখৈ কংমমবা বিজ্ঞান নত্তে, পন্নখি। মীওইবগী হিংনবা পোংলম, ভাবকী মওং জ্ঞানগী চৈথেং কোংদোক্লবা লোলনা মছুং শিনবা অসি কুইরবনি, কনানা হৌদোকপনো, করম তৌবনো হায়বসিগী মরমদা থরদা পন্নিংবদি –

মতৌ তম্বা ( ইমিটেটিপ থিওরি )

মীওইববা মনাক অকোইবদা লৈবা জীবশিংগী অচুগা পোংশকশিংগী মতৌ মওং মখোজেলগী মতা লাকুনা মতৌ তম্বদগী লোলগী ফিরেপ লাকই, অসিনি মসিগী সিদ্ধান্ত অসিগী মনুংদা মথল অহুম থোক্লা অমুক থাইদোকই –

(ক) খোজেলদগী তম্বা,

(খ) মওংগী মতৌ তম্বা অমসুং

(গ) উরিবা অচুগী মওং তম্বা।

অম্মুক্তা তৌদুনা খোজেলগী পাজনবা কোংদোকপা তম্বা কয়: শেমদুনা লোল হায়বসি পোকখিবনি হায়না লৌনখি।

ভারতকী লোলগী পরিবার।

হৌজিক লোলগী হৌরককমগী মতাংদা হায়রেং নৈনরবগী মতুং অসিদা পুজনিংলক্লিবনা ভারতকী লোলগী পরিবার অসি

কনাম্না কনায়ো অসিনি। মতাং অসিদা গ্রিয়র্সননা কৌনা সর্ভে তৌখ্রে, মাগী মতুং ইন্না ভারতকী লোলগী কাংলুপ অসি ৬ ( তরুক ) থোক্না থাইদোকই মন্নদি—

১। ভারগীর।

২। দ্রবীর।

৩। আষ্ট্রীক।

৪। তিব্বতী চীনী।

৫। অবগীকৃত ( কাংলুপ লৈতবা ) অমসুং

৬। করেন মগ্রগা মন অসিনি।

ভারগীর কাংলুপকী লোল অসিনা উত্তর ভারতা লোয়ৈ। দ্রবীড় তামিল তেলেগু কন্নড়, মলয়ালম মাদ্রাজ, অন্ধ্র অসিনচিংবা খা ভারতলোমদা লোয়রি। অহুমশুবা আষ্ট্রিক হায়বসিগী মনুংদা অমুক্তা শরুক অহুম থোক্না থাইদোকলি, বিহারী উরিষ্যা, বাঙ্গালীনচিংবসিনি। মসিগী লোল অসিনা রাজস্থান মধ্যপ্রদেশ অসিনচিংবদা লোয়রি। মরিশুবা তিব্বতী চীনী হায়বা লোল অসিনা অসাম কাশ্মীর হিমাচল প্রদেশ লুশৈ, মৈতৈ ( মণিপুরী ) গারো, মিশমী, অবোর মিকির, ভুটান অসিনচিংবসিনি। ৫ শুবা কাংলুপ লৈতবা লোল কয়ামুকসু পল্লম্মী মসিদা লোল ২০ মুকথু লৈরি। ৬ শুবা করেন মগ্রগা মন হায়বসিনা বর্মদা লৈ হায়না পল্লম্মী।

মরু ওইবা ভারতকী লোল তাংবা মীশিং অসি পল্লবদা ইংশোক ১৯৬৯ কাওবদা।

সিন্ধি = লাখ ৪০.

লহন্দি = লাগ ৮৬.

পূর্বী পঞ্জাবী = ক্রোর ১ লাখ ২৫

গুজরাতী = ক্রোর ১ লাখ ৬২ ( ১৯৫৭ )

হিন্দী + পূর্বী পঞ্জাবী = ক্রোর ৭ লাখ ৮৪.

বিহারী + মৈথিলী, মগহী, ভোজপুরীবচিংবা ক্রোর ৩ লাখ ৫

রাজস্থানী = ক্রোর ১ লাখ ৬৯

বাঙ্গালী = ক্রোর ৩ লাখ ৩৯,

উরিষ্যা = ক্রোর ১ লাখ ১৭

আসামীয়া = লাখ ৬৮,

মারাঠি = ক্রোর ৩ লাখ ৩৩

মৈতৈলোল = মণিপুর, আসাম, বাঙ্গলাদেশ. ব্রহ্মামচিংবা মফমশিংদা লৈরগা থানা লাখ ২০ লোমদি ওইবা য়াই।

মতাং অসি কাওবদা লোলগী ফিরেপ অচাবা মওং পিজরে

লৌক্সিক্তি মীওইবন লোলনা কাম্নরিবসি সমাজদা লৈবনিয়া লোলয়া মীগা মীগা ওাংনবা, কোংনবা হায়বসিনি। মতাং অসিদা নত্তনা ঈশৈ শকনৈ, শৈরেং থিনবা তৌবনচিংবা কলাগী সংসারদস্থ চংশিন্নৈ। অহূদা নত্তনা লোলবু ঝুইনা লিশিন্নুনা

মতমগী সমাজ অদুগী কিরেপ অদু ইথত্না চিন্নগা চিনগা ঙাংনবা কংগ্রবদা ঈ পাও থাদিংঙাই মচুনীমক মরেক চংলকই, অদুদগী মরেক হায়বসি মীওইবনা অমুক পাম্নকই। অদুনা খোঙ্জেলগী য়ুচেং মচেং ওইবা শরুক ওইনা মরেক শেম্মী। মরেকশিং অদুনা মা মাগী জাংকী মরোলদু ইহুনা মথক্কী মীওইবনা পামলিবা মওং পুন্নমক অসি শিজিন্নৈ। মরেক লৈতবা লোলদু "দাইলেক্ট" অদুগা মরেক লৈবা লোলদুনা "লেঙ্গুইজ" হায়না কই। মৈতৈলোল অসি মরেক ইরৈ লৈজনা ওসি কাখবদা মরেক লৈতবগুম তৌরকদি। অদুনা মৈতৈ মরেক অসি হিংহন্দ্রবদি দাইলেক্ট ত্তাগনি। ভারতকী ৮ শুবা শিড্যুলদা চঙবগী ভাব তৌরুবা য়াগনি।

হৌজিকমক বাঙ্গালী মরেকপু ঐখোয়না শিজিন্নরি, অদুবু মসিনা করি কাগ্নরি, মমাংদগী লোলগা কোয়না তম্লম্মী। — হৌজিক্তি অদু মত্রে শুপ্নগী মরেক্তা মতমমে। মরেক অসিনা ইরিবা বাঙ্গালী অচৌবা সাহিত্য ভান্দারদা ঐখোয়গী অধিকার লৈত্রে। অতোপ্পদা বাঙ্গালী লোলনা চিঠি চৎনবগী য়াকম লাপত্রে — ইংরেজী লোল মরেক্তা শিনগ্রে। মৈতৈ মরেক হৈজরবদি ঐখোয়না ইপা ইপুগী অরিবা সাহিত্যগী লাইব্রেরী শকথংনগনি — লোলগী ইজং লৈগনি অদুগা লোয়ননা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিনা ঙাংনরিবা লোল অসে "লেঙ্গুয়েজনি" "দাইলেক্ট" নত্তে হায়গনি। মরম অসিনা লৈপাক মচা ইবুংঙো

ইবেম্মাশিংনা পুক্লিং চংবিরক্লিবসি মতম চারে মৈতৈগী অমোবা মীকপ অমা থোকলে লৌজরে।

---

বক্তৃতা অসি ডাঃ ভোলানাথ টিৱারীগী "ভাষা বিজ্ঞান তত্ত্বগী মতেং লৌহুনা মৈনৈ"।

(বারেং অসিমক তাং ১০। ৫। ৭২ ইংদা হিন্দী ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট ইম্ফালদা পাংথোকখিবা মৈতৈ মযেক ট্রেনিংদা পিখিবা ভাষননি, বারেংসিমক "মৈতৈলৈমা" চেকোংদা কোংদোকখ্রবনি)

## ( ৭ )

# চোইজাইনখ্রবা মৈতৈ

ইকাই খুম্নজরবা সভাপতি অমদি চিফ গেষ্ট তিনবিরিবা কাছাড়, ত্রিপুরা, বাঙ্গালাদেশ অমদি আসামগী মৈতৈ ইকুরুপকী ইচিন ইনাও, মৈতৈ পাঙন ইপা ইচাশিং নখোয়দা ঐনা ইকাই-খুম্নজরি, খুরুমজরি। মৈতৈ স্না লৈপাক্তগীনিকো নখোয়সে। মতমগী তোরৈ তুথুপ তুংইমনা, ঈরৈনা অস্থুম পুথিন্থনা চোইনা চোইনা লৈথ্রবা ঙাক্তনিকো— ? নিংশিং লাক্তম হাইগং হাইগংলগা ঐখোয়গী পুন্সিগী ইতিহাসপু খল্লুরগা মিংলুদগী পি তাররই অসিংথবা অপুনবা মীফম শংকথং মাইথংনবা মতাংদো কুইনদগী খনজরকপা, ঙসিদি ওইরে, মসিদা কয়াগী মতিক তুজুং মানজুং-নজনা সুংঙাইজবা ঐগী।

ঙসি তিনবিরিবা অসে অতৈ নত্তে জাতি মশেল তিংজবনি, মচিন-মনাও মপা মচা উন্নবনি, মসিদা কাওরি, মহৈগী সুংঙাইবগী ঈছুল। ঙসিগী মালংপান অসি, হায়গী মালংপান নত্রে, মালেমগী কাচিন কোয়া য়োনা শেং কাক্তুনা কনায়দা করি লৈ থিম্নরকলে, মতাং অসিদা মৈতৈ জাতি মশেল অসে, উন-থংনদবা য়াহিকপ্রা, মহৈগীদমক্তি, উন থংনবগী অর্থ, উন থংনবগী কান্নবা, হোৎজিক মখো তারবনি। ঐখোয় অসি জাতি অমগী সংস্কৃতি সভ্যতা লৈতবা উপজাতি নত্তে, তোপ তোপ্পা মচাওখংচবা কুরুপ

অমসি হায়বহ হায়মিংঙি, মৈদিংঙু পামহৈবা মসা হাক্তগী হৌহুনা রামানন্দি ধর্ম্মনা চংশিনলকপা, অহুদগী ভাগ্যচন্দ্র মসা হাক্তক্তা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লেশিনখিবদগী মখোয়গী ধর্ম্ম অমা লৈজখিত্রবা স্বরূপ মাননবতমি। হৌজিক মৈতৈদা লৈরিবা ধর্ম্মসি হায়গী মৈতৈগী মনাংতা গিল্টি তৌবমি গিল্টি অসি অমুম অমুম কোকত্রবনি। ঐখোয়না বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপ্রভুনমু কদৌটৈ মৈতৈগী কুয়াক লমদাইবা, লাই হরাওবা লাইরিংথৌ মসা মহিবু ঈরাংচবা তোকত্রবগেনে? তোকতে লৈ হায়গী ঈনাং, ঐখোয়গী লাই হরাওবদা মুমকম ওইহুনা শাগৎখিবা তগোই রাস মালেমদা শাংলি, লাইবৌ খুৎথেক্তা ভঙ্গি পরেং মাইবীগী ফিজেৎ-চাকচাদগী মতৌ লৌহুনা শেম্বা পোংলোই য়েংবদা কজত্রে।

অসুম্না মখোয়গী সংস্কৃতি, সভ্যতা মতিক মঙল লৈবা জাতিবু ঙসিদি মমি ইশাম শাম্না উত্রে, জাতিগী কলচর লৈজদবগুম। মুগকী তান-তান্দা নেংতুনা মশাগী সভ্যতা পূ-পুহুনা লাকপা মৈতৈনা শাদা লান্দা খুংশা হৈজবদা, ললিত কলাগী মায়কৈদা করিবু শোত্থরকপা, প্রকৃতিগী অঙকপা খুৎশেম চীংলোন মাপন্না কোইশিনবা লমদম মণিপুর, ভূ-স্বর্গ ওইবনি, লমদম অহু মৈতৈগী য়েহেল্লোকমনি, মরৈপাক্নি।

মরৈপাক অমা লৈয়া শিল্পবসু চাউরবসু, মনাং ধর্ম্ম লৈজবা জাতিনি, জাতিনি। মখোয়গী লোনদা, সাহিত্যগী পূকৈ চোনজবা, ময়েক লৈজবা, মখোয়গী লোনহু লোনদনি। মৈতৈলোন লোয়েপ

কাবা, লোলজম শুবা রাইগী মতিং মরৈজবা, অরাই অথুম চানা বাগী তেমথং পিবা য়াবা লোলদি। থজিক্লা ভাব তাকপদা মুংঙাইবা, ময়েক অমদা চৈতপ পিরিবা মথৈ অর্থ কন্ কন্ চোংথোকপা লোল্লি, থুদম ওইনা পল্লবদা— "খ" মসিদা "া" তপ্পদা "খা" মখা মায়কৈ "ু" তপ্পদা "খু"বি, খু কাম্বা বি কাম্বা অসিমচিংবা অহদা নত্তনা "ক"দগী অহ মঙাই "া" "কা", "কা" "ী" "কী" মীপাইবা পোকলে কীরে। অসুপ্পা চৈতপ খুদিংগী অর্থ শাজেম্নবা লোলদি অঙাংবনি মালেমদা। মোং-হাদনা মিং-না শংদোক্‌না অশাওবা কোংদোকপদা "চানিংঙ চাও, চানিংদ্রা তোকচৌ, চংনিঙ চংলু চংনিঙদ্রা তোকউ" বাহৈ অসিনা মীওগী থোইদৌ শিক্লা শাওনিংবা পোকহল্লি। অসিদা নত্তনা লোল অসিগী শৈরেং ইথোরকপা বারেং ইথোরক-পদা মখিং ভম্না লোলগী লোলজন, শেমহনা থুমহনবা, মোহনবা লমথোনা য়াই।

অসিদা নত্তনা শা-লান্দা, হৈ-শিংঙমদবা মত্তে, মথোয়গী শগোল তোংবা লাম্নী মতম অমদা মখিং চংলম্মী মথোয়গী আরাম্বাই হনবু অতৈ জাতিশিংনা কীনরম্মী। মথোয়গী থাঙ তা-তনা জাতি অতৈদগী মরৈপাকপু কনজরম্মী। মথোয়না হৌদোক্লখিবা শগোল কাংজৈ মালেম অসিদা শকথংনরি "পোলো" হায়না থংনরি। ওকই, মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা লান্দাবদা কাংমুদো ক্লায়াগী থোংজিন্দা হকলম্মা থাঙগী থুদম হৌজিক কাওবা লৈরি, মসিনা হৌজিক কাওবা মৈতৈগী মতিক মথোনাগী বারীবু তাইবংপান অসিদা লিহনা লৈরি।

চংনরোল-থোয়রোল, থৌগয়োল, মাংসোক কমমেনগী কজবা বাকম, লৈবা জাতিনি, যুমশা কৈশা, অর্থ লৈহনবা, যুমশারোল রাইনা শাবা জাংনি। মথোয়গী যুমজাও লাইথম তাবা, হায়বসে, ঘড়ী হাপ্পা যুমগুথনি। মথোয়হুনা মহুদগী, মতমবু চাং লোই, লুমিং কক্লাং তাবে, চুরি কুমলে অসিনচিংবা। অসিদা মন্তনা বাচুমগুবা ( পাঞ্জি ) গী থবক্তস্থ ব্রহ্মদেশতা কাওবনি, মথোয়না প্রহগী থোংচং থোংতুনা পুথোকপা প্রহম তৌগনি তৌরোই হায়বনচিংবা পুথোকপা ওয়বদা নত্তনা কোনোক থেংজাবা কংলাগী যাত্র পুংকমদা স্নাগী থবাল শাংকনি হায়বগী পুংকম পিথিবগী বারীবু মৈতৈ কনানা তাম্নদবা য়াওবগে।

অসিগুম্বা জাতিগী মথক্তা থৌরম হিরম কয়াবা লান্দারকপদা মথোয়বা খাংখিবা মথাংদো নিংশিংলুবদা থম্মোইদা মুংহিক মুংদমজে নোরকই পি ১৮১৯ ইং দা. মৈতৈ স্না লৈপাক্তা অরাবা লান্দাখিবা অরা সেনাপতি মিঙিমহা বানঠুলা তেমথেং হন্নক বাঙ্গলাদেশতা য়াহিয়া থানগী চৈথেং অসিমক নত্রবরা? য়াহিয়া থানগী শাফুদি থা ৯ থক্তনি, অহুঙৈগী মৈতৈ স্না লৈপাক্তদি চহি ৭ চুপ্পনি। মতাং অহুদা কাছার লমদম অসিদা লক্ষ্মীমপুর হোনা বাঁসকান্দি কাওবা লমদম অসিদা মৈতৈ ইপা ইপুশিং অহুনা লমদম্নরগা অহিং মুংখিন্দা মৈতৈ স্না লৈপাক্তপু কয়নবা বিধর্মী অরাগী মথুত্তগী লোননবা হোংনখিবদো করম্না কাউসিগে? মণিপুর লেভী হায়বা স্নরগী শগোল তোংবা লাম্নী ৫০০ থক্তনা উংথিবা মতিক ব্রিটিশকী ব্রেগেটাডিয়ার স্নলধাবমক্তা ওমকথিত্রবা

মতিক খু, ইপা ইপুশিংহুনা ইরাই লাইনা ওমদনা লমদমসে মৈতৈ-গী তিগী দিলংবা ইতিহাসকী লমদমশি, কাঙ্গলৈপাক ইতিহাসকী লায়রিক হাংদোকলুবদা-হোৎনেংমা উরে - ১৮২৬ গী "যান্দাবো ট্রীটি" মথংদা ইং কুমদা ১৮৯১ গী এপ্রিল তাং ১৮ দা মহারাজ গম্ভীর সিংহগী ব্রিটিশকা ইনখিবা ট্রীটি। ...

য়ুম-চে অহুগী ইহান হাবরা বারোম মক্কুদা ইরিম্বা অহ অসিনি:—

"রাজ্জাদা হায়নবা মতুং ইন্না থিন্দরা চন্দ্রপুরদগী থাম্বা মকম হোংদোকদবনি, অহুগা থানা অহু জিরি ভুরেলগী লোম্‌-পোক থংবা তোর্বান্দা শেমগৎদবনি।

ইওই ওইবা হায়রবদা মখোয়, মতিক নৈরম্মী, মথৌমা নৈরম্মী, জাতিগী কলচর রাংডি মতুক মশোংদ কম্মা লৈ, মখোয় মোপত্রে। অহুবু চসিদি অরাং অপান্নো পিক থম্মা লৈরে—

১। জাতিগী মযেক্কা মৈদিংগু গরিবনিবাজ-না হাক্তক্কা লাম্মাখরে. অহুদগী হেন্দোক্লুনা পুম্না মৈ থাগ্রে। খুঃ মক্কং চহি চনিদা চৌমদা চো শংগৈমা পামবা লোইতুনা তংসিন শাগৈরা পামখি—তংসিমনা চৌন লৈবাকী লেক লৈরিবা লাইরিক লাইশু চে-চাং পুম্নমক মৈ থাদোকখি অহুদা মতুমা জ্ঞানী মীকোক ৩৬০ বু হিংমা হিংনা ফুমখিনখি। অহুশুমহুমা মৈতৈগী লাইরিক লাইশু পুম্নমক শান্তিদাস গোসাইনা মৈদা থাদোকখিবনি। পাম্বীহগী মপা মথেং থম্মা থাদোকপ্রবন্ধু অমুক মচোংলকই নুপা ফুকপ্রবদি কদায়গীনো? লাদগী ঈচাও অমমমদা মৈতৈ তাকতক

শিক্লয়বস্থু অমুক য়াম্খংলকই, জাতিগী পুম্না মৈ থাদোক শিন্নবদবু করম্না শিংগংপা ওম্মগদবা, মশুগী মৈশুংত্তুনি হৌজিক ফাওবা লৈরিবনি। ১৮৭১ চীদ জাতিনা অকিং চাবা তোক্কুনা মজাতী মরৈপাক্কী থল্লকপগুম্না. মৈতৈনা মজাতি মরৈপাক্কী থল্লকপা মনেক্কী লাহেন্লো থাওরিবা, লাইনিং লাইশোন্না মরোনগী মঁহুত্তা বাঙ্গালী সংস্কৃত লোল, সৌরশ্রেনী ভাষানা শিনথিন থিন্নম্না হৌজিকতা ভানা ভানা তাদবা মাপংবা ওইরিবা অদুদসু মঁগুম্না, জাতিসিগী লোলসিবু ভারতকী ৮ শুবা সিদ্ধালদা চলহনবিমু হায়বদা "মৈতৈ মথোয়গী নরোন্না লাইশঙ কাবা য়ারত্রা" হায়না কনাগুম্বা তমনা হংবা য়াওড্রবনি।

২। কলা সংস্কৃতিগী মরমদা য়েংলগংসু মৈতৈ লাই হরাও-বদগী পোকখ্রিবা জগোই রাস অসে হৌজিক্তি ঐথোয়গী ওইমল্লক্তরে, ভারতকী মমিং চংলবা জগোই কথক কথককলি, মণিপুরী জগোই জাতিসিবু মালেমদা শক্তাকলিবা কলাগী পোথোকশে ঐথোয়না পাম্মুনা চোকশিন্না হোৎনহৌদ্রবদি অরাবগী মশক্কি।

৩। হৌজিক ভারতকী সংবিধানা য়াথনা নিংথৌশিংগী প্রিভি পর্স ককথিবা রাজা রাণী হায়বা মিংকম লৌথোকথিবগা লোইননা জাতিগী কগুমদা তিনভং কাইজংলক্কদবগী মতাং অমসু লাক্কদবোই থল্লকলে। মতাং অসিদা কন্ত্রগী ট্রাষ্টি অমা লৈমনবা থিরেপ লৌবা তারকপগুম তৌরকলে।

৪। অসিদা নত্তনা অথির্ক অবস্থাদা কত্তবা, ইঁহুকেসন

সিন্টেমদা মৈতৈগী ওইনা কুমৈনবা মওং লাকলিবগিং অসিবু যাংকতবা ওমদবা।

৫ জাতিগী মনুংদা ইনফ্লুয়েন্স য়াম্না চংলকপা, শাজংতা লমচংতা বাচাংদা শাংাংদা, কিজেংতা চাকচাদা মুপীমচা মুপা-মচা পুম্নমক মখাংকী ওইবা কাউনরকপা অসিনচিংবসিগী য়াদবা ওয়্রকবা মতাংদ লাকলে।

থৌওং থৌদো কয়া অসিগী পান্দমকম অসি দায়র্দা থমসিগে কমদৌনা লেপসিগে হায়বসে অসিগীদমক মীথ অসিগী মথৌনি। হৌজিক মালেমনা বৈজ্ঞানিকী থুম শিনরকপগা লোইমনা অস্কম অস্নম তিন্নতোংনরকপা অসিনা ঈয়োইনবা চৌংলোন মাপন্না কোইশিন্দুনা লৈবনা কাছার শিলেট ত্রিপুরা হোজাই, লঙ্কা, অপর আসামগী লমদমদা চাইবা চাইনা তাগ্রবা মৈতৈ জাতি ইকাংলুপ অসিস্থ নংশিন্নরকলে। হৌজিক শেগা মাইগা তান্নবা মতাং হেন্দোকমনগ্রে। নিউ কাছার অসে মোংম ফাদোকী লম ওইরগনি, মসিনা ইজাতি অসিগী তোংন-তিন্নবগী থুদোং চাবা—শনম মীনম ফংনবগী মেশা হেন্নগনি অহূনা মথকী পান্দম কয়াসি নৈনবিনবা, থম্নবিনবা, লংলাগী লংখ্রিন চিংথোকচরি, ইবুংঙো ইবেম্মা লৈপাক মচা পুম্নমক্না থম্নবিয়ু নোঙ্গরি মতাং অসিদা ঐনা হঙ্গচগদবদি লোইশিনজয়ে।

(বারেং অসি ইং কুমজা ১৯৭১গী জানুয়ারী থাগী তাং ১০ দগী ১৪ কাওবদা কাছারগী শ্রীবায়দা পাংথোকখিবা "আর্ট অমসুং স্কুপ একজিবিসন্দা পিখিবা ইত্তুদকী স্পীসনি)

# "য়াইরিপোক থম্বালনু"

মণিপুর স্না লৈপাক অসি পিকই, পিকপগীসু মথক্তা চীংনা মরোল মরোল মাইনা কোইশিনলি। চীংদনা চীংমীশিং তাংখুল খোংজাই আনাল কবুই পাইতেমচিংবা চীংমী ইচিন ইনাওশিংনা খুন্দারি। তম্পাক্তনা মৈতৈ জাতিনা খুন্দারি। মাগী মাগী মপানাং মপুনাং ওাক্লবা হোংনরি। যুগ কয়াদগী চংথরকলিবা লিক্লম তংখিদনবা, চোইখিদনবা লাক্লরি। থম্মোই চাওবা কয়াবা থরাই চাওবী কয়ানা লুম লুরবা তাংকম কয়াদা চোংথোকলি চোংথোকখি মাইরোং য়ারি। মসিমক্তস্থনি ইতিহাসকী লুরবা তাংকম কয়াদগী মাইকৈ খোন্না শিংচিলকপা নোংলৈ মুংশিং কয়াদগী উলেন মংলবসু নংনা অমুক হেংরকপদি লাইনা হোরক্ত-তুনা জাতি অমগী লৈপাক অমগী মিংকম মুংহল্লমগ্রিবসি, মোনা য়েম্নিং চোংহল্লমলিবসি পুন্সি কয়াগী মমলদগীনি মমাবু নুংশিবা মজাতিবু কম্নিংবা থম্মোই কয়াগী ঈখোদগীনি। ঈরিসি থম্মোই খুদিংদগী তংতবা ওইসনু। মসিগী মমলসি থম্মোই খুদিংদগী লৈনম মাংখিবা ওইদসনু তুংদসু।

লৈপাকসি পিকচরকসু লৈপাক মচা তাবা মতিক মথোনা ঠৈবা পিক্লা, লঙম চাওবা লৈপাকনি। কুমলোম কেরোমনবা লৈপাকনা কল্লক মীতাবা, মীকুপ মাহুম শিংনা শরক শিনবা মাইনা থুদোং লৈংগদবগী লুমহুনা লৈগনবা লমদমান. মিংম্নং

থমলিবসিমকী ময়াই অদা লৈ মচু অভৈদা পংবা থোকপা নত্তে। য়েঙ্গ্লৌদগী মীথা পোন্নকবা শাদা-লান্দা মতিক মখোয়া লৈবা অকনবা পোকপী মণিপুর সন্না লৈপাকনি। লৈপাক অসিবু লোই চনগে লাকপা অচৌবা শক্তি কয়াবু চীংমী তন্নীশিংনা মায়থিবা পিহুনা মনিং মথা তমজরকপা পিক্না মতম চাউবা মণিপুরনি। মখোয়গী মতিক মথৌনাবু ভারতকী লৈবাক কয়াদা পৃথিবী শিন্না শক্না শোয়নি। মরৈবাক নিংবা বীর সহিদ কয়ানা মথ্যায় কৎতুনা পোক্নকম মমা লৈবাকপু মীনাই য়োং-হিলং চলহনখিদে, ইং শোক ১৮৯১ কাওবা। মতৌ অসি নিপাশিংদগী নত্তে সুপীশিংস্মু অত মতাই। মখোয়না মরৈবাক মজাতীবু মীথা পোন্দনবা লানকমদা থুংলাই পায়থুনা চোং-থোকখিবনি। পনবা য়াই লিনথোইতম্বী, কুরঙ্গনয়নী। লৈবাক্না অবাবা তারকলবদা লৈপাকী য়াইকনবগীদমক মথ্বাই কৎথোকপা তম্বী চনুরাশিংস্মু কয়া অমনি। মাগী মথম্মোইদা মরৈপাকপু মুংশিবগী ঈছম চেনখি মজাতিগীদমক থম্মোই শোক্না কল্না তমখি। মশুং মমায়বী মমায়বা কয়াগী অৱাবদা পোথাকম থংখিদে। লু:তোংবা কুপ্পা শিব: মাইবা হকচাং পোলাংগীদমক বানা কপখিদে। মজাতিগীদমক অশিববু শায়পোৎকুম থনখি নোক্না নোক্না মথৱাই থাখি। মা লৈতৈ চনুনি। মতোম্না মীওইবা অমদা চেনকম থোকপা শুপ পুৱা চেনখি থোইদোক-পদি কথোকপা তম্বা থম্মোই পুখি মরৈবাক মজাতিগীদমক।

থম্বালম্বু শ্যনৌজম চম্পুনি। মমা লুপ্ত্রাবীনা মাওরোম্বী ম্লাইবা উলেনলক্লা চাওজবী লাইবক যিবী মহাক্তি মাগী হ'যববু অপিকপা মৌপুবা অমুথক লৈজে। মাগী পোকৃকম শাংকমদি মাইরিপোক পোইয়ৌ খোংজিল্লমি। পূ পাং শুত্রবী থম্বালম্নুসে হশক মতৌ নিংথি, মরাহৈ খোমকম মুংশি লমচৎ বাবৎ'রু ফুজে। অহল লমন মশক থংনা চৎচৈ, থকপি খাপি মাইবী, নোংমতস্থ অশাওবা শককম উদবী, ম বু কৈরোই লৈকাইগী অহল লমনশিংনা মচা মমৌ ওইজল্লিংভি। পাথং ওইবশিংনা ত'লে'ইশিংদা চমজনিংই। অ'সদগী নিংঙোল মাগী মকাইদা খাঙ্গা লৈকাই কোইরত্তুনা মুংশি মুংৎন মপাওনা পাংদোম-জরবা কোঙ্গাইনি। মুংশি পুকে মখোম মরক্তা নিংভোমা মপাও তমে'না পাথং ওইবশিং কয়াগী মপুক্লিং শোকহন-কাহন্নখিবা কৈতে। অহম ওইত্নস্ব নিংঙোলগী পুক্লিং ইমুংবুংগী ঈরেপ তম্বা তম্বদি কমাগী মতিক লৈদে।

শক্লা কৈথেন্ কারিবী রাশিনা লানুপ পুরিবী নিংঙোল মাগী মচে লৌবু অহম হায়না শৈথানিংইদো—

“কুলৈ বুচু লময়ৌই,
লাইবক শেলৈ মতাকবদা
মুশুক মুবি শম্লাংনা
হুম্নি পানবা থাজগুম কোইকল্লনা নিংথিরি।
চুবা শোয়কম অ'মদা
তাথরকপিবা শাইনোনবু
থবাদগী লৈয়িক মওইরে—।

পিগুম পাগোই য়েংলুবা
নোংমদোল চুমথাং মমাম্না,
কোঙ্গোম্না পুক হুয়ে।

মরোল লোনবী মিৎস্নাহু
ম্নামৌ শক্তি মিত্তানি।

নিংথিজবী নাতোম্না
অরাংলমগী পোইদিংগী
মপালগুম্না কুগাইরে।

চীনবাম খেলৈ মতানা
থাবকী তম্নালগুম তন্তাংলি।

ম্নারী খোংজী কুন্দ্রাদা
ম্নাগী পরেং কুন্দ্রাদো,
নৈরাং কুন্দোমকনিদো।

থজাই তোংলোই অনিমা
মোইরপ্পা তভাং কজবী
মমুন কাবা তাওজিং হৈগুম্মী।

ঙকপম তোংদম য়েংঙকপা
তন্ডবী লিক্লী মঙৈরে।

থবাক তানকম নিংথিবী,
হুজা ম্নাগী লিকপোক্লম,

থিকলেন চাইজি কল্লপ-তা
অউবনা মীহৌনিংঙাইনি।
খাংগী তামসি য়েংঙুবা
লাংবন উচিখোইনিনে।
নুজাগী পাখোম অনিদি
পাং লৈথানুংদগী থখৌ হেন্না মঙইরে।
তাংনাইদবী খুৎশানি,
লৈহাও লৈয়েন পুম্বুমনৈ।
লৈকপন-লৈরু তমথবা
লকু লেম্রা মাল্লিদো,
খোঙদানা খুরুম খোঙদাল্লি।
ভিংদা খাংদা তোজানৈ,
য়াংলেন লাইগা য়েংবদি,
নোংথাং লৈমা লংচাল্লি।
নিংছু তোংলোই তমথবা
খুবী তামসি মরুগুন,
য়েংবদা পুক্লিং হুবল্লি।
খুবোম চেংলৈ উরুবা
লকু নয়োম খোকপল্লি।
নিংথিজগ্রে নুজাসে,
খোইমু ওইবা কয়া,
মীতাদবা কন্না লৈ
য়াইরিপোক পামপাক অসোমদা।"

অদুমা খোইমু শোয়ামলক্তগী, মুক্তা মখোন্দা ওংজরবা কয়াগী মনুংদগী মুহোমসিং মহাকসুমি। কদিগীসু খোইরাংদনিংঙাই লৈ? ইনথংলকপা পুন্সিগী লময়েংবা ফজবা শকমি, ইকাইখিবী, যোং-হাজদবী মতৌবা অমুকা হেন্না ফজবগী মগুণ ইনথংলকপা পুন্সিদা শমান লে-মান্নবা মশুং মমান্নবগী শক্তম থম্মোইদা লে দনা মমি তাবাদ হৌনশানি। ওস্বালন্নু মাগী থম্মোইদা তাইজ্ঞ মুংঙমন্নবা মমি, কনাগী? মোহনসিংগী। মুক্তা মানা খহিং মুংথিল অথমনা মথম্মোইমুংদা লাৎচরিবদি মহাক্তনি। মথংলেন মহাক্তী য়াবা অমসুং মশক্তম্নু নিংশিংজরগা মাগী অবাবা কয়াবু কাউজরিবনি, ময়াই অমদা মুংশিবগী।

মোহনসিংসি য়াইরিপোক খুঙ্গাওদা পোকপনি। মহাকসু লাইরবা মচানি, মাস্নু মুজাঙুব পূ-পা শুদে, পলেব লুপ্রাকীনা নাওকোল্লি। পিক্না পম্মৌ কাইনখি। লমচৎ শাজৎ মিংথিবা, অহল লমন মশক থংজবা, থক-থা নাইনা চংচবা পুক্লিং তপ্পা, অচুম্বতা চংচবা, অরান অহুই ঙাংদবা মথোনা লৈবা মিপা থোকপা মীনা লাকচখিবদা খাংবা ঙমজদবা পাথংনি।

মোহনসিং থম্বালন্নু অমিগী মুংশি পরৈ পুন্নখিবা পরৈগী লৈরোল হকখিদো, পলেম ঙমসি তেমশিংনৈ, পম্মৌ ঙমজি য়াশকনৈ। পান্নু মুংশি চেংলেংবু মিংশিংলুরগা মুজানা বাখলগী তরং অপদন্নু তাওইজ মিকুপ অমস্ন থম্মোই মুংকাংনা মথক্তী

খিক খিক মনোকচৈ, মথন্তা বাগী শাজৈ। পাখং মাস্থনি, মুন্তা মাবু মিংকুপ অমগুম্ভু কাউথোকচবা ঙমদে। কাউগে থমলুবদা মথম্মোইদা থাবা ঙমদবা চৈন্না অমা কাওরকই। মহাক্তগা হন্নিন্না শাবা ৱারী ওইরবস্থ শাগিংঙি। অংম্মা মুংশিগী কিগৈ লাক্লবা কিগৈগী মরেক শেংলবলে। থদবা লৈকাইনা থংমরকলে. উদবা কয়ান্ন উনরকলে। চহিগী লাকপা কুম্মৈ ফিরোং কয়'দা মোহনসিং থম্বালম্নু লিপক্লনা চংমিবৈ। চহিগী লিকোল শামবা লাকপদা মোহনসিং থম্বালম্নু ফম্মিবৈ। অমুকস্থ থোইদোক্না পল্লবদা য়াওংংগী থাবল চোংবদা নিংঙোল পাগং অনিসি খুজেং পাল্লোইনা মচোংই। মতৌ অম্নম তৌহুনা থাইমু কৈনাং অনিগী অপাম থোইনা মতৌবু উরুবদা কল্লক মীহৌচাওবা কমাগী থম্মোইদদি ভাশোন্না থিনবনি। অতাক অফোংমবা, উশি তে থওইদে হায়বা বাথন্দা মুজা পাখং অনিগী খুজিমগী ভুম শানিংবা কমানা নিংঙোন পোকপীগী মকমদা হুজিনবস্থ কোঙ্গাইনি।

থম্বালম্নু মমা লুগ্রাবী, অবা হাকথেং তোইমমলবী, মীনা লাকচ খুত্রম চনবীমন থম্মোই লৈমোন কংলবী, অতাবা খুদিং লাকশিনল মীগা মীমান্না ঙম্নবা, মীথা থাজিংদ বাথলদা মচাশিংবু পিদোম্নমা হিংদনবা থা চিন্না তোংমকবী বাথল লৈবী হোংন ক্লনবীনি, অশেংবা মৈতৈ নুপীনি। য়াইরিপোক কৈথেলদা কাহ্নমা য়েন্সাং নাপী য়োন্দুনা অফংবা শেন্দোং অহনা মচাশিংবু থাকচবীনি। মযোম্না পিক্লিতৈ নুজানা শায়েপ কাজিতৈ পুক্লিং

শৈতাজমবু কৈথেলগী লুকমাই কমজবীনি। মথোম্মা চাওখৎ-লকপনা কল্লক মীশৌ লাক্লুমা মীহৌবা শাহুম ফংলকপা ত.সিদদি কৈথেল পোংফমদা মৈবাচিংমা কমগুম্লক্লরে নাকোংশিংভা মৈরকলে। মৈদিংগোল কৈথেলদগী কুম্মকলগা মথোম চেংমা চায়ুগিনে। মোংমতা চাংদবা য়াহাংনি মোংমতা য়েংদবা মিংয়েংনি, হসি থম্মালমুদা চাংকরিবা য়েংলরিবা মিংয়েং নায়েংসে।

মপাম্মা পিক্লা থনম্বা মথোমনি। মোংমতম্ম মচাবু অরাক অখিমমা চৈ চাংখিদবানি। হসিদি কয়িনো ওস্নোকই, মপাও অরাক তম্লয়ে মিতেংল পোকপী মমাসে, "ইমাগী থম্মালমু করি ওইরমি ইমাদি, মংবু খংদবোই ম সি কম নো? লুখ্রাবী মচানিনে পিদং পাদৎলবী. কমা লৈ নংগী হাকন চংবিমবা মপা। পাম্বোম তিংবিনবা মবুং, হাকন চ বিনবা নত্তোন. ম বু নিংশিংজবরা থক তাইবংপানসিদদি অত্তোনবগী চংজফম লৈতে লাইরবগী হায়জ-কম লৈতে, শোল্লবশিংবু তুম্বৎপা. য়ায়বশিংবু মহৎফমানি হায়বসে থম্মালমু? মংসে লাইরবী তোল্লবী লুখ্রাবী মমবা পোকখিনী। করিগী শাকৎ হৈমাচংতে য়াহং হৈমা ভাদে। করিগী মংমা হেয়ো হেদো কায়িবা, ম'গুখীমা শেয়োক লৈয়াং চৎপমা? ম'গুখীমা কানি'বা য়াকা কাবয়া? নোক্লি'থা মিমোক মোকপমা? যাহৈগী মচম খিদমা যাহৈগী লংগুং কিবয়া? থম্মালমু ইমাদা, করি হাম্মা হায়শিগে মংসে থম্মুনে।

কল্লবপা মীশৌ চংলকলে, কঞ্জাওবগী পোয়োল লোল্লবলে থম্বালন্থু ? ইমা ইগাসে য়াংদোগী ভিদ্রোক ওইবদি শোইদে ? মসি হায়রগা মমা.মা মুংহিক মুংদানবা হিক হিক লাওনা কপচরকই। মমাগী অর বা উবা, মমাগী মিকপ তাবদা থম্বালম্নুনা মথক্সোই কাঈজখি, হায়রকই” পলেম ইম.। লৈক ইগী পাউমিন খোলনি নচা করি তৌজদে। মীনা তাংব. কয়া লৌবদু, নযোমনা লমংকং লমহাইদে মশোং চাউদৰী নযোমমি, ইভন লৈজদবী নচানি হায়বসে থংনা চৎচবী ঐান।” অমুম্নদি থুমজ্জবদু থম্বালম্নুদো কল্লকপা বৈশা মরক্তা মুংশিগী বৈশা লাংলেদো। করি থোক্লগদবোই খ্‌দরে তুংদা।

কল্লক কঞ্জাওগনবা তমশিবা নিপানি পূর্ণামসিং হায়বা মিপাসে। মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ মহারাজগী অচ:নবা মনাইমি, ইনাক কৈরাক থুনবা, মনাইন। লৈরিক লৈরাক থনবা, শেলুংবম্ন ওইরিবনি। য়াইবিরোক য়াইকৈ অশোমদা মাবু কি তুকৎচনৈ। মরমদি মাদি কল্লক থোক্কনবা, অকল অরিং শিংমিংগনব, নাপন শাগোনবা, মীবু নমজা হাজানবা পাম্বা, থম্বল চাওবা, মীবু থাজগন্দব, মীথানদনা, মীগী ছিত্র য়েংগনবা মশাগীতা ওইজবা তানব মীওইনি। ইকাইবা থংদে। নিংথিজবী থম্বালম্নু মহাক্তা মীতাক্লরে। মোংমা থম্বালম্নুগী মরাময়াহনা লাক্লগা হায়খি “মুক্তা ওইবী থম্বালম্নু নম্বকী কায়োক মহাদেব থুরুপা চংসি। পাথং ওইবনা মুজা ওইবী নহাকা চৎচনিংগি, কিদোম করি হায়বগে ?” বাকম অসি তাবদা থম্বালম্নুগী থক্সোই ভংকখি। য়ানিংদবা মপাওনা হায়জখি—

– "ইবুং ওইবও মচম্মী লাইরবী লুপ্নাবী মচানি। পনবাম লাঙবা ইভিক নংচদে। চংচরোইনে রায়ৌবিগনু।" পূর্ণামসিং ইকাইবা নাইদবা মিপানি। য়াম্নিংদে থংমা তোকে মনিংদবা অয়াক অতম্নবা মপাউনা চিমশু পাওশুনা হায়খি. "থংদে থংদে থম্বালম্ন ঐদি মংবু ঙাইরমগদবনি লাকবা য়াদে।" অদুম্না হায়রম্লগা বাগী মথা ভাবা নংহৌদনা কং হাইদোক্লুনা চংখি। হন্দকী মতাং অসি থম্বালমুগীদি পূম্নিদা তেমদোইখিংঙাই ওইবা মতাং হায়বমু ওইগ্রে।

পূর্ণামসিংবু তুক্লচবনা কাম্বাক মহাদেব খুরুম্বা চংসি হায়বা য়াহৌদবা ওইহনস্ল মথংদেম মোহনসিংগা লোয়নদা কারোক মহাদেব খুরুম্বা চংলি। নমথাংদা মপূকচেল ফত্রবা পূর্ণামসিং শেলুংবগা খিংঙাই শংদানখি।

থৌদোক অসিদগী থম্বালমুদা পূর্ণামসিং শেলুংবনা ঙমগে হায়বা বাথল অমা কম্না পোকখি। অদুগা মোহনসিংগী মথক্তম্ন পূর্ণামসিংগী অথা মিংয়েং রেংথি। "লাইরবা মোহনসিংনা চৌং-শুবা পূর্ণামসিংগী ইফমদা শিংনবা শারি মতিক ওকপা লাক্লগে হৌনখি। মোংমা অচিকপা লম্বাং অমদা মোহনসিংগা পূর্ণামসিং শেলু'বগা থেংনখি। মতম অমু অচং অওক কনা অমত্তা থেংন-খিদে। মতাং অমুদা খুদোংচাবা লৌমুনা পূর্ণামসিংনা মোহন-সিংবু থংলগা হায়খি—

—মোহনসিং নং ঐ থংইদনা. ঐসি মৈদিঙু গম্ভীরসিংহগী অচানবা মনাইনি। ইশামক শেলুংবমু ওইরিবনি। য়াইরিপোক

মাইরৈসিদা ইনাক কৈরাক থুমবা, ঐগী য়াকা অমদা লৈবাক্লা থুক্ল কুনবা নিপাখি।

—"খঙকৈ অঙবা" মোহনসিংনা ভপ্লপ্লা খুমজৈ।

মসিদা পূর্ণামসিংনা ওকচাওখেক্লা মাপলগা ইরোইনমা হায়রকই—

"খঙলবদি হায়গে ভাও, মহাক পূর্ণামসিংনা মুংশিজরবী মূপী, শানৌজম চহু খগালমুমু থাদোকপা তাই।"

রাঙাং অসিদা মীনা লাকচবা য়াদবা মোহনসিংনা থুল্লকই,

"কয়ি রামো অঙবা ওমলে হায়হুনা পংতাক তাকপিয়েনা। অপাম মুংশিমী মমলবু লন-থুম, ম্না-লুপা, নাপন অমদি থৌনামা করমা ওইকম থোকপগে? অহুবু ওইরসম্বু অঙবা বা অহদি ঐঙোন্দা হায়বিগদবা নত্তে। মুক্তা খগালমুগী মকমদা হায়বি-রুপদবা রাকমনি।"

—"পূর্ণামসিং ঐগী চিন্নকত্তা অয়'মনা খুমগনু অকবা ওইরোই। মঙোন্দা হায়রিবসিমি খগালমুসে মং থাদোকউ। মদি য়ানি য়ারোই হৌজিক হায়যু মোহনসিং।" তৌবা ওম্মী মভাঙম মগুং মমায়মবু মী ওইমা উদমা উশিংতনা ঙাংলক শল্লকপহৃদা মোহনসিং থাংবা বারকই শিংনবা অমা য়াওমা মু'ঙাইতনা।

—"অংবা হায়বিগনু য়াদবা মতাং থোক্লবদি।"

কল্লক কগ্লাও থোক্লা পূর্ণামসিংনা হায়রকই—

—"মপুন্সি কেমদোইনবা তাইদনা। হৌজিকমু খনাখো

মতম লৈরি মোহনসিং, নহাক থম্মালমুবু খাদোক্লবদি পূর্ণামসিংনা মোহনসিংগী মরুপ অমা ওইগনি লোয়নবা মংগী অরাং অপা পীগনি। মৈদিঙঙু গম্ভীর সিংহগী স্না মাক্তা পুশিল্লগা মপুগী মমাই অচানবা ওইহনগনি। নপুন্সিংহু মরাং কাইনা পানগনি।"

খোইদৌ শিকপা রাঙাং, হন্নবা মিংয়েং, থৌওইদবা শাজং মতাওদা মোহনসিং মপুন্সিংহু পাম্মুংক্তে হায়রঙই

—"শেলুংবা ঐসি লাইরবা মচানি, কনা হন্না উৎরবনি অহবু অহক য়ম্বদি ওইদে। ঐত্তোন্দা অপাম্বা মীহোবা উত্তনা নত্রগা অকিবা উত্তনা ঐগী লেংরবা রাথলবু মমি শামহনবদি মতিক মত্তে। হৌজিক মী চিক্লে অচিকপা লক্নাংনি, মোহনসিং পূর্ণামসিং পুন্সি পোম্বা থানহনা চাং য়েংনবা য়াগনি।"

অসি হায়রগা মোহনসিংদো মমিত্তা ঈ কাহনা মখা কর্রক চিক্না পূর্ণামসিং শেলুংবগা লম্বা তোগে হায়দুনা মফি শেমল্লে। পূর্ণামসিংম্নু চেনবা য়াদবনিনা মফি শেমদুনা চোংশিল্লগা মম্লে। অরাবদি শেলুংবা মতোমতা লাক্লমদে। কদায়দগীনো খংদে মাগা লোয়নবা মখোয় মচা ভরুক চোংথোরক্লগা মোহনা সিংবু শাথিনা কুমৎপিরে। মখোয়না খিংবদি মোহনাসংবু হাত্তোক্তে থনবনি। অদু মোহনসিংগী চেং খজিক্তং লৈবনা লাপতকপদগী মুপা মচা তরুক লাওদুনা চেনশিনলকই—

—"হাই কনা কনানো, মী অমদা নখোয় মচা তরুক চংইবা।"

মীখিন হেক ভাবদা পূর্ণামসিং মাগী থোঙলোয়শিংগা চেনথরে। চেনশিনলকপা মমাম অহনা মোহনসিংবু কোনথংলে।

মোহনসিংদি মতম অহুদদি জান মাংলম্লবনি, মথোয় ময়াম চংহুম্না ফুবদা। ময়াম অহম্না ডাইভাক ঈশিং চাইথুম্না লাক্লরবদা মোহনসিং জান লাকলে অহুবু মশাদি য়াম্না চোকথরে। মথোয়না মোহনসিংবু মমুম ভাম্না থিনজিনবিরম্মী। লাইরবী মমা লুপ্রাবীনা মচাগী মতেংদু উবদা কপচখি। খম্মাই শোক্লা হায়খি—

—"মাংলেদনা ইচাদি ইমাদি কদ্রি ওইরসিগে? ওহোকইদা নংগী কনা লৈজদবনি, পারুবা ভাইবং মালংপাদদিদা লাইরবা মচাগীদি কনাস্তু লৈতে খংব্রবরনে নংবু।"

অসুম্না মমা মচা অম্রা নুংনাংনা মতম লেমখি। অসোমদা পূর্ণামসিং শেলুংবদি নুংঙাইতবগী মৈনা চাকখি। লমন খুমনিংবগী ময়াই কাবা হু অহু ঈনোং কাবা হেমখি। মহাক্না চপ মুংনা মতৌ করম তৌরগা থম্বালনুবু মথুং চনবা ঙমগদগে খনখি। করম্না খুজিন থৌরাংনা মোহনসিংগী থবায় লৌসিগে, মসিদা খন্দুনা মতম পুম্নমক্তা পূর্ণামসিংনা মোহনসিং অমস্তুং থম্বালনুগী মাংনবা শিল্লকলে।

হৌজ থেংথাং কয়াদা মোহনসিংবু মথম্বায় লৌমবা হোংনখি। অমুক্তি মোহনসিংবু মকোক শাথিনা থুগাইরগা হন্দোকপিরম্মী। অসুম্না হৌজ হৌজ ওংপিবতা নতুম্না লাইরবী থম্বালনুগী ময়মদা মুম্মিদাং মী থাজিন্দুনা শগুন ভৌহন্দুনা, থরদং লৈজবহ হূরান্দুনা পুম্মিখি। লৈত লাইরগী উফুল্লক্তা মমা মচাবু লংথবিরম্মী। মপুম থিংনা ওংপিরম্মী নাপুংশি থংদনা। অসুম্না ওংপি নেবীবসে

থম্বালনুনা থংবা ঙমদ্রে। মথংলেন মোহনসিংদা কল্লবা পূর্ণাম-সিংনা ওৎপিবা নৈবিবদা মহাক খাঙবা ঙমজদে। মরাল নৈজ্রবা মোহনসিংনা মথৱাম্ন কাওবা মাংবা য়ামা নৈরিবা থম্বালনু ইশুং লাংগনি। ঐনা লায়্রৱী ওইবনা অহুগীগু মথক্তা নুংাজা পাঙ্গলনা ঐগী থৱায় ওইরিবা মোহনসিংগী লমন শিংবা ঙমদে। পুকচেল কল্লবা পূর্ণামসিং শেলুংবগী মরাম-য়াইদা নৈরুগদবগী শরুক থৱায় থাদোকবিদম শক্ক চাম্বা হেন্না কৈ। ঐ নৈত্রবদি পূর্ণামসিংনা মোহনসিংগী মথক্তা অথাবা মিংয়েং অসি য়েংলোই। নুংশিজরবা মাগী পুন্সিবু মীতারিবদে মীতাররোই। ঐ হিংবা চুমদ্রে তাইবং য়ালংপামসিদা। অহুদি ইতোমতা শিজরসিন্না? ইতোমতা শিবা হায়বসি অচৌবা পাপ লৌজবনি হায়নৈ। মপুগী খুংশেমবু লৎন থোংথিংবা ওইনা থোকই। অহুদি করম তৌসিবা?

অসুম্না থম্বালনুগী পুন্সিদা ৱাথলগী লানকম অমা শোক্ল-রকলে, হিংবিসিরা নত্র্রা শিরসিন্না হিংলগনা কদায় কাওবা তোজবা, শিরগনা কদায় কাওবা মাংজবা, ৱাথলগী কলা পায়হনা অরুম-অয়াং ওনবা হৌরকলে। তৌকম থঙদে, হায়কম থংদে অচাওবী ওইরে থম্বালনু।

অসুম্না লাইবকথিবী থম্বালনুগী পুন্সি অৱাবা মতাং অসিদা পোইরৈ য়া নৈব কী খা মাইকৈদা নৈবা ৱাজোইগী মো পোক থংবা তুরেলগী তোৰ্বান্দা শাথিনা কায়রে। মকম অসি লালুথেম ক্যামলৈ মথোঙ নৈশাংখোঙ থিংজেলমক্তনি।

খুঙ্গা তরানিথোইগী মীকোক্না থিংজেল খ্বাংবা লায়বনি অদুবু থিংবা শুমত্রে। অরংপা লৈতমা শিন্নরকপা ঈশিং না ঈরি লৈথ-রকপদা অশোন অনা প্রজা কয়া অরাবা তারে। ময়ুম মকৈ, শঙ্গোয় লুকোই হেত্নরে। অশোন অনা কয়া মঙ্গায় গারে। চানবা লৈত্রে লৈকম লৈরে। প্রজাশিং না হৌত্না মংরায় থুবাক্না হাপ্পুনা থিংবনি অদুবু মশুমত্রে। উপাই লৈত্রবা প্রজাশিং অমুনা মৌদিগুড্ গম্ভীরসিংগী স্না কোনু দা চেনখংলক্লুনা তুররে। প্রজাগী থরায় কনবিয়ু ইনিংখো। প্রজাগী অরাবা উবদা গম্ভীরসিং স্না খোংলেংলক্লুনা কায়রিবা থিংজেল স্না মিংয়েং তাররি। অরাবা তারবা প্রজা কয়াগী মতেং পীরৈ, লৈকমগী খোরাং তৌরৈ। ইনিংখো য়াংনা স্না কোনু দা হন্দনা লৈবাক হৌনা থিংজেল থিংবা লাক্লবনি অদুবু মশুমত্রে।

হন্দকী মতো অসি অঙকপনি। মমৈদা মবুখো বাত্রেন থানা চাউবগী মকমদা চংজরকই। লুপা কোনয়াই হুন্নে স্না কোনয়াই হুন্নে। হুইত্রি অমাই পানংদগী শরিক চোমচাউ পাযবী, লাংথৈ মপোপ চিনবী, চরৈ খিছো শেংগী অমাইবী হয়াবা থুবাক পোপচাউ থু, থুরক লাংথৈ য়েপ মবুখো থানা চাউববু য়াকাইয়ে। অমাইবীনা লৈমাং কন্না থরি মশুদারে। থানা চাউবগী মপাউ চেল্লকলে।

"হন্দকী লালুথেম ব্যামলৈ মথোঙ কেজোই পোকপী লৈচিন্দা কায়হুনা লৈপাংখোং থিজেল থিংলিবসে মোয়ু মুঙ্গা ভইবী, শুমাং উরোং খিন, ময়াম লুহোং খোংদাক্লিবী অমা

শরেন তুবা শক্লা পন্দা হাপ, অদু ওইরবদি থিংহেনগী মাশিখোং মরা তাওহল্লোই। পমগী মরু চেংকমগে, চিংখেল উইকেগী শিংচপ কলহনগে লোয়নবা লৈবাকী অবাবা কোকহনগে মত্রবদি বাংত্রেন খানা চাউবা ঐগী ইওয়া প্রজাবু কনবা ঙম্মরোই।"

অসিগুম্বা বাংত্রেন খানা চাউবা চৌডঙ্গী পাউদেল অসি তাবদা লৈবাক চিনবান কংগ্রে। মৈদিঙগু গম্ভীরসিংহ বাখলবা লাম্বা কংখিদ্রে। কনানোনে লৈপাক্কীদবু ফরবদি ঐগী থবায় কংকে হায়গদবী মুক্তা অংবু? ঙসিগী মালমদা মপুই শিম্বা তুইহ্না লাক্লিবী মাগী পুন্সিবু লৈবাকীদমকনি হায়না থিংহেলগী পন্দা শরেন তুঙম্বী। নভ্রগনা তম্বা কনানা লৈবাকীদমকনি হায়না থিংহেলগী পন্দা শরেন তুনবা. কনাখো চোংথোক্লগদবা মপা ওইবা নভ্রগনা লাক্লো নিংথোগী লোইরাম মীকাবা চৎপা মীশিং (চুরাম থাবশিং) মৈদিঙগুনা মওন মওন খনদিবনি অস্লুম্বা। স্না স্নাথং তাইংবা ঙমদে মুক্তা অমত্তং লোম্না কারকত্তি হায়বসে। নিংথৌ মুংহিক্লবা বানা থাংখি। মতুংদা লাইমিংথৌ স্নামহীগী মশাইগোম্বা অমুক হম্না অমাইবী অমাইবা চাম চামনা স্নাকাইরোন শৈশক শৈরাওই। মৈদিঙগু গম্ভীরসিংহ লৈবাক প্রজাগা লোইননা মবুথৌগী মশাইগোম্বা ইঙা নোংহৌগুম থেংথাং থেংথাং কপচখি। অথেমপোৎ কম্নাগা লোয়ননা কপচরে। অমাইবী হুইত্রি পাদম্লে, অমাইবনা শেনমিৎ তারে, শম্রিক চোমজাও খিংনা মবুথৌগী পাউদম চেন্নে। মদু মতাই মবুথৌ খানা চাউবগী মপাউগা মান্নরে।

লৈবাক্তা অমাবা ভারবা মতম অসিদা লৈবাক্তীদমকনি হায়না মথরায় কংন্নিংবী কনা চোংখোক্লকখিদরে। খোইদোক্পা নিংথৌগী লোইরান চৎপা মীহাৎপনা ফাম্বনা পন্দা হাপখিগন্না চিংনবনা মরান লুগ্গোং খোংজ্রাদ্রিবী লুহুংকিশিনবী লুখাং কোইকরুবী লৈশাবীশিং ময়ুমদগী হেন্দোক্লখিগ্রে, অচিকপদা খোক্লখিদরে। থম্বালনুগী নাকেংদা লৈবাক্তী বারিবা পাউ অমদি বাংব্রেম থানা চাউবগী লাইবাউ ভাজরকলে। থনথি মুজানা মতাং চারে ঐগী থবায় কৎপা। করিমু লৈত্রবী মুজা ঐগী থবায় কথেক্লগা কায়রিবা পনবু থিবা মারবদি অরা অনা তারবা মীওই লিশিং লিশিংগী অগাবা কোক্লগনি। অহু ওইরবদি পোকচমনগী মহৈ মাল্লে। পোক্লবদি শিবা শোইদবনি। ঐনা শিগদোরিবা মীশি অসিদি শিবা মপ্তে শিদবা উরোং খিনবনি অসিগা লোয়ননা ঐগী থবায় ওইরিবা মোহনসিং মাগীমু অক্কবা ওইগনি। পুকচেন ফজ্রবা পূর্ণামসিংনা মোহনসিগী মথোঙদা শম লৌরিবসি কোক্লগনি। অসি থল্লহুনা মুজা থম্বালনু পলেম মকমদা তাক্লবদি পলেম্মা মাবু থিংগনি, মতাংরোইশিংদ তম্নবম্ম মাবু থিংগানি, মতারোইশিংদা তম্নবম্ম মাবু থাম্লগনি থল্লহুনা বাকম অসি কনাদম্ম কোংদোক্লে। মমা য়াইরিপোক কৈথেলদগী কুমকলে হরাও হরাওনা পুক্রিংগী বাথলবু লোৎলগা থম্বালনুনা মুডিগী মতৌগুম্না মথুৎমক্না ওরা চাক খোংলি। মমা অমমুং মচিন মৌপ্রাগা লোয়ননা চাহিমর। মাগী থম্মোইদা ফুমলিবা বাকম অহু পলেম মমাবদি করিমু খুজদে।

তন্না চাক চারগা খোমলেন তুমখুম তানগ্রে। থম্বালনুগী মমাদি নুমিৎ মাঙোন ময়াই য়ৌবদা তন্না চাকচন চারগা কাখিবমা য়াচংবদা কুম্ভকর্ণনি বাবমা থোক কুনগ্রবনি। কমুংদা হেক তাখিবগা অহুম নাখোক্লুনা তুমগ্রে। মৌপ্বা অহুমসু অঙাং ওইবগী কৌমবা নুংথিল চুপ্পা চেন-চোংহুনা শামজক্লবনি। কমুংদা তাবগা ইশি শিনা তুমগ্রে। থম্বালমুদি তুম্বা য়াখিদে।

মমা অমসুং মৌপ্বামা তুমখিবা ঙাইহনা লৈজবী যানি। থম্মোইগী মৈচাক থম্মোইদা পুখিনি· পলেম মমাগী মৈবু পুগন্না, চাউজত্রিবা মৌপ্বাগী মৈবু পুগন্না অমরোমদা নুংশি মৈচাক্লা কাহংলবা মথংলেন মোহনসিংগী নুংশি মৈবু পুগন্না? পুন্নমক থাদোক্লগে। তাইবং মালং পানসে থাদোক্লগে। তাইবং লিশিং কয়াগী পুন্সিবু য়াইফবা পিনবা লৈশাংখোং থিংজেল ভানা চেক্লগে হায়না লেপচরহুনা তপ্পা তপ্পা কমুংদগী হৌগংলকলে। মাশোম পিক্লা চরৈ হোংদোকলে। থাংচেৎ মচি লাংশিনলে। পম্বোগী মোংবা মরানয়াই থাদোকপা তারে। বাজরবী পলেম মতম পুম্নমক্তা মাগীদমক্তা য়াইফনবা থজরিবী পলেম মমাবু থাদোকপা তারে। পলেম মমানা কৈথেল কাগ্রগা মচেমদা নাওথি শাজবা মৌপ্বানা কনাদা কপচগনি, কনাদা ওইনজগনি, অহুবু লৈহো রোকো ইচেমদা। পলেম লাইবক থীবি মৌনা লুখ্রাবী মৈচাক কংহৌরবী মপারী নমোম ঐখোয় অনিবু চাউনবা হোৎনবদা লুখোং চাকওইনবমা লরাই কোইরেল তাংলবী ইমাও নমোম হাকম চংবা লাক্লবদা থম্মোই চেংথৈনবা অকি-অথং লৈরক্লবী

ইমাও লৈহৌরোকো পুরুফবী। নমোম শেংনা মৈনা থাইবদা পলেম নংগী পুন্সিনা থৈত্রিব ফাওবদি পিরাং পিথমনররোইদকো।

কপ্প ইমা, কপ্পা লেল্লু ইমা য়াদ মতাং থোকপনা নমোঙ্গা খোঙ থাংবনি। নমোঙ্গা হন্দক থাংলিবা খোঙথাং অসি অমুক হন্না হল্লক্ররোইদোবা মফম অদুদনি অদুবু নমোম পোকচবগী নি ইমা, পুন্সি লিশিং লিশিংগী মথক্তা কনবী, অদু কোকহনবীগী মমা অমদি ওইরেদো, অদুগী অপেনবদুমা মোকউকো ইমা কপকমুকো। চংলে ইমা। খুরুম্নবী খদাংমু নাশোন পীক্লা মমাগী খুয়াথাদ। ওঃ খোঙ থংবা শুম্রকত্রে মোপ্পা চাউত্রিবা উবদা। কমদোনা খোঙ থাংবি চী গুম লুম্লে খোংকম দুকপা শুমত্রে। ইচেমগী ইবুংঙো, ইচেমবু কয়ি ওইংসিগে, পল্লি ঙাইহাক, কপচৈ খম্বালম্বু অদুবু মতম্দি কোরকলে পনবা য়াত্রে। পলেম্মা মিকপ থোক্লবদি, মোপ্পা হোগংলবদি পুক্নমক কায়রগনি। অমুক মতম কংলরোই, শিমদে থোংগী মাতৈ কাঙই। পঙ্গোগী মোংবা শক্তাই দাঙ্ভীদগী কুমথরে। মথন্তা কপ্পা কপ্পা চেল্লকলে লালুংগেম ক্যামলৈ মখোঙ তম্না। অহিং অসি মী-পোং কনামক্তা চংতে কিনথিবনা। মৈদিঙঙু গম্ভীরসিংহনা লোইরান মীফাবা থাদোক্লুনা পনগী মী কানবা য়াথং পীবম্ন পীঙমদে। মরম অসিনা লোইরান মীফাবা কনাম্বু চত্তে। খম্বালম্বু পম্দনা থাকপনা ইমুং ঙাক্লমদাই মতমমক্তদা পন কায়রিবা ময়ামক্তদা চপ লেপ্লরে। লৈবাক কনা ভুম্নদনা পনথিংবা লাক্লরম্বী। অদুবু পন থিংবা ওন্নবত্রিবনি কোরৌ শিংবুং তয়ানিসি। চিনঁথাম

থক থা ক নরম্লবনি। অচুম্ব মুঙ্গা ওইবী বমাবু হাপকদগে। অমরোমদা ঈশিংমা বাবা হাকিল্লুমা লৈবাক্লা বান্না খাংলিবা অচুম্ব য়েংঙমদে। মৈদিঙগু গম্ভীরসিংহ স্না কোম্নুং থাদোক্তুনা ঙসি তরানি চুপ্পসি পম নায়কম বাঙ্গোই অসিদা লৈরবনি। ইম্নু ঙ'ল্লমদাই অসিদা মুঙ্গা ওইবী থম্বালমুনা কায়রিবা পম ময়াদা লেংরিবসি তিল্লিবা মীয়াম অচনা উংকলে।

মীশক অচুম্মকনি, মীওই অচুমকনি, শল্লাং কোইকক্লবী লুচুং কিশিনবী মুঙ্গা অচুমকনি লৈপাক্লা থিঙমদনা পুথোকপা ঙমদনা লৈরিবা মীশক অচুমক্নি, মীওইচুমকনি। ময়ামচুদগী অচল ওইরবা অমনা চেনশিমলকই পাথংনা —"ইমোম ওইবী মংবু ঙাওয়বরা কদায়দনো, করিগী লাকলি মকমসিদা মংবু তাদবরা লৈপাক্লা ঙাংনবা, লালুথেম ক্যামলৈ মথোঙ কেঙোই পোকপী লৈচিন, লৈপাংথোক থিংঙেল কায়রিবসে, মুঙ্গা! শল্লাং কোইকক্লবী অমা শয়েন তুপ্রবদি থিংবা ঙমলোই হায়বসে।" থম্বালমুনা মুংশিরবা মপাঙনা হায়ত্তরকই- "পন্থো শকপও, লৈবাক প্রজাগী অবাবা কোক্লবগী দমক লাইবক কবী মুঙ্গা কনাবু শয়েন তুপ্রবগে হায়বিয়ু।"

অহম্না হায়রকই— "করি বাসোমে ইবেম্মা, মুঙ্গা ওইবী কনানা পাম্মুরবা মথবায় থাদোক্তুনা থিংঙেন্দা শয়েন চনবিয়ু লাকদগে? পলেম পন্থো কনানা মাগী মাগী মমোমবু লৈবাকীনি হায়চনবু শয়েন চনবিয়ো লাম্ভোকনি,গদগে?

থোইদোকপদি মৈদিঙগু গম্ভীরসিংহনা কাওবা লোইমাল

মীকাবা থাদোক্তুনা মূজা ওইবী কনা অমবু কারু হায়বা ঙমদ্রি-বনি। অদুনা ঙসি কাওবা থুঙা তরান্নিথোইগী যুমথোংগী নিপা অমমম চিংখদনা পন অসি থিংবা লাক্লবনি। অদুবু ঙসি কাওবা পন থিংবা ঙমদনা লৈরমলিবনি।" অদুগী বাকন তাবদা থম্বালমু হরাওনা জগোই শারি। মিৎলুগী পিস্থ অরেপ্পা লৈতনা চেৎনরদুনা হায়জরকই— "অতুদি পস্কো নমোমনা নিংবা থুংজরে, সুংঙাইজরে। লৈবাকী অবাবা কোক্লবা নমোমবু বাংত্রেন থানা চাউবগী লাইকাও মতুং ইন্না শরেন চনবিয়ু।"

তিন্নিবা মীয়াম অদু চংশিন্নরকলে ঙক্লা মূজাগী মতৌ অদুদা "লৈবাকীদমক পন্দা হাপ্পীয়ু" কয়াদা পুকচেল চাউপ্রবী মৈতৈ চনুগী মপাউনো। মৈতৈ স্না লৈবাক্তা অসিগুম্ববু অনি শুরম-খিগদ্রা ?

—"অদুবু মূজাও চংলো, য়োয়ো নকাই তন্না। লৈবাকী য়াইকনবগীদমক্কি চায়হনস্থ ইমোম মহাকপু তদেক তদেক্লা নমত্তুনা পন্দা হাপচিনবা ঙমলোই। এখোয়স্থ থম্মোই পানি। পানি ইমোম শাংলি। লৈবাক এখোয় বাসন্থ ঈপিং ঈচাউ লোইপ্রগা ঈপিং ঈরৈ লংখিনি। ঈপান্বাবু লোইপ্রগা নোংলি মাস্থ তামখিনি। অদু কাওবা পননপকে অদু কাওবা লৈবাক বাসন্থ। লৈবাকীস্থ অমুক বসন্ত লাকখিনি, মু ঙাইবা য়েন্নিং হুন্নকখিনি। মখোয়গী অবাবা কাউদুনা খোইরুম মোমোন নোক্লরকখিনি। শান্থ মণস্থ অদু মঙাই, শজিক হানৌ লামহূনা খোঁশা থঙ্গৌ চোংলকখিনি। ইমোম নংদি লোইরগনি।

পুন্সিগী চেংক্কেন থমগ্রগনি। পলেম পম্বো নৈরিবরা? মখোয়না করি হায়হৌগ; মুক্তা নথন লোম্না লাকপরা? পলেম পম্বো ওইবশিংহুদি মুক্তা নংনা লিংঙ্কেমগী শরৈ চনখিহনা অমম মৈখু খু লময়াই কাদা তিনগ্রবদা তিম্বেক য়াংদো চোংবগুম পুন্সি লেমহৈরগনি। ইমোম ওইবী? ঐখোয় ঙম্লোই. নহাক মরাম-য়াই য়ৌগ্রো।"

মুক্তা থম্মালম্মু লৈবাক্কী রাসিদা মহাক্কী নীংবা কায়গত্রা পাখংচৈ। হায়জরকই --

—"তৌবিগনু ইপা ইপম পুম্নমক। চুমই নোংজু থা লোইগ্রগা লৈবাক্কী অরাবা কোকপা য়াই, থিংঙ্কেমগী লাইজ কংখিবা য়াই। অদুম ওইনমক থনবিয়ু রাংব্রেনগী মপাও ইন্দনা ঈপাল কংলগা শরেন তুদনা থিংখিবা পম অদু অমুক মোংজ ঈচাউ লাকপা মতমদা রাংব্রেম্না শাওবদগী হৌতিক কায়খিবা অসিদগী শকুক চামা চেম্না কায়খিবা য়াই। ঈকম অসিদা নঙনা লৌমশাম কয়াদা লাইজ ঈথাই পিংনা মকম কয়া কায়বা য়াই। অংনা লৈবাক্কী অরাবা হেনগনি অহোইনমা। নমোম ওইবী ঐমি মাংজগদৌরিবা, থমবিরিবহু লাম্নে ঐগী লাইবক ফবনি। লৈবাক্কী অরাবা কম্নিংঙাইমি,, থিংখিরগনু ঐবু পন্দা হাম্নিরো, শরেন তুখিরো। আশা চাউথা লাকচবী ঐমি। ঐগী আশা কায়হনবিগনু। করি লৈত্রবা মপোক অসে লৈপাক্কীদমক থবায় কংচগে।"

থবালহুগী অসিগুমা চপ মুংবা বাকম অসি তাংবদা লৈবাক

হৌনা মৈদিঙঙ্ গম্ভীরসিং মাবাক্তা মুঙ্গা মাবু পুম্না লাক্লে। মুঙ্গাগী রাকমদু সা খুয়াখাদ হঙ্গংলে। গম্ভীরসিংনা মুঙ্গাগী চেংলৌবু চিংনা য়েংলগা হায়রকই

—"ইমোম ওইবী নিংথৌ ঐবু করি ওইরসিগেনে। নিংথৌ ঐনা নংগী রাকম অসিদা করম্না য়াহিক্লগনি। চংলো নরাম ভম্মো। নংগী পলেম পম্মোনা করি হায়হৌই, মথোয়নবু য়াহৌবরা?"

—"লাইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইদি পম্মৌ লৈজরবী, পলেমদনা মাউকোনবী মচানি। রাকম অসি পলেমদা কাওজবা ঙমদে।

রাকম অসি তাবদা মৈদিংঙ্ গম্ভীরসিংহনা—

—"মাংলেমদনা ইমোম। অদুবু করম্না য়াহিক্লসিগে পলেম মুশ্রাবী নয়াদি নংগী অবাবসে পুঙমদনা তাইবং চেংজেম লোই-দ্রিবা কাওবা খাংলগনি। নিংথৌ ঐনা মচগী য়াথং পিবা ঙমলোই। চংলো, য়োরো মোংবা নংগী নপাইগোম ভম্না।

মুঙ্গা খবালমুমা কপ্না হায়জরকই—

—"লাইনিংথৌ ইবুংঙো পুম্নমক্কু ওইজসমু পলেম ইমা মাপু কপসমু, মুঙ্গাগী পুক্কিম্সু মাংজসমু মচগীদমক লাইনি থৌনা করি রাখিবা। ননাইবু পন্দা পরেন চন্দ্রবদা লৈবাক্তা কয়াগী মতিক রাগদৌরিবা। ঈশিং ঈচাও অসিদা ঐগুম্বী কয়াগী মথবায় থাগ্রবা। পলেম মমাগী মীকপ মীরাওখোল কয়া ভারি। হৌজিকসু তারি, কপ্নখিগদৌরি। মচগীদমক নমোমগী হকায় অসি কংলগে পলেম মানবী কয়াগী মমিঙগী মপি

অমুক তাদনবা। ঈশুং ইমামবী কয়াগী মথৱায় কনবা নমোমতংবু ঈরাংশিন্নবা লৈবাক্কী অৱাবা কোকহনবিনবা স্না খুয়া থাদা পুনেমজরি নমোমনা।"

থম্বালনুগী মোঙ্গ মপাউ হায়জরিবা মৱাহৈ তাবদা হম্মোই পানবা থুদি মক্তা নুংশিবগী মরাং ছৌথি। থৌজালগী ঈপোম কাখি। অদুবু থম্বালনুগী চপ য়ুংবা মপাওদি চৌংগুম্না লেংখিদরে। মাগী নুংদা নবা নোঙ্গবা বাহৈনা মশাগী ওইজবা থাদোকপা, লৈবাক্কী অৱাবা কক্পিংবা, তশেং তশেংবা মাগীনি হায়বা কয়ি খল্লবা বাথলগী ফিগৈদা মঙাল নাইবা হেনগংলকলে। মসিদা মৈদিঙগু গম্ভীরসিংহ তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্লক্তরে, চিম্বাল থোরকই; থৌনানা ফুদোকলবী শেংলবী মৈতৈ চনু মথাক্কী মৱা মপাউবু তারুয়গা,—

—"নুংঙাই! স্না লৈবাক্কী মমোমলোই, স্না লৈবাক অসিদা অংগুম্বীবু পোক্লবকো? নিংথৌ ঐগী লাইথক ফবনি, লৈবাক্কী লাইবক ফবনি, লেমজ নিংঙাইনি, চাউথোকচনিংঙাইনি পোইরৈ স্না লৈবাক্কী। নুজা নংগী নিংবা থুংজরো. নিংথৌ ঐগী য়াথংনি। কংলৈ স্না লৈবাক্তা নংগী বারী অসি কাউনদবা ওইরসনু, মিংচংকী উরোং খিল্লসনু। তুংগী মৈতৈ চনুবাশিংগী পুক্নিদা নংগী মিংচং উরোং অসে য়েংল য়েংলগা স্না লৈবাক্কী বাবসে কোক্লসনু।"

অদুগী তুংদা পেব্যা পণ্ডিত তাময়কলে নিংথৌনা।

ইনুং ঙাল্লকপা সোরা মখোং তৈরকপা মতাং অসিদা লাইনিংথৌ গম্ভীরসিং, লৈবাক হুপ্পা থিংঙেনগী পনখোঙ তম্না

লাক্লে। নুজা থম্বালনু ঈরু শাদোংহল্লে। পেব্যা পণ্ডিতনা শম্বেনগী লাইশোন তিনশোন শোল্লকলে। নুজা থম্বালনুগী মায়থোং থজিক্তুং কাওবা লাংশিন্দে, মিৎলুদা পিরাং শিন্বদে। বাংব্রেন থানা চাউবগী মকমদা মথুং লোয়া খুরুমজরি।

—"লাইনিংথৌ থানা চাউবা মকমদা শম্বেন তুজরি, লৈবাকী অবাবা কোকহনবিয়ু।"

মতম অসিদা লৈবাক পুম্নমক চেকযোক লাওনখি। ঙ মীপুম থুদিংমক নুংশাম্বর হোনজ্রবগুম চপ চপ লেপনৈ তুমিন তুমিন লৈনখি। বাখলনা তয়াং তশোইহনলবা থম্মোইশিংহু পনথোকদা চঙশিন্দুনা লেপ্লরে।

লাইনিংথৌ গম্ভীরসিংহ নুজা মঙোন্দা চাংদোবগুম য়েংলি। পিগী ঈরা শিন্থরি। মীওইবদি থমখিসি নুজা মাগী বাবনা নুংশিৎ-নুংশা লেপত্রে। উপাল রাপাল হাইখিব্রে পুমচিক চিকত্রে মালংপান অসে। মাল বা মাস্থু কোইজারত্রে। কায়রিবা পনগী ঈরাওথোন শোংবা লাউবা চেম্বরন্থা নুজা মাগীদমক বাবনা ঈরাওথোনগী ঈরি তামত্রে। তোরিবা মতৌ অসি করিনো?

মতম অসিমক্তদা কদোমদগীনো থঙহোদে মশাবী মোহনসিং মফম অহুদা কাওরকই।

"নুরা ইনেম মচাও অমুক্তদি ঙাইরমথো নুংশিরবা চেংলৌ অহু পাথংবা অমুক্তা য়েংজহোখিগে। করি ওইরাসংগেনে মতৌ অসিবু মঙলা ভ'ইবঙলা থঙত্রে।"

মোহনসিং নুজা মাগী মনাক তরা চেনশিনলকলে। পান্থুবা

মাগী সু শি য়াম মপাওখোল ভাবদা মুজা থম্বালয়ু তপ্পা তপ্পা
লৌগংলকপি মশাকী মোহনসিংগী চেংলৌ তম্বা তপ্পা তপ্পা
য়েলকই, হৌজিক্তি শিংজেনগী লাইঙ্জ ঈশুম খাইমরকলে।
মিস্তোনগী তরংগী ঈকুং থোক্লক্লে, মুজাগী পাম্মুবা মৈমা
য়াইবা য়াই মুংশিবা মৈমিমা য়াইবা য়াই, চেম্ব্রকলিমে পিরাংসে।
চিমবাম থেলে কা শুমদে খোঙ্গেলগী মাচুই লোনশুমদে হায়রকই
তনিক তমিন্না খোম্মাং শুদনা -

—"লৈহোংগোকো মুংশিবা হন্দকী মপোক্কীদি লোইরে
মংশি। দয়েমুকী মপোক্তা মুংশিবা নগী মখোঙ হাম্লগে,
পাম্মুবা নংগী মকম থাগে।" লেপত্রে।

য়াহৈগী মতোমলোম খোমমৈনা চয়ম ফুনখিবা মিস্তোম্না
লাইজ ঈপাম হাইত্রে, শিংজেনগী শিংচেপ্তা পিরাংদি ঈচেমনা
মোমোম মোক্না য়াহিপহত্রে। অকিবগী ঈহুমনা পুয়কখিবা
নত্তে পিরাং মুজাগী, নিংবা থুংবগী হয়াও মোমোম মিমোলক্তা
য়াওরকখিবা পিরাগী মরিকনি, তা না কংব পুন্সিগী মমলনি।
মাঙ মোহনসিং — মাংলে করি ওইরনি। চেনশিমলকলে হিংজেন
তম্না, ইনেম মচাও পাম্মুবী হায়বা হায়না চোংথগে থৌরাং
ভৌরকলে। লৈবাক্না মাবু খাম্লকলে। মতাং অহুদা কদোমদগীমো
পূর্ণামসিং নোং খাকপশুম লাওরকই —

"কমিগীনো লৈবাক্না মহাকপু খায়লিবা মহিম লৈফদো
মত্তৌ য়েংশি। কমদোনা মুংশিজবী মাগী মতুং ইমখিবা। থংলু-
গনো মহাকপু থংলুগনো।"

পূর্ণামসিং খোঙ্গেন তাবদা মোহনসিং থন্নোই মৈখ চিং-লকলে। খিংলকলে মুংশিতবীগী লমম খুল্লগে। মুংগী মৈচাক মুংদা থমলে। চিমবান্দা লাংবম খোইহি তৈরবলে, মুংশি কোলোই শাশিরবা,

"য়াশা শেলু'বা লেংশিন্নলকলো, কৈরোইগী য়াশনে, মমাওগী লোইরমদাই মতা'দা ইচুমান লেঙ্গোন্নসি। লাইরবা লৈগী পুন্সিদা য়াম্বা মংগী মকমদা থন্নোইগী কিশি থোকচরে। মমাংগী মুংঙাইমদবা কোন্নসি লাও লেংশিনখিরকউ অসুম্না শাম্বোম তিংথোকই।

পূর্ণামসিংগী মহুবা থন্নোইদা থম্লকই, তাঙ্গা চারে— চরাওবা কোনবা শামা চত্তলকই, মাপু চিনবান লাংবম খোইহি তৈ খোইথুম্নব মপাউবা—

"য়াম্বগী মোহনসিং ইয়াশনা মকমদ' লাল্লে। নংনা নুংশি তৈবা তু'ইননিংবমা য়ামজেন নপুন্সিবু শাম্নপোংকুম খল্লিবা, ঈশ্বরনা নংবু থা'গৎসনু।"

হায়না হায়না চ'শিনলক্লুনা মোহনসিংদা কোল্লুরে, মোহন-সিংনসু পূর্ণামসিংবুসু চেজেৎনা কোনল্লে। মোহনসি'গী মকো'ন অসি থন্নোই ফুকপা মকোননি। থাদোকপা লৈতবা শমগী ঈপাক মরক্তা পুল্লপ্পা হাইখমিন্নখ্রে। ও! অঙকপনি 'লবাক মি থৌ থামহৌদ্রে। অঙকপা মতৌদা ঙসি লৈশাংথোং থিং'ঙন অসিদা ওইখ্রে। অসুম্না তৌয়িঙৈসিদা নিংঙোম পোকপী লুপ্রাবী মীগী চিহ্নাংদগী তাবা পাওদগী হেক্তা মাইকৈ থংদবমখৈ চেন্নকই।

– "ইমাদি মাঙলে, মাংলেদনা, ইমাবু করি ওইরসিগেদে ইহেম্না।"

লাইরিখো গম্ভীরসিংনা লৈবাক মীয়াম্না নিংঙোম পোকপী মমাবু থেমজিনশ্রে। মৌপা অঙাং পিশক, নিংথৌনা মচা ওইনা নাওকোনবিগনি হায়না নিংথৌগী স্না য়াথং তাওথশ্রে। —"লৈবাক নিংথৌনা নমোমবু নমহনা ফাবা নত্তে পুক্নমকসে নমোয়না লৈবাকপু মুংশিবিবা মতৌনি" হায়না থেমজিনশ্রে। লৈবাক চংনা পন থিংশ্রে।

মোংদম্বগী নোংদমখোম অঙকপনি। চাওরবা ঊশিংগী ঊরৈ মেমশ্রে, লাই য়াওনা তৌবা থৌঙাংমকনি, মীগী মতিক য়েংবগুম্বী। থিংঙেমগী ঊশিং ঊয়ংখ্রে। মুংহিরবা থম্মোই পুনা মৈদিং গম্ভীরসিং স্না থুংনক্পা পনগী পনয়াদা হৈবোং পাম্বী অনি থম্পাংনা থাশ্রে। মতম কুইনা পুন্সি মুংশাংনা হিং-হোরসন্নু, শারেপ ফানা চাউনা হো তুংদা লাক্কদবা তাইবং কয়াদা উগী উরুম লাংহল্লুনা তাইবং অয়া কোকসন্নু কোয়ো মৈশা থাংসন্নু, থম্মোই মৈয়ি তংসন্নু অয়া হকচিক লাংসন্নু থন। থম্মোই শেংবা মামা লৈবাকী য়াইকনবা, থরাই পোক্পা পিনা, মজাতিগী অয়াবদা মোক্না নরাই কংখিবা, পুন্সি মৈয়ি থমখিবা মোংকম থক্না থাথিবা, মিংকী পিনা অহানবা লৈবোং শিন্না চামখিবা পাম্বী অনি লেম্না মাখিদে, থাংগুৎ থক্না কেমহিদে। লৈবাকী নিংঙৌমক্না মকোক দোমখিবা মাগী থম্মোই, শেংলবা থম্মোইহুগী মমি মাংখিদে, শারেপ ফাবা চাউরকথি। শরেপ

কাবা খম্ব্রাংনা চাউরকলিবা পাম্বী অমিসি উরগা পিনৌনরকখি কনাদি। লৈপাকীদমকখি, জাতিগীদমকনি মিংশিংলুরগা থম্মোই খুদিংমা ভত্তনা মকোক নোনলি শেংলবী অমকপা লৈত্রবা থম্মোইদুদা।

হায়রিবা হৈবোং পাম্বী অমিসি হৌজিকস্থ খম্ব্রাংমনা লৈশাংখোং থিংজেন ময়াদা থম্বালনু, মোহনসিংগী শক্তম শক্লা হৌরি। অচিকপদা হেন্না ইংনা চিকপা, চিংলেম্বগী শক্তম হেনগংহনলি, নমজাওখোনবা মাল মা কাইদা হুম্লকপদা হৌখিবা মতমদুগী বারীশিংদু অমুক নোহোনা লিরকদোবগুম তুম্বক তুম্বক লেপলি। থরাই পানবা জীব কয়াগা তাংজকম উপাই পিরি।

হৌজিক কাওবা নুজা থম্বালনুগী মিংচংকী উরোং থিল্লি। মৈতৈ পোইরৈমা শৈশকুন্নি মতম কুইনা শৈশকখিনি অস্থম।

---

( বারেং অসি ইবদা কলম পায়বিখিবদি ইবুংঙো পাংঙম্বম বিশ্বম্ভর মৈতৈনি )

"বারেং অসি অন্তর্জাতিগী নুপীশিংগী থৌরমগা মরি লৈননা "সোসিয়েল বেলফিয়ার, গোর্ভণমেণ্ট ওফ মণিপুর, ইম্ফালনা ১৯৭৯ ইংদা কোংখিবা "শক্লাইবী নুপীশি" হায়বা লাইরিক অদুদা হায়না কোংদোকথ্রবনি।"

# "মরৈবাক নীংবা জাদোন্নং"

ভারতসি মীনাই ওইখ্রে ব্রিটিশকী মখাদা মসি লিংজেল মায়দগী মহৈনি নাইতেংন তাঞ্জমখিবনি ভারত মচাশি। তশোংনমক হায়রবদি মসি লাংথোং তৌহনা গুপ্তীয় পুলিশক গুপ্তনি লশোয়গী পেরফালাজৈনা রাজদণ্ড ওনখিদনা মোংচুপ-লোয়গী অতৌবা জাতিনা ভারত্তা শাসন তৌখিবনি; মথং মথং ওইনা ভারতকী লৈবাক মচা মচা কয়াবু মথোয়গী মখাদা মীনাই ওইহল্লকপনা ইং কুমজা ১৮৯১ দদি মণিপুর ব্রিটিশকী মখাদা লৈখ্রে।

মতুংদা ভারত মচাশিংগী মবুক্তা মীনাই ওইনা হিংবসি লুংঙাইরক্রে, মমিংতা ঈ কায়ংক্রে মথা চিক্লরকলে, মপাংথোম জিনররকলে; মথোয়বু মীনাই? করিগী? কনাগী মরল তোল্লবগী? হৌগৎলরকই মথং চিক্লা। অরাবদি হৌগৎচরকপগা ব্রিটিশকী বুটনা, নোংমৈনা, শঙ্গিনা জালিয়ানবাগকী মীহাৎ ১৯১৯ ইং!

.... .... .... .... !!

মণিপুর স্না লৈবাকী হৌজিক লৈরিবা জেল থানা অনিগী অরাংদা হৈজো পাবো অমা হৌরিবদগী মথোংদা ফাঙ্গ্লগী লগাই শাহনা মীনা ফিজৌ কৌরবা অমুকী পুংজা তকক থৈরকপগা কাঁসি তৌহনা হাংকদি হায়না পুথোকখিবা জাদোনং কনি

কৈদৌবুংগী মতম্বনি মাংখু মরৈবাক্ মজাতিগী মীয়াই য়োহিদাং থংবা হোৎনজক্রবনি। কুমদো ১৯৩১ গী আগষ্ট ৯ থাংজা হৃমিংনি।

নোংচুপলোমগী অচৌবা কাংবু ওয়েঙ্কা ওয়খি। মখোয়না মরৈবাক মীংওবা ভারত মচা কয়া কয়াবু নত্তমতৌবা মরাল হেক হেক শীজিন্নগা ফাদি তৌ তোঁবা থাংখ্রবনি ক্ষুদিরাম, ভগৎসিংহ, বীর সভারকার ......... কয়াদা অমুক শীংথাক্লবা ওয়গনি। মতম্সু নত্তনা কয়াদুনা জেল পিবা মসিদা মত্তনা ওয়েঙ্কা ওয়খিবা মতৌসু উত্থিবনি অচৌবা জাতিসিংবু ভারত মচাশিংবু অমুক মরাই কাংহনবতমবা মখোয়গী থবক্তা লেংলকপবা থাজনা নোংমৈ চিনদোক্পা, তোপ মচিন মচিন্দা মথবাক্লা উপাশিনহনগা মীয়াম মাংনা কাপথোকখিবনি। মরৈবাক মজাতিবু লুংশিন্থিবা মথম্মোইশিং অদুগী তোংশাশিং অদুবু মচেৎ মচেৎ চাইথাইহনখিবনি লম্পাকপিশিনা কয়াক থোক্লা মখোয়গী মত্তিক উৎখিবনি — কদি হায়নবু শিংথারুরসিপে ? চংবা চংবা থোরোক ভাবা হায়বচমক য়োখ্রবনি মতম অমদি।

মতৌ অসুম্বা ঐখোয়গী বীর শহীদ কাদোম্বং অসিবুসু "মীহাৎপনি" হায়বা মরাল অসিমা নমদুনা শীজিনখিবনি, তুংগী মীহাৎপগী মরাল অমা শীজিনবা অচৌবসু লেম্বদে মমুক কংখিবা কাইমনবা শক্তৌ শিন্নদা হালেংবা লৈখিবা জিটিশকা চীং ওয় যে থিনহৌবা হীগাইবা অমসু অমুক নোং-শিন্দুনি — "মৈচৈ শাকা মমা লৌবা হাংখি হায়বা। কয়াগী

মতিক হৈঙ্গ্রবা খ্বাননো? মখোয়না থাঙ্গৈশেংনা ভারত মচাশিংবু কনথংহন্নিংদে, খু ভাইনা অমগা অমগা চেংথ-চাম হৈহনবিংদে। অদুমা জাদোনাংগী মথক্তা তোঙ্গ্রিবা ব্রিটিশকী খ্বাম অসিদি চৌ-ভম তেমশিংমনবা মপুংদা শরৌ শিল্লখবি। মখোয় অসিগী মথুক কর্তব্য করিদা প্রমাণ তৌরুমসিগে? মখোয়গী মমাংদা ভারত মচানা তুপা উঙ্গা, শগোল তোংহনা চংপা থি-ঙি. মরেবাক্তা থোকপা শঙ্গোম য়োন্দুনা চাজবা ভারত মচাবু মরেবাক মচাদা শঙ্গোম য়োনবা মারোই য়োল্লক্লা থেংনম্নবদি লীচৈ ভরামন্তা কুগমি হায়রিবা কাওবা হৈরিবনি।

অদুদি জাদোনাং কমানো?

মাদি ব্রিটিশ রাজাবু মথা কুক্তোক্কুনা লংথোক্লগা তৌপ তোপ্পা নিং-থা তমজবা রাজ্য অমা শেমগে হোংনখিবা মরেবাক খৌংজবা লিপানি। ইং কুমজা ১৯০৫ দা ভখোংলোং সব-ডিবিজনগী মনুং চনক্ত তোংজৈ মরিল লপাগী ময়াদা লৈবা কন্দীরোব কোবা খুল অমদা পোকখিবনি। অপোকপগী মমিংদা থিঙাদাই অমগা অপোকপীগী মমিংদা ভাবোল্লিউ কৌই। মচিন মনাও অনিনি মামা অতোপনি, মমান্দগী মমিংদা মুত্তুং কৌই। মোংদম থিবনা জাদোনাংদি পস্লো নৌনা কাইনখি। অমুনা লুপ্রাখী মথানা মমা মানা মাউকোনজরকপা মচানি শহীদসে।

অদোং ওইরিবৈদগী হোনা অচুম্বভবু পাম্বা, তৌগদবা থবক্তা মায় ওনশিনবা শহীদ অসিদি মীওইবগী সেবা তৌবহ মায়া পায়রম্বা। হৈবৈ হাংপ্রবদি জায়না মতোন্দা ব্রিটিশকী

অমুবা কালি অমা তৈশিন্নম্মিবসে অওকপনি। মাদি মতম অহগী নৈতৈশিংমা অমাং-অশেংগী ফু-ফু কাখদি হায়রকু মখোয়-শীদমক খওইমা মীথুংশং তোপ্পবু শারম্মী। মহাক্তি অহিংসা মিতীবু য়াম্না পামজবা মীওইনি। অয়ুণবা চৌ'লৈপাকী নম অহদা মতম অয়ুনদি অনৌবা ঈ পাও অমা পাক য়ৌবা ওবা মতে। অয়ুবু মহাক্তি মহাত্মা গান্ধীনী, অহিংসা মিত্তিগী পাও লৌরম্মী অমসুং মহাত্মাবু থাজরম্মী। মহুগী লেংহবা প্রমাণদি মরৈবাক মচাশিংবু ঈশৈগী শৈরেঙ্দা অনৌবা য়াজ্ঞীতিগী ঈখিন অমা পীরনবা মহাক্না লেংলমলিবা অমসুং শকহল্লমলিবা ঈশৈশিংহুগী মমুংদা মহাত্মা গান্ধীবু পন্নুনা শকপা ঈশৈশন্নু লৈরম্মী। মহুগী মকোক অহৌবহু অস্নুম হায় --

"অপৌ গান্ধী পুনো

ঠেংগোং লেমথং

পত্তি খৈজো পত্তি খৈজো .... .. .... ।"

মসিগী অর্থনা—

"অখোইবা গান্ধী।

খোরকও খোরকও

ঐখোয়গী নিংথৌ ওইরবো ....... ।"

মীতোমপোক ওইরবা নিপা অসিগী চহি ১১ রোম হাই-শংলকপা মতাং অহুরাইদদি মাগী থবক কমথংলকলে। সাইমন কমিশনগী মায়োক্তা মামা চৌংমীশিংবু পোথাং খেংর পুংমবা য়ারোই হায়না খিংখি। মহুগীদমক ব্রিটিশ সরকারনা কাবু

য়াম্না তাথিরম্মী। খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকপা কাংবুশিংছুগী মায়প্নোক্না য়ামা মজাতি মচাশিংবু ঐখোয়গী ধর্মসিদা হেম্না কৈ হায়বগী অচেৎপা শক্তম অমা পীনমবা য়াম্না কম্না ধর্ম শন্দোক্লম্মী। মহৌ অতুনা খৃষ্টান মিশনরীশিংনসু শহীদ অসিবু য়াম্না তাথী শোইনাইথিথি অঙকপনি।

মহাত্মা সাহেব হায়বসিদি মীতোপনি মীরৈবাক মচানি; লমলানবা মখোয়দবু ঐখোয়না করিগী থাজনা কাক্পদগে? মখোয়ভন্না মীরা? ঐখোয়না মীরৈবাক মচা মখোয়গী মথা পোন্দনা করিগী লৈকথম খোবপগে? অসিং চিংবা খোল্লাউনা প্রজা লিশিং লিশিংগী থম্মোইদা জাতি অমগী মিংতমগী অনৌবা ঊথিন অমা পীখি।

মসিগুম্বা মখোয়না পামজবা য়াসি হায়রুবদা ব্রিটিশনা জাদোনাংবু অমুক হন্না য়েংশিন্বা হেল্লম্মী। মখোয়না মাগী মথক্তা য়াম্না কুপ্না য়েংশিল্লকুনা মাগী অচেংবা ভাইহনা লৈরম্মী। মতৌ অসুম্না ইং কুমদা ১৯ ৭ তা মোংমা লন্বীদা মাগা উনবদা জাদোনাংমা টুপী লৌথোক্তুনা শগোল্দগী কুমথহনা মাবু শলায় ভৌদে হায়বগীদমক তমেংলোংগী এস, ডি, ও, হুট সাহেবনা জাদোনাংবু কাংনা তমেংলোংগী জেলদা হাপ্তুনা থমম্মিরবনি। মসিগুম্বা চুমদবা ব্রিটিশকী আইন অসিনা জাদোনাংবু কিহনবদি লাইরবহনা হেন্নহন মপাঙ্গল মপোনা হাপকংখি। অসিগুম্বা ব্রিটিশকী চুমত্রবা শাসনগী কত্তবা কন্না লৈপাক প্রজা শেং-কাইদা তাহন্নে, থংহনলে। চীংশাং হম্না লাকুনা তুংকাউ

অমস্তুং তাউশেম খুন্দা মথং মথং চাংশাংগী ওইবা অচৌবা মীতিম তৌগে। পোথাং বেগর পুরুরাইদবনি অমদি স'হেবশিংগা করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনরোইদবনি হায়বমচিংবদগী অকমবা বারেপ লৌগে।

খৃষ্টান মিশনরী অমস্তুং ব্রিটিশ সরকারগী মায়কৈকা লাওরকলিবা মাগী নোংশাগী লাল্লাউ অহৈদগী ইহান হান্না মমিং পাংখিবা লমদমদি মণিপুর, কাছার অমসুং নাগা হিলস অসিনি। ইং কুমজা ১৯২৯-৩০ গী অহৈবাইদা ভারতকী নোংপোক চিন্নাইগী চাংগী লমদমদা নীং-খা হমখিংবগী অকমবা ঈহৌ হৌরকলে মহৈগুম্বা লমদম অসিগী অনৌবা রাজনীতিগী কল্লবা নোংলৈ অহৈমক্তি জাদোনাংনা ইহান হান্না কামখিবা মন্ত্রনি। লমদম অসিদগী "ব্রিটিশপু তাদোকপা অনৌবা রাজ্য অমা লিংখৎপা" হায়বা রাজনিতীগী কিরেপ অসিমকী লময়ামবা মহাক্নি।

হায়খ্রিবা কুম অসিদা মরু হুমখ্রিবা জাদোনাংগী নোংশাগী লাল্লাউসে অচম্বা ওইরোই খল্লমানে সরকারগী মায়কৈ খুদিং-মক্কগী জাদোনাংবু কারগে হায়না মরাল শিবা হৌরকলে। অহানবা খুদোংচী থিল্লকপা মীশক্তি নাগা হিলসকী ডিপুটি কমিশনরনি। মরম অসিনা ইং কুমজা ১৯৩১ গী ফেব্রুয়ারীগী অহানবা চয়োল্লা বীর অসিবু ফানবা লমসুবেদারনে লম্বু অমিনে থারুবনি। অমুবু জাদোনাংনা কাছারদা চংখিবমা হান্দুনা কাবা চমখিদে।

মংদগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট হিগিন্সনা জাদোনাংবু সি, আর, পি, সি, থাম্না ১০৮গী মতুং ইন্না ফারগা ইম্ফাল য়োংহন্নবা কাছাড়গী ডি, সি, দা টেলিগ্রাম অমা তৌখি। মতুংগা লোইনমা মণিপুরগী পি, এ না জাদোনাংবু কাছারদগী ফারুনবা আসাম রাইফলসকী সিফাই পল্টন অমা গুরখা অফিসার অমা য়াওনা মী কাংবু অমবু ফেব্রুয়ারীগী তাং ২৪ দা থারম্মী অদুগা মখোয় অমনা জাদোনাংবু কাহুনা কাছারদগী ইম্ফালদা য়ৌরকপনা ১৯৭১ ইংগী মার্চকী তাং ১৯দনি।

হন্নক্কী ব্রিটিশ সরকার অসিনা থাগ্নিবা তেঙ্গোল অসিগী পোৎচৈ পুবিনবা কুলি ১৯০ য়োমখি অদুগা থৌরাং অদুগীদমক চংখিবা শেলনা পুন্না লুপা ৬৮০০ নি। মসিগী মনুংদগী কন্দী-রোনগী অকোইবদা লৈরিবা খুঙ্গাংশিংদগী কর্নেল ক্লার্ক কাইনা ওইনা লুপা ২৯২০ নমতুনা শৌখংখি। অদুগা লাইশেংদ য়াওনা থাজনা থীহুনা লৈরবা মোংমৈ ২৯ সু থুনজাংদগী থোম-গৎখি।

ইম্ফালদা পুরক্লগা জাদোনাং অমসুং মাগা লোইনবা নিপা ৬ অমসু য়াওনা বিচার লোইশংদা পুথোকুনা বিচার তৌব্রে বিচার মতৌদি ব্রিটিশ সরকারনা মখোয়দুবু মীহাৎপনি, মৈতৈ পাংনা মানা লৌবা চৎপা মীবু হাৎখিবহু মখোয়নমি হায়না মরাল শিজিন্নগা ব্রিটিশ অফিসারশিংনা তৌখিবা বিচারনি। অদুগুম্বা মীহাৎপগী খাম অদুমা তৌশিন্নগা নংহৌরগোই মজাগুম ইং কুমজা ১৯৩১ গী আগষ্ট তাং ২৯ থাংজা হৃমিংকী অয়ুক পুং

৬ তাবদা মরাল লৈজরবা অাদোমংবু ফাঁসি তৌদনা হাত্লোক-খিবনি। অদুগা মাগী অতোপ্পা মরাল অমনা মানা অপ:বা প্রজাশিংদা মত্তু মত্তবা কয়া হায়জিল্লগা ব্রিটিশ সরকারগী মথক্তা লৈপাক ইরাং হৌহল্লি হায়বসিমক্তনি। য়েক্ন ভিংথং লৈরে হায়না হরাওজখি পেনজখি। অদুগুম্বা ব্রিটিশকী অরানবা য়াথল অড়দি নিংথমথাগী মংগুমশ্রে। মহাক লৈখিদবগা লোইননা হায়রিবা মাইকৈ অসোমদা রাজনিতীগী ঈহৌ অমসুং ঈরাং অদু মুংথিবদি লাইরত্না হেন্না হেনহুন কনখৎলকখি। মাগী গাইদ্রিলিউনা মহুগী লংলবা প্রমাণনি।

ব্রিটিশকী অসিগুম্বা মীনম্বা, মমথাক্কী থবক অসিগী হেক মদুং তাবা কল অমদি কবুই নাগাগী ইজ্জৎ হাপকংপনি। জগৎ পুম্নমক্না তমনিরবা মোংশা কৈদগী হেন্না ফিদুরবা ব্রিটিশপু মরৈবাক্কগী তাংখোক্লগা মরৈবাক মজাতিগী নিংতম্বা য়াম্না অমা শেমগৎকনি হায়না অদুগুম্বা মতম অদুদা থোমা কনা চেংথোরক্কুমা হোংবরাম্নবা চৈংমী মচা অাস কবুই জাতিদা পোকখিবনি। মসিমক্কুন্তু কবুই জাতিদি মহৌশামা মীথোই মীহেনবা অকন অথো পোকপা জাতিমি হায়বসিমদি ফগৎনা থংমপ্রবনি। অওইবমক জাদোমংদি থবামমিচাক্কী মংক্তসু ধ্রুবতারাগুম্বনি।

ঐ ইশামক্না মানাপ্লুফাঁসি সগাই কাখিবত্থু উজলোই। ঐদি মতম অদুদা শুপ্নগী চহি ১০ তা চাইমিলা অতাং ওইদনা পগ্গৌগী হুইখুনা চংলুবনি। মাবু মুম্না থংজরুদবগা মতম অদুদা তামখি—

"জাদোঙ্গং মীহাংপনি।" মসিগুবা পাপ চেল্লবা য়াথল অসি ব্রিটিশশিংনা থলহনখিবনি হায়বসিমদি মতম অত্তুদা থংজরুদে। ঙসিদি নিংঙ্গল্কুয়ে খা চিক্লকলে, শেংলবা নথম্মোই ওইজবও মকমদা পুষ্পাঞ্জলী কৎচরি, মংগী আত্মানা শেনবিবা ওইন্নু নোংদোম্বক্তা!

---

ঐখোয়গী জাদোঙ্গংসে মরেপ য়াংদে, ফুমৈনৈ, পুনৈ কুচুনি। মাগী মিংয়েং অহু শুকই, হাদে, কিনা উদে, শগাই মথক্তা কাখংলগ। মানা য়া থরদি ঙাংখিবয়া, অহুবু ঐনদি মরোল শেংনা তাখিদ্রে।

(য়ারেং অসি মাংজোননা জেলিয়াংরোংগী সোভিয়ার চেক্লোংদা জাদোঙ্গগী নিংশিং পালমগা মরি লৈননা কোংপ্রখনি)

লোইরবা

